Commission of Officials and Experts in each field of culture would have to be constituted. The Arts Commission would have to submit its report within about one year to the states for examination and implementation of its recommendations. This was also a practice adopted by France in the matter of formulating its cultural policy.

6. **Budget allotment and purchase of Art objects :**

As recommended by the Khosla Commission in its report, there should be a budget allotment of at least about 5% of the expenditure for construction of building to be earmarked for decoration by way of purchasing paintings/sculptures, executing murals and even the commissioning of statues to be erected in proper places. All the states shall have to be requested also to have a policy of purchasing paintings/sculptures for decoration of office buildings of the states.

7. **Art History of North-Eastern States :** A serious attempt at writing of a Comprehensive Arts History of the entire North-East should he made by the Institutions/Universities with financial support from the Govt. concerned. The Universities/Institutions may be approached to take up the projects at an early date.

**To constitute a Co-ordination Committee for North-Eastern Region :** The Conference felt that a Conference of such a nature was a good beginning and that there should be more of exchange of views and news among the artists of the area in the future also. It was agreed that a Co-ordinating Committee consisting of the following persons/representatives be framed :-

1. Shri M.K. Priyobrata Singh
   Ex-Chief Minister, Manipur and
   a pioneer modern artist — Chairman

2. Two representatives from each state —

| | | |
|---|---|---|
| a, | Assam | (Shri Sobha Brahma and another recommended by him) |
| b, | Manipur | (Chairman of Arts Society, Manipur and Shri Th. Tombi Singh) |
| c, | Nagaland | (Shri Vilalhou Noudi and Shri R.N. Bhattacharjee) |
| d, | Meghalaya | (Shri Webster Davies Jyrwa and another recommended by him) |
| e, | Mizoram | (To be recommended by Cultural Bodies) |
| f. | Tripura | (To be nominated by the Arts Institutes) |
| g. | Arunachal | (To be nominated by the Cultural Institutes) |

9. A representative of the Manipur State Kala Akademi.

The Secretary, Arts Society, Manipur shall be the Convener of the Committee.

# অবাং নোংপোক লমদমগী কলাকারশিংগী প্রোসপেক্টস অমসুং প্রোব্লেমশিং

আর, কে, সি, এস

মরু ওইনা কলাকারশিংগী প্রোব্লেমশিং অসি করি করিনা মরু ওইবনো থংদোকপা চুমই, কলাকার খুদিংমক সমস্যা লোইনা লৈরমগনি, অদুবু প্রোব্লেমশিং অদু মী খুদিংগী মায়কম থোক্কে। কনানা শেল মতিক চানা লৈতবা-ফংদবা, কনাগুম্বনা মতিক চানা ফোংদোক্কুনা য়েকপা হৈজদবা, য়োনফম লৈতবা, মীনস্থু লৈবিদবা, মীয়াম প্রজা মরক্তগী অমদি ভি, আই, পি, শিংদগীসু ওর্ডর ফংদব, অসিনচিংবা মবম কয়া লৈরম্বা য়াই। মরমশিংসিগী মথক্তা অমুকস্থু সমাজগী মরক্তা লাইয়েকপগী শিনফম্। থাইদগী শোখবা সমাজনা বেব্যহার তৌবিদবা বিষয় ওইনা তৌবগী মরম, তৌই গুম্বস্থুং অতৈ কলা পুং ঈশৈ, বাশক, নট সঙ্কীর্তণ, জগোই, ড্রামা, শুমাংলিলান-চিংবা কলা মখলশিং অসিনা লৌরিবা থোদাংগা য়েংনরুবদা ওন-থোক্না শোংথহৌরে হায়বদা লাল্লগত্রা ?

করিগী অশুক খেন্নখ্রিবনো হংবা য়াবা রাফম নত্রা ? মরমশিং অসি মুন্না খল্লনৈনবা য়ারবনি খঙ্গে। তৌবত্তবু নৈনগদবা মওংদি পোলিটিক্স অমদি পোলিসী য়াওনা লাক্টরিক হৈবা, মতৈ ক্রৈবা

ফোংদোক্লহুনা আর্গ্যুমেন্ট লোমদা চৎথনরবদি অচুম্বা পুথোকতুনা নহারোল কলাকারশিংগী তুংগী লম্বী শেম্বীবগী মহুত্তা শোয়দনা কলাকারশিংগী মাঙহনবগী অচৌবা মরম অমা ওইরকপা য়াবগী অকিবা নুংঙাইতবা লৈ। ঙাংবা হৈবা, মীবুস্থ থাম্লব্রবা, ঐতনা চুমলে থনজবা মশামক্তা মীয়ামদগী থোইদোক্লা মীথোই মীহেন ওইবস্থ ঙমদ্রবা, ওইদি ওইনিংবা মীস্থ য়াওদবা নত্তে। মরম অত্তুনা মোন শেংনা নৈনবা ফোংদোক্লবা দরকার ওইরবনি খল্লে।

খ্বাইদগী চাওবা প্রোব্লেম খর ঐগী মোত ওইনা হায়জবা তারবদি, সমাজ মীয়ামগা তিন্নহুনা চৎমিন্নবা য়াবা কলাশিংবু করিস্থ লৈতনা থনবিহুনা ক্রিটিক্লশিং অমদি জজশিংনা থস্তোক্লুনা, থৈদোক্লুনা থম্নবা হোৎনবদগী অস্থম সমাজগী দরকার ওইবা, পাম্নবা মখলশিং অমদি রিয়েলিসটিক, কলচরেল অমদি সোসিয়েল থিম পুম্নমক থাদোক্লরকপদগী প্রজা মীয়ামগা লাপথোক্লরকপগী ফিভম অসি লাকপনি খল্লে।

থাঙ্গৎশেংনমকস্থ হৌজিক মোর্ডন আর্ট, এবষ্ট্রেকটনচিংবা মখল ঙাক্তনা একজিবিসন উৎনরি। উস্তবস্থ য়াদে, জজশিংনা মোর্ডন আর্ট অসোমদা এরার্ড তত্তনা পিবনিনা মায়কৈ অসোমদা অত্তুম চৎথরকপা তাবনি, খুৎ চংনা, স্কিল উত্তুনা রিয়েলিষ্টিকতা য়েকপা য়াওরকই অত্তুবু থাপ্পা ইনথোকতুনা থমখ্রে অমস্থং য়েংবিদে খল্লবদা শুকয়াও য়াওদে, মরমশিং অসিদগী তোক্লরকপা তাখি।

অমরোমদস্থ মোর্ডন আর্টকী য়াম্না শম্না উৎপা য়াবনিনা ব্রশ ষ্ট্রোক থমহুনা, খুৎকী স্কিল উত্তুনা ফজবা কনসেপ্টকা লোয়ননা পার্সপেক্তিবনচিংবা নৈনহুনা (সাইন্তিফিক এপ্রোচ) হৈ শিংবা উৎনবা শুকহোৎ হোৎনদ্রে হায়জনিংই, মরমশিং অসিদগী একজি-বিসনশিংদা উৎলিবা লাইশিংনা সমাজগী মীয়াম্ব পেলহনবা ঙমদ্রে,

য়েংবদা ভাব তাদবা কয়াম্সু য়াওরে। মী পুন্নমক মোর্ডন কন্সেপ্টতা চঙশিন্দুনা য়েংবস্সু হৈহ্রে, মরম অদুনা. য়েংনিংঙকতবগী মরম অমা শোইদনা ওইফম থোকই থম্লে। য়েংনিংঙবদি পাম্বীরক্কবা মশানা তাবনি। হায়বা য়াই, প্রজা মীয়াম্না ঐখোয়না য়েকলিবা অরাংবা থাক্কী কলা অসি ভাব তাক্লিবা করিগীনো? মচু খুম্বদা কনা লুব: রাকমনি। মতাং অসিদা প্রমান অমা তৌজগে....

লৈবাক অমথক্তা প্রজা মীয়াম্না তুরেল ঈশিং থকলুবদগী ডাও-রবদা ঈশিং থকহৌদবা নিংথৌ মন্ত্রী মোত থেন্নরকতুনা (তিন্নরক্ক-বদগী) প্রজানা নিংথৌ মন্ত্রী মোত তিন্নদ্রে তোক্লো হায়রকপদগী মন্ত্রী অচুম্বা ডাংবা অনিমক ঈশিং থকতুনা ডাওবা মান্নরবদা নিংথৌ মন্ত্রী হন্‌জিন্দুনা ওইখি হায়বগী প্রমান মীয়াম্না থংবিরিবা অদুনি! অদুগা চপ মান্নবা মওংদা কলাকারগী থবকস্সু অমানবী ট্রেডিশন, অমদি মানদবী মোর্ডন আর্ট (এবষ্ট্রেক্ট) লান তৌনবদৌনা, হিয়াং তান্নবগুম নঙগা থৌরি চিংনবগুম অঙম তান্নরি, কনানা ঙমগদগে চপ চানা হায়রবা ইথৌ ওইদে মসি প্রজা মীয়াম্না অপাম্বদা ওইরক্কদরা হংনিংই, অপাম অপাম্বদা তারে।

য়াম্না চাওবা অশোইবা অমনা দিল্লীনা তৌবা পুন্নমক ইম্ফাল-না ইনগদবনি হায়বা প্রিন্সিপল অসিমক অশোয়বা অমনি, আর্ট একজিবিসন অসিমকস্সু কেতেগোরি অনি থোক্লা থায়দুনা অমানবী মানদবী অনিমক উৎপিয়ু হায়জবস্সু লুখম্না ফাওবা তাবিদে। দিল্লীনা তৌবা পুন্নমক ইনফম থোক্কে হায়বদি মখোয়গী মতৌ তম্বনা আর্ট চাওখৎকদবা নত্তে, প্রমানদি—

শ্রীকৃষ্ণ পোকপা লম মথুরা বৃন্দাবন্দা অমদি শ্রীকৃষ্ণ লেং-শিন্দুনা পানবিরম্বা দ্বারকা, গুজরাত, অতৈ কৃষ্ণ নিংবা লাংপা

লমশিং রাজস্থান, ইউ, পি, নচিংবা খ্বাইদগী চাওবা মীশু খ্বাইদগী য়াম্বা লমশিংনা কলচরগী ওইবা "রাস লিলা" জগোয় ফজন। লৈ-বমদে, পীকপ্রবা কাচিন চীংথক চীংনুংদা ঐখোয়গীতা ওইবা কল-চরদা "মণিপুরী রাস লীলা" ওসি পৃথিবী ফাওরী, মণিপুরবু মশক তাক্লি। কলচরেল ডান্স অসি অসোমদগী (মপান্দগী) থিম্নমক (ভাগবততগী) লৌরুবনি, পুম্নমক ঐখোয়গীতা ওইবা মওংগী তোং-নজহুনা মথন্তা ফোংদোকচরকপগী অথংবা মীয়াম অমদি স্কোলার-শিংনা ভারতকী অথরিতী ওইবা ক্লাসিকেল স্টেটস অহৌনা অহুম পুখৎখিবা ময়ামস্তু য়াবিনিংবা থংবিবা মী য়াম্না লৈফম থোকই। মমৈদা হায়জনিংবদি কলাকারশিংনা শেল নিংথিজন ফংদবগী মরম নৈনফম থোকই। শেল ফংদবনা খ্বাইদগী চাওবা প্রোব্লেম ওইফম থোকই থনৈ। মীয়াম সমাজনা পাক্না য়াহন্দুনা পান্নবা হোৎনবা অসি তরাইনা খংদোকপা চুমদে। সরকারগী থবক তৌরবা, লেওদবা তলব অমা লৈদবা কলাকারশিংনা হোঁবীদা পংভাও ভাওজবা, মীংচৎ পামহুনা মীয়ামদা ইকায় হোৎনা-বস্তু য়াওদবা নত্তে, অহুবু ফশেনমক কলাকার ওইজরগে হোৎনব মীগদি য়াম্না থেম্নে। করম্বা মথলনা শেল য়াম্না ফংবা, করম্বা মথলন প্রজানা য়াদবা পাম্নদবা খণ্ডদোক্লুনা অফবা অচুম্বা লম্বী য়েংবনা ইশা ইশাগীদা নত্তুনা কলাকার ময়ামগী অফবা ওইগনি খল্লি।

অতৈ লৈরিবা সমস্যা অমনা—মণিপুর স্টেট কলা একাদমীন আর্ট গেলেড়ী শাবিদবা মিটিং ফাতিং সেমিনারনচিংবা, কলচরেল হোল থম্বীদবা অসিস্তু অচৌবা মরম অমনি। মরম অসিদগী আর্ট সোসাইটিগুম্বা সংস্থানশিং লিংখৎতুনা আর্টকী মুবমেন্ট তৌরদা। মতেং ওইনা পাংশিন্দুনা কলাকারশিংগী ফোংদোকফম ওইনা লিংখৎতুনা মতেং পাংলি, হায়জনিংই অহুবু— ফাইনানসিয়েল এন্ড,

হেলপ তৌবিদে, মসিমকসু মণিপুরগী কলাকারশিংনা য়াম্না পেন্নবা য়াংলি। আর্ট এণ্ড কলচর দিপার্টমেন্টপুসু অমুক হেন্না পেন্নদে মরমদি অতৈ কলাদা লুপা লাথতা থাদবা ভগ্মী ঐখোয়গী অমত্তা ভাইজরবা কলাগী সংস্থান অসিদদি পীরোইদবগীতা হোৎনৈ, মসিসু প্রোব্লেম অমনি। এম, এস, কে, এ, না লিটরেচরগী কাংবুদনা চাং য়াম্না হেন্না হেলপ পীরি হায়বা লাল্লগদ্রা? স্টেট কলা পুরক্লবা হোৎনবদা পুং, ঈশৈ, জগোই, দ্রামা অমসুং ফাইন আর্টকী মীহুৎ শিংনা কন্না হোৎনজরকপনি, অদুবু হৌজিক্তী লিটরেচরগী কাংবুনা অয়াম্বা কেপচর তৌবগুমনা উরক্লে মসিদা কলাকারশিংনা খোইরাংনবা পোকই। মসিমক ষ্টেট কলাগী অচৌবা অশোয়বা অমনি অসিসু শরোন্দা হৌবা লাইহোৌগুম্না মপান্দা মীনদি উদবা অচৌবা লাইনা অমা লৈরে হায়বসিদা হায়জনিই।

প্রোব্লেম অমনা— লাই য়েক্পা কলাকারশিংগী মরক্তা কোওপরেসন লৈনদবা মাগী কাংবু মাগী মী হায়দুনা মনুংদা কলক-য়েংথিনবা, পংহুনদা হুনবা, শিদোকনবা ঐনা হেল্লে, মহাক্না হৈ হৈতে অসিগুম্বা মনুংদা পোলিটিক্স নত্রা পোলিসি শান্নহুনা হুন্নবিবা অসিমক অচৌবা য়াম্না ফত্রবা পোলিটিক্স অমসু লৈরী। প্রমান চপ চাবা অচৌবা মেগাজিন্দা অফোংবা আর্টিকল পুথোক্লুনা উৎপা ভমগনি অদুবু হৌজিকমক্তি মীয়ামগী ফনবা কনফরেন্সতা মীশক পন্নরগা মীয়ামগী অকায়বা লৈবনিনা মসিমক্তা অথুপ্পা ওইনা থমজখিগে, কনাগুম্বনা থংবিনীংলগা ওবজ'ব তৌবিবা ওইনা লেংবিরকউ, চপচানা উংচগে। মসিমক্তি কলাবু হাস্তোক্লনবা মরম ঐখোয় কলাকার ঈশা ঈশানসু হোৎনজরি। অসুম্না মী হুন্নহুনা পোলিটিক্স তৌবগী মতুত্তা মশা মশাগী হৈননবা অমদি প্রজানা য়াননবা হোৎনদুনা ছুঁদি তৌবনা হেন্না ফৈ, ঐ মতিক চারে হায়বসি ঐনা তৌজবা থবক্তা মীয়ামদা উথোক্লুনা উহল্লগা অদুম মথুংজরক্লদবনি,

মী থাদরগা ঐ ফাওব্রা য়েংগে হায়রবদি সিনেমাগী রাইবেলগুম তারোইদ্রা ? প্রজানা খংগ্র-উগ্রগা নোক্কনি । অসিস্থ অচৌবা প্রোব্লেম অমা নত্রা ?

অরোইবদা ঐ ইশামক চহি ৪৮ দগী হেন্না ফিল্ড অসিদা লাক্লবনি, হৌজিক ফাওবস্থু লেপচদ্রি নৈনা য়ামনা চোপ্পা পৈণা কাল্লবগী রা নংচদে, পব্লিক্কী দিমান্দ অমদি মণিপুরগী মপান্দগী লাকপা (কস্তমর) ভারতকী ভি, আই, পি, শিংনা কন্না দিমান্দ তৌরকপদগী চহি য়াম্লবস্থু পোথাবা ফংদনা, তোকপা য়াদ্রবা শিনকম ওইবা হেনজিল্লক্লি। শাংলবা চহি ৫০ মুক্কী মনুংদা থৈনা থেংজরকপা ফংজরকপা এক্সপরিয়েন্সশিংদগী খংজবদি— কলা অসি চাওরাক্লা মখল অনিদং থোক্লা থমজখিগে, অমনা হৌজিক্কী এক্সপ্রিমেন্তস হৈজদা লৈরিবা হায়গদ্রা, মোর্ডন আর্ট অসিস্থ অপাম্বা কলাকার লৈরিবমখেদি অত্তুম লৈথিগনি হায়বস্থু থাজৈ, অত্তুমনদি ওইরবদা, অনৌবা মখলগী কলা অসিনা কলাগী জগৎ সংসার অসি মক্তনি পুল্লপ্পা কেপচর হৌবা (খুত্তুম চনবা) দি ঙমলোই হায়জনিংই । তোবিদা মোর্ডন কনসেপ্ট নত্রগা ফিলোসোফি রাংনা য়েক্লবস্থু মত্থ সমাজ মীয়ামগা চানদবনিনা একজিবিসনতগী ওইনা অত্তুম লৈখিবা তাই হায়না থাজৈ অমরোমদা, বিয়েলিষ্টিক ত্রেডিসন অসিনি । মখল অসি থায়নদগী হোংবস্থু লৈত্রি হৌজিকস্থু অত্তুম মপুং ওইনা চত্থরি মতম পুম্নমক্তা অত্তুম লৈহৌরগনি থাজজৈ। অত্তুগা সরকারগী এজেন্টশিংনা থৈদোক্লুনা উদনবা ফনা হোংনত্তুনস্থু সমাজগী মীয়ামগী মরক্তা থিংবা ঙমদ্রবা মরি অমা, অপাম্বা মখল ওইবা অসিমদি ইফোং ফোংনা অত্তুম চত্থরক্লিবা অসিনি ।

মসিগী মনুংদা অপাম্বা তৌবিয়ু করিস্থ য়েংপা লৈজদে, ইত্তিকস্থ নংচদে অমুবু খংজিনবিবদা কাম্লবা অমদি হায়জগে ।

কলাগী পোৎশক পুম্নমক রিয়েলিষ্টিকনা য়াম্না হেন্না পামনৈ মহুতনা শেল য়াম্না কংই হায়জনিংই। মমল য়ামলবা পেন্টিং পুম্নমক অসিস্থু ভারতকী শক্লাইরবা ভি, আই, পি, শিংনা লৈথ্রিবা পুখিবা ঙাক্তনি মসিনা প্রমান ওইরবনি মখোয়না মোর্ডন আর্টপু পাম্বা য়াম্না রাৎলী খঙলে ।

মোর্ডন আর্ট অসিনা একজিবিসনতগী ওইবা মখল ওইরকলি, অমরোমদা মতম কুইরবা রানি, পৃথিবীদা কেমেরা থোরকপনা কিনহুনা আর্ট ফোর আর্টস সেক হায়না সিজেন্না হোদোক্লম্বদগী পিকাশোনা মতমগা চান্নবা পুথোক্লুনা সকসেস ওইনা ফাওখি। মসিমক্তি শেল তান্নবা মখলগী কলা নত্তবরা খঙ্গে। মী থুদিংমক্ত দরকার ওইদে, লাল্লগদ্র? অনৌবা কলাকারশিংনা পিকাশো পৃথিবীগী অফাওবনি মতমগা চান্নরুবহুনা ফাওখিবস্থু য়াই অহুবু খংজিনবা য়াবদি ইউরোপ্তা পিকাশো অনিশুনা ফাওদে, ভারততা হুশেন খ্বাইদগী ফাওবনি অহুবু বোমবে, কলিকতাদা অতোপ্পা হুশেন, ময়াম লৈতে, ফাওদে করিগীনো? খন্নবা য়াবা ফাওবা হায়বসি নিংথৌ লাইবক য়ুমদিন্নবা হায়বহুগী হুশেনস্থু মঙান্দগী হেন্না হৈবা য়াম্না লৈরমলোই খল্লবদি অচুম্বা ওইরোই ঐনা লাল্ল-গদ্রা? অহুগুম্বা হুশেন, পিকাশো ঙাক্তা খন্দুনা ঐস্থু মখোয়গুম্না ওইবদি য়াদ্রা খনবস্থু য়াওরমলোই থাজদে। মরম অসিনা মখল অনিমক্তা অমতা মহৈ চাহৌদ্রবদি কাংখথাং খুজাইকাই, মরাময়ুম চাকস্থু চাদ, মপাম চাকস্থু চাদা হায়বহু শোইদনা তারোইদ্রা? মরমশিং অসি মীয়াম্না নৈননবা রাফম ওইনা অহুম থমজরমলগে। ঐনা মচুমলে খঙলে হায়বগী মোত পীজবা নৎচদে, অরানবা অমদি কলাকারশিংদা অকায়বা অশোকপা য়াওরবস্থু ময়ামগী ফনবতা হায়রুবদা য়াওখিবা য়াই অহুবু কলাকারশিংগী পেনবীহৈবা অমদি ঙাকপিহৈবা গুণনা ঙাকপীগনি খঙ্গে।

সমস্যা (প্রোব্লেম) অমনা— কলাকারশিংনা দরকার মেটেরিয়েল কেনবাস ক্লোট, নত্রগা রো ক্লোট ওইনা অতৈ ওইল কলর ত্যুপ, তুরিনচিংবা মরাং কায়না ফংদবা, লৈতবা, দুকান্দারশিংনস্মু য়াম্না শিংপা প্রোফিটেবল ওইবা নত্তবগা মরাং কায়না থস্বীদবা অসিনি।

ঐনা থরদং পঙ্গরিবা অসি নত্তুবা সমস্যা কয়াস্মু কলাকারশিংনা থেংনবিরমগনি অমস্যুং খংবিরমগনি নিংঙৈ, লাইরিক হৈবশিংনা সাহিত্য ফজনা ইংরাজিদা ইরকপা য়াই অদুবু ঐখোয় লাইরিক রাংপা ঐখোয়না য়েংলুবা ঙমদবদগী মখোয়গী অদুদা লাল্লী চুম্মী য়েৎনরুবা ঙমদদুনা তুমিন্না লৈথোকপদগী লাইরিক হৈবশিংনা ইরিবা ঙাংলিবশিং অদু পংচুমদা চুয়্যবাই নিংবস্মু য়ামনা য়াওদবা নত্তে।

অরোইবদা হায়জনিংবদি, কলাগী থবক্তা ইংরাজী হৈবত্তনা খঙবা হেল্লি হায়রবদি—গ্রিক, রোম, ফ্রান্স, স্পেন, জর্মন, রাশিয়া অমস্যুং চিনা, জাপান, কোরিয়ানচিংবা ইংলিস ঙাংদবা জাতিনা অস্মুক য়ামনা চাওখংলম্লিবা করিগীনো খংজনিংই। কলা চাওখৎপা হায়বসি ইংলিস লোনগা মরী লৈনদ্রবস্মু চাওখৎপা য়াই হায়জনিংই, কলা হায়বসি থংম্মায়দগী থোরকপা অচুম্বা কনসেপ্ট, হিউমেন সাইকোলোজী, ইমোসনগা লোয়্যনা কলাকার অদুগী ভিজিবল ওইবা মওংদা পুথোরকপা অদুবুনি।

প্রমান— "আর্ট এজ এ রেকোর্ড ওফ এনসিয়েন্ট সিবিলাইজেসন" হায়না রান্ডগী অথরিত্তি ওইরবা দি আর্টসকী পেজ ৩৩দা য়াওরি, মসিদা হায়রি— লিরবা কলাশিং অসিগী অইবা রেকোর্ড লৈরমদ্রবস্মু কলাশিং অদুনা মরোল অদুম লোলহল্লি।

মতাং অসিদা রাফম মচা অমতংগা ঐনা হায়জথিবা শেল ফংবগী রাফমদা চোপমল্লি খন্দুনা কলাকারশিংনা হায়্যবিরকপা

য়াই মহুদি ঐখোয়দি শেন তানবা নত্তে, কলাবু নুংশিজহনা তৌজবনি শেন তানবদি অতোপ্পা লম্বীদা তানবা য়াই, হায়নস্স হন্দক্ত স্টেট কলাগী লাকলম্বা দাক্তর রতন পারিমুনা ইশামক্তা হায়বম্মী, অসিগুম্বা মোত লৈনরগদি করিগীদমক কলাকাবগী সমস্যা (প্রোব্লেম) গী মবমদা খন্নজ্রবস্সু য়ারমই। মরমদি হৌজিক্কী মতমদা কলাকারশিংনা উৎনিংবতা উৎপা য়াই অথিংবস্স লৈতে, অদু ওইববদি কলাকারশিংগী প্রোব্লেম হায়বসিবু লৈফম থোকপ্রা? কবি প্রোব্লেমনো ঐখোয়না খংবগী মপানদা লৈবমলগত্রা খন্জে।

নৌহৌনন্না নহাবোল কলাকারশিংদ আপিল তৌজনিংবদি মী ওনবগী পোলিটিক্স, থানদবগী চৎনবী ঐখোয় মশেল চৈনবা তানবসী ঐখোয় পুন্ন খুৎশমনহুনা চোংথোকমিন্নসি উৎথোক্রসী সংস্কৃতি পুং-ঈশৈনা পৃথিবীদা শক তাকপগুম্মমক ঙমজ্রবস্সু ভারত শিনথংনা য়েকপগী কলাস্স রাৎতে খংহনসি, অরিবা পোলিটিক্স থাদোকহুনা ঐখোয় পুন্ন চোংথোকুনা মাংলোমদ চংশিনসি □

# প্রোব্লেমস এণ্ড প্রোসপেকটস ওফ নোর্থ ইষ্টর্ন ৱার্কিং আটিষ্টস স্পেসিয়েল্লি ইন মণিপুর

এল, শাম্ সিংহ

ৱাফম অসি খুন্নৈনবগী মতম হেন্দ্রে।কথে হায়ব। য়াই পেপর অসি তশেংনা আর্টিষ্টকি সমস্য ওইব মরম্ম মণিপুরগী হৌগ্রবা চিত্রকারশিংবু নিংশিংজনিউ, লোইনন। হিবম অসিদা নোর্থ ইষ্টর্ন আর্টিষ্টকী ওইব নৈনবোলগী ৱাফম খবদং ইজবগী তানজা ফংজবা ঐগী লাইবক ফবনি। কবিগুম্বদা অন'ন-অহুই য়াওগ্রবস্ু ঐবু ডাকপিগনি।

খণ্ডননবগী অশেংবা লম্বীদা আটনা চংশিনহুন লাকলি। ইন্দ্রি অমদি আম্মানা অমত ওইবগা মহৌশাগী খুৎশেমবু অতোপ্পা সংসাব অমদা শেমদোক-শাদোহুনা তাইবং মীওইববু অপেনবা পীবনি।

ভারতবর্ষ হৌরকপদগী চিএকলাগী পুকৈ-লনগৈন চোল্লবা মহাদেশ অমনি। মহৌশাগী ফিজোলদা খমথেংনা পুক্লিং হুরবী কলাগী অশেংবা শক্তমনা তিল্লবিনি। হৌগ্রবা যুগ কথা হজংনা য়েংলুবদা এসিয়ান আর্টকী মশা মবেংনা শন্দোক্লকুনা ইন্দিয়ান আর্ট ওনশিনগ্রবনি হায়না মোত পীনৈ।

মণিপুরদদি চিত্রকলাগী হৌরকফমসি মৈদিংঙু, নোংদা লাই-রেল পাখংবগী মমাংদগী লৈরক্লবনি খল্লে। তুথেক লৈরোং পুয়াদা য়াওরিবা পাফল ৩৬৪ গী শক্তমশিং অদুনা তাক্লবনি। বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মমাংদা নেপাল, তিবেট, ময়ায়থংবা এসিয়া অমদি কোম্বোদিয়াদা চংনরম্বা অদুগা মান্নবগুম তৌই; পুম্নমক অসে মুর্ত্তি, লাইশং অমসুং য়ুম্শা-কৈশাগী মওং-মতৌ উরগা পুথোকপনি। গরিবনিরাজগী মতমদা রামান্দি ধর্ম্ম চংলক্লবগু লাইয়েকপগী লমদা মপালগী মমি তাদে, অদুবু ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদদি গৌড়ীয়া ধর্ম্মগী ঈচেন্দা লুপখি-দুনা, লাইগী মুর্তিশিং, য়েকপা-শাবগী থবক পায়খৎপা হৌখি, লোইননা চৈরাপকি লাইশিং উরুরগা ১৯ শুবা শতাব্দীগী অকনবা শাফু অমা এখোয়গী থম্মোয়দা পীরি। ২০ শুবা শতাব্দীগী মনুংদা তৌজিক ফাওবদা লমদম অসিগী ওইরক্লিবা আর্ট ইন্সটিটুসন, গেল্লেরি, ম্যুজিয়মনচিংবগী ফিভম ফওবা অমদি লম্বী-থোং মতিক-চাদবা চীংনা পুমকোই কোইশিনবা পুম্নমক অসিগী চাওরবা সমস্যা অমা ওসি এখোয়গী মাংদা হৌজিকমক তাদুনা লৈরে। মরমশিং অসিমক্তা এখোয়গী আর্টিষ্টশিংগী মথৌনা হম্থহল্লি, প্রোদক্ট রাংহল্লি। মখোয়গী নৌনা চোংথংলক্লিবা আশাগী য়েল্লিং কংহল্লি, তম্থহল্লি। করিগুম্বদা কৈথেলদা ফংলিবা আর্ট মেতেরিয়েলগী মগুণ য়াওদ-বনা মতম চংনা য়েকচরবসু মখোয়গী পোথোকশিং তেক্নিকেল-ডিফেক্ত ওইরকই, মীয়াম্না পাম্বিদে। মরম অসিনা ওসি মায়কৈ অসোমদা ইরোইবা হৈবা অমসুং হৈতবা পুম্নমক পুন্না ঈরাক্লবগুম থোক্লিবা জগোই-ঈশৈ লিলা কলানচিংবা হীরম কয়াদদি পৃথিবীনা মশক খংনপ্রে অদুবু মণিপুরদা ওসি মরুওইনা লাইয়েকপা-শাবগী হীরমদদি ২০ শুবা শতাব্দী লোইশিলক্লবা ফাওবা শাথিনা শোন্থরি। লুরবা গুহা মনুংদা লৈরবা এখোয়বু নুংশিবিবা, কনবিবা হায়বসি মীওইবগী শাজুৎনি খল্লি। মরম অদুনা ওসিগী কনফরেন্স অসিদা

খল্ল-নৈনবগী তান্জা অমা লাক্লিবসি ঐখোয় পুম্নমক্কী লাইব ফরবনি।

কল্লা হোৎনরবদি মীওইবনা মহাক মহাক্লা নিংজরিবা অহু বিধিনা লেপ্পমক পীবিরকই হায়নৈ। মরম অদুনা পুক শিৎলবস্মু ঐখোয় হোৎনবদি লেপত্রি। "অছুবু উজজ্রি পেরিস, সোভিয়েট অমদি আমেরিকানচিংবগী ফজরবা কলাগী শক্তমদি।"

কো-ওপরেসন্স, পব্লিক রেসপোন্স এণ্ড এপ্রিসিয়েসন্—

ট্রেদিসনেল রিয়েলিস্তিক মোর্ডন পেন্টিংস অনি অসিদদি হৌজিকমক অকনবা চয়েৎনবা ইরাং অমা ঐখোয়গী ইরক্তা লৈরিবা অমদি নাকল অনিমক্তা কোওপরেসনগী মিৎয়েং রাৎনরিবা। য়াঙলবা রোকেটকী মতেংনা থাপ্পবা গ্রহ-উপগ্রহ কয়া অথুবা মতমদা য়োবা ঙমলে, লম্বী থোং, য়ুমশা-কৈশা অয়াম্বা শক্লোন হোংদোকখ্রে। নিংশিংবা য়াই, চহি লিশিং কয়াগী মমাংদগী মীওইবনা মহাক্কী অকোয়বদা লৈরিবা মখল-মখা পুম্নমক শেমদোকশাদোক্লুনা লাক্লি। পুম্নমক অসে লৈফম, ইন্দষ্ট্রি ফেক্টরি অমদি সাইন্স অমস্মুং তেক্নোলোজিনচিংবগী চাওখৎ থৌরাংগীদমক্তনি। করিগুম্বদা মহাক্লা অনৌবা আর্টিষ্টিক ভিয় অমা পুরক্লবগীদমকতা মহৌশাগা খুৎশম্নদুনা চৎমিন্নে। মরম অদুনা ঐখোয়না খঙবা ঙমলে চিত্রকারনা মশাগী ওইবা অনৌবা মথেল অমা লামশিল্লুবদা অঙাওবা ওইনা খনবিবা অরানবা ওইগনি। তশেংনা হায়রবদা থম্মোয়গী ঈরোল্লুংদা পীরিবা আশাগী মচিল য়াম্না থৌই মসিনা মিকুপ অমগী মনুংদা পাইশিনহুনা অচুম্বা কলাকার অদুগী থম্মোয় মিরেলদা তোংলুই, মাইবীগুম্না চোইরোল লোল্লিবা কবিগা পাংথকনি। তশেংনা হায়রবদা মতমগী ওইবা লাইয়েক, অনৌবা

মখলগী এপ্রোচ অমা ওইরবস্থু সেনচুরি কয়াগী হায়বদি রোমানটি-সিজম, রিয়েলিজম, ইমপ্রেসনিজম, পোস্ট-ইমপ্রেসনিজমনচিংবগী পীরিবা অদু ডিতেল এনালাইসিস তৌরগা মমল য়ামলবা মপুং ফারবা কলাগী ওইবা পোৎশক অমা ওইনা ওইহন্দুনা সবসিকেন্ট এম্নোভেসন তৌরকই। হৌজিকমকস্থু অরেপ্পা হায়বদু লৈত্রি আর্টকী ভোকাবুলারিদি নোংম-নোংমগী হেনগৎলকখিগনি। এস্তেতিক আর্টকী ভেল্যু থংলুদ্রবা অমদি থংননবগী মরমস্থু থিগৎ-লুদ্রবা মীওইশিংনা আর্ট ওফ ইউটিলিটিগী অপাম্বনা লাকশিন-খিদুদা অচুম্বা, তশেংলবা এপ্রিসিয়েসনগী শক্তি মাংখি। মরম অসিদগী অচুম্বা মখলগী আর্টপু পামজবা মীগী মশিং হুম্বরকপনি। মহাও য়াওদ্রবা পোৎশক অদুবু মীওইবগী থম্মোয়না থৌশারুদে অমদি থংলুনবা হোৎনরুদে মসি ওরদিনারি পিপলসকী হৌনশানি অদুবু রেসপোনস অমদি এপ্রিসিয়েসন অনিমক মরি লৈনৈ, মসি তশেংনা এ পার্ট ওফ সোরিয়েল ডিভলপমেন্টনি। থমোইদা ফাওরিবা সেন্স পরসেপসন অদুদা আর্ট ওফ এস্তেতিকী মঙাল তারকই মদুনা লমজিংদুনা এপ্রিসিয়েসন তৌবনি। মরমশিং অসিদগী আর্টকী ওইবা মীশিং য়ামহনদে। নিংশিংবা য়াই মোনেট অমদি রেনোয়ার (Monet, Pierre Renior, 1981-1917) গী লাইশিংবু সেলুন একসিভিসন হোলদা নেপোলিয়ান থার্ডনা উৎহনখিদে মরমদি ওর্ডিনারী পিপলসকী এভ্রিদে লাইফতা চানবা পোৎচং অদু রিনাইসেন্স পেরিয়দতদা ওইখি।

মীয়াম্না আর্টপু অহোংবা মমল য়াওদ্রবা অমদি দরকার ওইরকপা মিকুপ অমগীদমক ওইনা লৌরকপা অসিগী মথক্তা গোভরমেন্টকী সংস্থান কয়াদা থৌশাদবগুম উরি। লৈপ্রবা অথম্নবা লাইবু মমল তাথনবা হোৎনবা, লৈপ্রগা পৈশা লৈত্রে

হায়তুনা হন্দোকপীরকপা, স্টেট লেভেল কমিটিনা গান্ধী সেন্তে-নরিগীদমক্তা খনগ্রবা আর্টিষ্টপু নমতুনা লাই য়েকহল্লগা মথা তাবা ইনফোরমেসন অমতা পীবা তৌদনা অপাম্বা লাই খরতমক লৌ-খঃখিবা অমদি লেমহৌরিবা মরাইবক লৈত্রবা আর্টিষ্ট খরা অতুগী সন্মান থম্বিদবা অসি ওনথোক্লা লাইবক থিবা অমনি। মরম্ব পুন্নমক অসি মমুৎ তানা লাইয়েংবগী দরকার ওই। ময়ামনা হেন্না খংবিরবনি হৌরকপদগী আর্টিষ্টপু সমাজ অসিদা করম্বা মওংদা থম্বিবা। বিশ্বকর্ম্মগুম্না হৈথোই শিংদোইরবা মাইকেল এঞ্জেল্লোবু ফ্লোরেন্সনচিংবগী লৈবাক রায়েনবশিংদা কয়াগী মতিক সনমান তৌবিদনা লাক্লখিবা।

## আর্ট ইনষ্টিত্যুসনস এণ্ড ইনসেনটিভস—

হৌজিকী মতমদা আর্ট ইনস্তিট্যুসন থম্বা হায়বসি তঙাই-ফদ্রবনি। চা ওখংলকপগী লংলবা খুদম পুন্নক আর্টকী শক্তমনি হায়বা য়াই। মরু ওইনা মহৈ-মশিং তমলিবা নৌরিবা অঙাংশিংবু ক্রেয়েটিভিটিজ, হেণ্ডিক্রাফটস স্কিলস অমদি বুদ্দি-লৌশিং হেনগৎ-হননবগী শক্তি য়াম্না পী। ইনদাইরেক্ট টিচিং মেথোডনা ডাইরেক্ট টিচিংদগী হেন্না ইন্তরেষ্ট পীবা ঙমই। এস. ইউ. পি. ডব্লিউ (স্পে-সিয়েল্লি, ইউসফুল প্রদকটিভ ৱার্ক), কো-করিকুলার একটিভিটিজ, স্পেসিয়েল একতিভিটিজনচিংবা সবজেক্ট অসি জেনেরেল এডুকে-সনদা আর্ট স্কুল, কলেজদগী থোক্লকপা মীওইনা তাকপী-তম্বিবনা হেন্না খুদোং চাগনি। হৌজিক হৌজিকম সরকারনা চংথরিবা বি. টি. গী ট্রেনিংদা আর্ট এডুকেসনবু মরু ওইনা য়াওহল্লি। মণিপুরদা ঙসি মতিকচাবা আর্ট ইনস্তিট্যুসন অমফাওবা লৈত-বনা নহা ওইরিবা, চিত্রকারশিংগী পোৎথাকম লৈত্রি। মতাং অসিদা শুগাইনা পনজত্রবসু "ইম্ফাল আর্ট কলেজ" মীপুমক্তিংনা

থংবিরম্লগনি। চাওখৎ থৌরাংনা অস্লুক্কী মতিক য়াংলবা পৃথিবীদা কলেজ অসিগী ফিভম উবদা ইকাইনিংঙাইগী মশক্নি। কলেজ অসিদগী সার্টিফিকেট, ডিপ্লোমা কোর্স লোইহুনা থোক্লক্লবা ছাত্র-শিংবু কনানা সম্মান তৌবিগদৌরিবনো? অহুবু সরকারগী সংস্থান কয়াদা য়াওরিবা আর্টিষ্ট অয়াম্বদি কলেজসিগী প্রোদক্ত ঙাক্তনি। মসি চাওরবা কষ্টিব্যসননি। লোয়নবা মনিপুর ইউনিভরসিটিনা মিৎয়েং চংশিনলকপসিদা কলেজ অসিগী ৱাংলবা আশা তৌনরি।

অমরোমদা অমুক য়েংলুরগা লাইবক ফবা হায়গদ্রা নত্রগা থিবা হায়শিরা ঙসি লমদম অসিগী আর্টিষ্টশিংগী খুমাং চাওশিনহন-খিবা, পৃথিবীগী আর্টকা ঈচেল অমতদা চেনমিন্নবগী শক্তি অমা ঐখোয়গী ইরক্তা লাক্লিবা অসি ওশেংনা হায়রুরবদি ইহান হান্না চাওখৎ-থৌরাংবু কম্ম পাইখৎপা তৌবিখিবা "ফোরম" বু নিংশিংজ-নিংই। মথং মথং তৌজিক তৌজিকমক ঐখোয়গী ইনাক্তা অফ-ফত্ত য়েংবিহুনা লেপত্নুনা লৈবিরিবা মনিপুর ষ্টেট কলা একাদমি অমসুং সোসিয়েল বেলফিয়ার, আর্ট এন্দ কলচর দিপার্টমেণ্টনি, চহি খুদিংগী মনিপুর ষ্টেট কলানা পায়খৎলিবা ষ্টেট লেভল আর্ট এক-সিবিসন, আর্টিষ্ট কেম্প গ্রুপ একসিবিসন্নচিংবা অসিনা পরিক্ষা থাগদৌরিবা ছাত্রগী মতৌগুম নমহুনা মথৌদা পুক্লিং চংহল্লি, লোয়ন-লোয়ননা ৱাল্ড আর্টকী অচুম্বা মঙাল অহু মপালগী আর্টিষ্ট নত্রগা অথং-অহৈ স্কোলারশিংদগী ফংবা ঙমই, মসিমক হোৎনবা কল্লিবা আর্টিষ্ট অহুনা লেপ্পমক ফংলবা মনা অমনি। মরম অহুনা ঐখোয়গী মরক্তগু অহল্লোন-নহারোল্ পুন্না থবক শুমিন্নবা থকশি-খাশি নাইনা কো-ওপরেসন অমদি অন্দরস্টেনদিং লৈবনা অফবা ওইগনি খল্লে।

মণিপুরদা আর্ট এণ্ড কলচরগী বিভাগ অমদি লম্নাই সংস্থান মশিং য়ামখিবনা হায়গদ্রা মরুওইনা নন-পরফোর্মিং আর্টকী গ্রুপ

হায়বদি লাই য়েকপ-শাবগী শরুকলোমদা পীরিবা শেলগী মতেং প্রোপরসনেট ওইদবদগী নিংবা কাইবগী মশক ওইরি ।

মতাং অসিদা শয়প্পা "আর্ট সোসাইটি, মণিপুর" পঙ্ক্ষনিংই । প্রোফেসার টিএচ, তোম্বীগী অখাং কনবা অমদি থৌনাফবা উইনগী মখাদা সংস্থান অসিনা মখল মখা আর্টকী ওইবা প্রোগ্রাম কয়া চৎথরক্লি । থৌরাংশিং অসিগী অয়াম্বা শেন্তংদা ললিত কলা একাদমি, দিল্লীনা পীবিরকপনি, মতুংগীদমক্তা সোসাইটি অসিনা তৌবিমল উৎচরি, অদুবু ষ্টেট লেভেলগী ওইবা সরকারগী সংস্থান-শিংদগী পীবিরকপা শেলগী মতেং পীকমনবদগী নিংজবা আশা পুম্নমক কাইহুনা অরাবা পোৎলুম পুজরি । সোসাইটিগী মশাগী ওইবা প্লোটকী মতাংদা 'ইকাই খুম্নবদা মতিক চাববা রেভেন্যু মিনিষ্টর শ্রীটংবোতোম্বী মশামক্না পীবিরগনি লাওথোকখ্রবা মতুং চহি অমরোম মকম চাবা থিবদা খুমন লম্পাক স্পোর্ট কমপ্লেক্সকী শম্বল অমসুং ডাক নম্বরগী রাংমদা হোৎনজরুবনি অদুবু বি, ওং রেভিন্যুনা স্পোর্ট কমপ্লেক্স অথোরিটিদা থাদরকপদা তৌজিক ফাওবা মংফাওনদবদগী আশা কাইবগী মশক ওইনরি অমদি খৌ-রাংনা ডাইনরি ।

মরম অদুনা লমদম অসোমগী মরুওইনা মণিপুর আর্টিষ্টশিংগী প্রোসপেক্টশিংদি মতিক চাবা গোভরমেন্ট আর্ট কলেজ লোয়নবা আর্ট ম্যুজিয়ম, গেল্লেরি, থম্বিবা, প্লেস ওফ আর্ট ইন স্কুল করিক্যু-লম, ফাইনেন্সিয়েল এসিসতেন্স তু দি কনসরন ওর্গেনাইজেসন এন্দ ইন্দিভিদ্বেলস অসিনচিংবনি । মরমদি আর্ট অসিমক ইন্সে-পরেবল এসপেক্টস ওফ লাইফ ওইবতা নত্তনা ইত কেন ইমপোর্ট মোরেল ভেল্যুজ স্পিসিয়েল্লি তু য়ং চিলড্রেন হায়রিবা টার্মশিং অসি অচুম্বনি লৌজে ।

আর্ট গেল্লেরি, ম্যুজিয়ম— মমল্ য়াম্লবা মীওইবগী হৌরক-ফমগী রারী-শিংবুলশিংগী শাংলবা থোং হায়বদি শেনচুরি কয়াগী কলচরবু মশক তাকপা ওন্বগী শক্তি পীরিবদি আর্টনি। আর-কোালোজিকেল কল্লেক্সনস, পেন্টিংস, হেন্দিক্রাফস এণ্ড আরতি-ৈতকচারেলগী ওইবা রেকোর্ড পুন্নমক থমহৌদ্রবদি মীওইবনা পোক্লকপীগী মতৈ য়ান্দ্রে হায়বা য়াউ শম্না হায়রবদা মচা-মশু কনাস্মু লৈত্রবা মী অমগুমলে। মরম অদুনা পুন্নমক্কী উংফম থম্ফম মতিক চাবা মফম, অমা শেম-শাবা হায়বসি তঙাইফদ্রবনি। ইচম চম্না য়ুমজাও-শংশাং অমা শাজিল্লগা কক্লাংদা য়োংপি য়ৈশিন্দুনা লাই থেংচিনবনদি ওইবা য়ারোই, মতিক চাবা নেচারেল, আরতি-ফিশিয়েল লাইট, স্পেস এরেঞ্জমেন্ত লোয়ননা হরা ন্নুংশিং, অঙৈং-অশাগী খুদোং চাদবা পুন্নমক এক্সপার্টশিংগ তান্নদুনা মমল চংনা শাবিগদবনি। মেলাদা লৈখ্রবা, এরার্ড কংখ্রবা এক্সিভিটশিং মফম কদায়দা ফজনা থেংতুনা থম্বিরিবা, মরুওইনা মীচম-প্রজাশিং, য়েংজনবগী খুদোংচাবা পীবিরিত্রা ? পাকশন্না পব্লিসিটি তৌবা হায়বসি পেত্রোনেজ, রেসপোনস অমদি আর্ট জর্নেল, ক্রিটিক্সচিংবা থোকলক্লবগী চাওরবা লৈবলনি। হৌজিক হৌজিকমক সহরগী ময়াইদা লৈরিবা ম্যুজিয়ম অমদি কৈশামপাৎতা লন্নাইগী ওইবা ভারাদা তাংদুনা লৈরিবা পিক্লবা মুতুরা ম্যুজিয়ম অনি অসি নত্তনা অতোপ্পা অমা ঙসি এখোয়না উজদ্রি, মসি থন্তরুবগী ওন্থোক্লা আশা কাইনিংঙাইনি।

ইষ্টর্ন জোন কলচরেল সেন্টর—

শান্তিনিকেতন্দা মহৌশাদগী ওইদুনা লাকপদা, নোর্থ ইষ্টর্ন ষ্টেটশিংগী মীচম প্রজা অমতনা চাওখৎ-থৌরাংগী মতাংদা

থিজিন-হুমজিল্লুদে ঐখোয়গী ইরক্তা থম্বিরম্নবদি আর্ট এণ্ড কল-চরগী পায়থংলকপা থৌরম পরেং হেন্না মরিক চুম্না চাওথংলগদ-বনি। মরম অসিনা কলচরস্তু রাত্তবা আর্ট মুভমেন্তস্তু হোংনজরিবা মণিপুরগুম্বা ষ্টেট অমদা থম্বিরবদি নিংবা থুংলমগনি খল্লে। হৌ-জিকমক্তি উমাপুরদা নোর্থ ইষ্টর্ন জোন কলচরেল সেন্টর অসি থম্বগী রাফম অমা খন্ন-নৈনখরে হায়বদি তাজরে। ভসি আর্ট সোসাইটিনা হীরম অসিগী মতাংদা অকনবা পাম্বাম তিংথোক্লি। মসিনা মঙ্গল ওইরবদি নোর্থ ইষ্টর্ন এরিয়াদা লৈবিরিবা প্রজা পুন্নমক্কী ওইনা কো-ওপরেসন, মুংশিনবা, রিলেসন্সিপ, লোয়নন আর্ট মেতিয়েরিয়েল ফংদবগী প্রোব্লেম পুন্নমক কোক্লগনি খল্লে।

অরোয়বদা হায়জনিংবদি মণিপুর মহৌশাগী খুংশেম্না থল্লবা, কবি অমদি আর্টিষ্টকী হৌরকফমগী খুদোংচাবা লৈরবস্ত্র শেম্বিস্ত্র-বদি কান্নবা লৈতে। ইজাতিবু চাওখংহনগে, মুংশিবগী থৌরাঁন. পুনগে থনবিরবদি আর্ট এণ্ড কলচরবু সন্মান তৌবিব। মোরেল অমস্তুং স্পিরিচুয়েলগী ওইবা শক্তি চুপশিনখিহুনা মুংগী ওইবা মুং-ঙাইবা, অপেনবা পুন্নমক ফংবা ওমই, মথাই কারবা মীওইবগী পুক্সি তেথহল্লি। সোসিয়েল ইন্তিগেসনবু তথাই তরাইনা পুরকপা ওমই ☐

# প্রোব্লেমস এণ্ড প্রোসপেক্টস ওফ আর্টিষ্টস ৱার্কিং ইন নোর্থ ইষ্টরন রিজন ওফ ইণ্ডিয়া

মুতুরা বহাদুর

অরাং-নোংপোক ভারতা লৈরিবা ট্রাইবেলশিংগী য়েক-খোংপা, শাবা অমদি হক-খোংপগী মওং মশাগী ওইনা তোপ তোপপা লৈ। চাংগী লমদমদা মহৌশাগী থুংশেমগী ফজবগা লোইননা আর্টকী ফজবসু অতুমক সৈরি। শিংথাবীনবা লৈতবনা অমদি য়েংবিনবা রাংপনা অতুমক পংতুনা-পুমদুনা মাংশিল্লক্লে। ট্রাইবেলশিংগী মপুং ওইবা মীংয়েংদা মান্ননা উরগসু ট্রাইবেল কাংলুপশিংগী মরক্তা অমগা অমগা খেন্নবদি অতুমক লৈরি। অরাং নোংপোক ভারতকী নাগালেণ্ড অমসুং মণিপুরদা খুন্দারিবা ট্রাইবেল ইচিল-ইনাওশিংগী য়ুমগী ফক্লাংশিংদা হকপা অমদি য়েকশিনবগী থৌরম মমাংডৈদগী হৌনা চংনবী অমগী মথাদা পাংথোক্নরকই। অসুন্না হক্লিবা থৌরমশিংসি হৌজিক্কি পাংথোক্লে। থৌরম পাংথোক্নবা লম লমগী ফোক আর্টিষ্টশিংসু য়োকখত্তরে। অমদি চাওখৎপগী খুদম ওাকপা ওস্বা মচাক য়াউবদুসু মথোয়গী খুনায় অহুনা থাগৎপা ওমশিল্লক্লে।

মসিগী হৌরকফমদি : খৃষ্টান ধর্ম্মদা লাইমিং লৌখ্রিবা, উমংশিং কোকথোরকপা, হান্না চংনরকপা অমদি থাজনরম্বশিং অহুবু ইকায়খুম্নবা ঙম্লকুবা, মতমগী মতুং ইন্না পুন্সি মরেল হোংলকপা, অমসুং খুৎলাই অমত্তনা হকপা অসিনচিংবনি। অসুম্না মাঙখরক্লবা ত্রাইবেল আর্টশিং অসিবু কলহৌবা হায়বসি হৌজিক্কী মীরোল-শিংগী ঙাইফত্রমা থৌদাংনি। লোইননা মখোয়গী খুংয়েক অমদি হক্লিবশিংগী দোক্যুমেনটেসন তৌহৌবসু মথৌ তারবনি। মসিগী মতাংদা মরী লৈনবা সরকার অমদি অথোরিটিনা ঙসি ফাওব. য়েং-শিনবিদ্রি। হৌরম অসিদা খরদং ওইরবসু মুতুহা ম্যুজিয়মগী মীওই কাঙলুপ অমনা চীংগী লমদা কাচিন কোয়া চত্তুনা দোক্যুমেনটেসন তৌরি অমদি খোমজিল্লি। লোইননা লিশিং ম্যুজিয়ম অমা শেম্ন-বসু চীংগী খুন্নদা হোংনরি। অহুগা আর্ট সোসাইটিনসু ত্রাইবেল আর্টকী দোক্যুমেনটেসন অমসু পায়খৎপা হোংনরি।

পাওমতাগী খুল্লাকপগী য়ুমশাবা তারবদি শান্দ্রিবৈগী মমাংদা কৈ অমা নুমিং মঙানিগী মনুংদা থিগনি। কৈ অহুবু হাংলগা খুল্লাকপগী য়ুমগী ফক্লাংদা কৈ হক্কনি। য়ুম শারিবৈগী মনুংদা নুমিং মঙানি চাক-চাদনা য়ু থক্কুনা লৈগনি। য়ুম অসি শারিবৈদা খুল অসিগী মনুংদা করিগুম্বা তেকখিবা কায়খিবা য়াওরবদি মহু খুলগী মীওইশিংনা নুমিৎ ও নামুংগনি। হায়বদি থবক অসিদা শিনথা পীনবা চৎলোই। পাওমতাদা লৈবা তুগম খুলদা য়ুম মখল অনি শাই। অমনা কিচে, অমনা কোলামথোক। খুল অসিদা শাগৈ মঙা লৈ। শাগৈ মঙা অহুগী কোম্বোংশিংদা তোঙান তো-ঙানবা মওঙদা লাই কয়ামরুম য়েকই। য়ুমশিং অসি শান্দ্রিবৈগী মমাংদা থৌরম মরিখক হান্না পাংথোক্কনি। থৌরম মরি অহুদি—
১। নোভিকোভি, ২। ওমোকোজি, ৩। ওজোহেকেমো, ৪। ওচিজোহোকোসো। য়ুমশিং শাবা তারবসু জানুরারী থাদা

শাগৈ। মসি কনাগুম্বশিংনসু হোংদোক্কবা য়াওই। মথক্কী য়ুম-শিংসি শাবা মতমদা খুল্লাকপগী য়ুম শাবা তারবদি খুল্লাকপা অহু থ: অমা য়ু ঙহাক্তা থক্নুনা লৈগনি। পুরুল অমসুং ওইনামদসু মথক্কী খুলশিংদা য়ুম মথল শাবগুম্না শাই, মখোয়শিংদি— ১। পুকি ২। ঙাইকিনি অহুগা ওইনাম খুলনা— ১। পোসিঙক, ২। রকো অমসুং ৩। পোংকানি।

মথক্কী য়ুমশিং অসিদা লৈবা ইনাকখুনবা, খুল্লাকপা অসিন-চিংবা মীওইশিংনা শিরগা শিথিবগী থৌরম্নগা মরী লৈননা কোহো থাদা (ওক্তোবর থা) ওইনামদা থিহুই হায়বা থৌরম অমা পাং-থোকই। পাঙথোকফমদি তোল্লো হায়বা খুলগী ব্রাংমদা মুঙহোঙ-খিবশিং (মেগালিথিক মোনুমেন্ট) য়ুম্ফম অহুদা পাংথোকই। শি-ত্রিবা মী অহুনা মহাক্কী য়ুমদা মথল কয়ামরুমগী লাই য়েকপা অমদি হকখিবশিং অহুগা মান্ননা থৌরম অসিদসু নোংমদা শাগৈগী মরী-মরা অমদি ইমুং-মনুংগী মীওইশিংনা য়েকপা অমদি হকপা খোৎপগী থবক পাঙথোক্কনি।

থারোন খুলগী ফিয়াংশু, (নুংপাক মথক্তা চেনবা ঈচেল) অমসুং খৌপুম (নুঙগাইগী থোং) গী মফম কয়ামরুমদা লৈইশিংনা হক্লিবশিং অহু হৌজিক্তি চৎথনদরে। মসি মুৎথরকপগী মরমদি মখোয়গী খুনায়দা হরুবগী থৌরম পাঙথোক্কবা অহুনা মরাই চাইথ-রকপনি। অসিদা নত্তনা নোংপোক সেকমাইদা লৈবা মরীংশিংনা মখোয়গী য়ুমগী ফক্লাংদা মথল কয়ামরুমগী লাই য়েকপা অসি চৎন-রম্মী। হৌজিক্তগী চহি ১৫ রোমগী মমাং ফাওবা উবা ফংলম্মী, হৌজিক্তি মখোয়শিং অহুবু য়েকশিনবা আর্টিষ্টশিং অমুক থোরক্রে। অসুম্না য়ুমগী ফক্লাংদা য়েকপা অসি কবুইগী তলংকাইশিংদসু চৎন-রম্মী। অহুবু অরাবদি তলংকাইদা য়েকপীনবা আর্টিষ্টশিং লৈত্রে

হায়না লৌবস্থ অহুমক য়ারে। চীংগী পাখংফাল অমদি লৈশা ফালশিংগী শেনখায়শিংদা য়েক্লিবা অমদি হুক্লিবশিং অহুবু হুকপীনবা আটিষ্টশিং লৈত্রে পুংমুং মুংলে হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই।

টুইশেম খুলদা ইংশোক ১৯৭৫ গী সেপটেম্বর থাদা চংখি। খুল অসি লমশাং গেটংগী থোংনা মাইল ২ রোম চংলগা লৈ। খুল অসিদা য়ুম মথম মরিরোম থেংনখি। মসিদা হাপ্রিবা অমদি য়েক্লিবা লাইনিং লম্বীগা মরী লৈনবা, শিবগা মরী লৈনবা কয়ামরুম হুকপা অসিগুম্মা ঙসি ফাওবদা উখ্রুল দিষ্ট্রিক্টকী মনুংদা থেংনদ্রি। অস্তুম্মা তাঙলবা কলাগী পোৎথোকশিং ইংশোক ১৯৭৯ দদি পুংমুং মুংখ্রে। মসি ঐহাক্কী থিজিনবা চংচবদগী খংবা ঙমজবনি। লম অহুগী আর্টিষ্টশিং অমুক হন্না মহুগী মথা তাবা থৌরাং লৌখংপা ঙমখিদ্রে।

অরোইবদা পঞ্জনিংবা অমনা নোংমা নত্রগা নোংমদি ত্রাইবেলশিংগী নুঙদা হুক্লিবা, য়েক্লিবা, উপাক্তা হুক্লিবশিং অসিগী মফম শোয়দনা লাকখিগনি খল্লে। মরম অসিনা মরাইবক থিরবা আর্টশিং অসিগীদমক অরাবা মীহাদা ফোংদোকচরি ☐

# কন্টেম্পোরেরী আর্টস ইন মণিপুর ঃ

## "কন্টেম্পোরেরী আর্টস ইন মণিপুর অমসুং আর্টস এন্দ সোসাইতি"

—চিত্রেশ্বর শর্ম্মা

কন্টেমপোরেরী আর্টকী মরমদা নোনা অমুক নৈনরুম্ননবসু মসিগ। মরি লৈনবশিং লোয়ননা আর্টস নত্রগা কলাগা সোসাইতি-গা লৈনবা শক্তমশিং অহুগী সমলগা খরদং পাউদমজগে। লামায় খরসিদা পৃথিবী অমসুং মনিপুরগী পাক চাউরবা ইতিহাস কোন্সিন-জবা ওইথোক্তবনি।। অরাৎপা অসোয়ব। কয়া য়াওরম্বদা মহুগী চুমথোক্লবা তেংবাংবিরকপা পুন্নমক হুরাউনা লোজগনি।

**প্রি-হিষ্টোরী নত্রগা নুংগী যুগ।**

মীওইবনা মাগী অকোয়বদা লৈরিবা সমস্যা কয়াবু মায়োক্ল-বদা ইহান হান্না মরু ওইরিবসি হিংবনি। হিংবদা তঙাইফদবশিংগী মসুংদা চিঙ্গাক্লা অথোইবনি। মথংদা মসাবু য়েক্লবা অমদি অইং অশাদগী ঙাকথোক্লবা পাম্বৈ শিজিন্নরকই। মথংদা লৈফম অমসুং খুদোংচাবগী মতুং ইন্না অনিংবা রাখল ফোংদোক্লবা হৌরকই। অরোইবগী পরিং অসিদা চনবা য়াই লোল, জগোই, ঈশৈ,

অমসুং য়েকপা শাবা অসিনচিংবা। অসুম্না মী ওইবগী খুন্থোক লৈথোক্লকপগী পুরারী থিগৎনরকপদা খুদমশিং অসিগী মতেং লৌনরি। অদুবু ঐখোয়না হায়নিংঙি মহুদি লোল, জগোয় অমসুং ঈশৈদা অহোংবা নাইরকপা অদুগুম য়েকপা শাবগী খুদোলশিংদদি হোংলক্তে। মদুমক্কী খুদম ওসিফাওবা লেংদনা লৈরিবা প্রি-হিষ্টোরীক নত্রগা নুঙগী যুগ হায়না খংনরিবসিং অসিগী অয়েকপা অহকপা অমসুং অশাবা কলাগী খুদোলসিং অসিনি।

## আর্ট অমসুং কলা

ইউরোপীয়ানসিংনা ভারতকী কলা হায়বা রাহৈসিগী চপ চাবা অর্থনি হায়না মখোয়গী লেত্তিন্দগী লৌবা রাহৈ আর্ট হায়বসিগা চাংদম্নে। মসিগী মতাংদা ভারতকী স্কোলার কয়ানা নৈনহুনা ফোংদোক্নে। মহুদি মপাম্লোংগী সরুক খরদা অনিসি মান্নজরবস্নু অমনা অমদগী খেন্নবা লৈ। কলাদি ভরত মুনিগী নাট্য শাস্ত্রদা য়ুক্ষম ওইবনি। মসিনা খংনরিবদি জগোয়, ঈশৈ অমসুং ষন্ত্রগী খোঞ্জেল লোয়নননা নাট্য অসিনচিংবনি। কলা অসিমক্কী মগুনদি মীওইবা অমদি মথরাই পানবশিংবু শুমহৎপা ওম্বা খোয়থুম্নবা মহাউ চেনগদবনি। মগুনসিংসি য়াওত্রবদি কলা ওইদে হায়। য়েকপা শাবা, লোনবা হকপানচিংবা অসিবুনা পানিনীগী ( অষ্টধায় সিল্প ) গী মোৎ লৌহুনা সিল্প কলা হায়না খংনরকই অসুম্না মোৎ ফোংদোক্নে।

অমরোমদা আর্টনদি মথক্তা পনখ্রিবসিদা নত্তনা কবিতা-নচিংববুস্নু কোনসিল্লি। শম্না হায়রবদা মীওইবগী ফজবা নিংথিবা মগুন চেনবা খুদোল পুম্নমক কলা নত্রগা আর্ট কৌগনি হায়। অসিদা নত্তনা কুপসিল্লবদি তোঙানবা মমিং অমসুং সিজিন্ন-হুনা লৈ হায়বসি ঐখোয়না খংনরবনি। অদুমকপু অনিসিদা খেন্নৈ

হায়না ভারতকী স্কোলার খরনা মোং পীনরিবগী মরমদি ভারতকী কলাদি রসদা য়ুমফম ওইরগা মখল ৬৪ (হুমফুমরি) খুই হায়না খায়দোক্লকপা মসিতনা ওইফম থোকপ্রা খঙ্গে।

## ভারতকী অঙনবা মতমদা

পদ্মশ্রী মিঃ সিবরাম মুর্তিনচিংবা ভারতকি স্কোলার খরগী মতুং ইন্না ভারত্তা চৎনরকপা য়েকপা শাবগী মখল খরা পীরি। মতুদি অয়েকপা মখলসিংবুনা "চিত্র" অকুং অতোং নাইবা তঙ্খায় অমতদা শাদুনা পুথোক্লিবা অয়েকপগুম্ব: মখল সিংবুনা "অর্ধচিত্র" অমসুং মপুং ফাবরা অশাবা মুত্তি মখলসিংবুনা "চিত্রভঙ্গ" হায়না খংনবকই হায়। অসিদা নত্তনা "সদাঙ্গা, রুপভেঙ্গা, প্রমানা, ভাব যোজনা, লাবন্য যোজনা, সদ্রিস্যা, ভরনিকাভঙ্গা 'অসিনচিংবা মখল কয়া খায়দোক্লুনা য়েকপা শাবগী মতাংদা ফজরবা রাখল পরি কয়া ফোংদোকপা ওম্বা লাইরিক কয়া লৈজরম্মী হায়। লাইরিকসিংগী মনুংদা "বিষ্ণু ধর্মোটরা পুরান" না অহানবনি। মথংদা "অভিলা-সিটর্থা চিন্তামনি, সিবতান্দব রত্নাকর, সিল্পরত্ন, নারদ সিল্প, সরস্বতি সিল্প অমসুং প্রজাপতি সিল্প" অসিনচিংবনি। অমুম্মা বেদ, পুরান অমসুং উপনিষদকী রারী পাউতাকসিংদা সাগৎতুনা ভারতকী য়েকপা ফজরবা সংস্কৃতি লৈজরম্বা, লোয়নননা শাংলবা সভ্যতা অসিদা মীওইবা খুন্নাইনা পীবা মাগী কলা খুদোলসিংবু মতমগী সাথিরবা চৈনা কয়া ফংলবফাওবদা ওসি মুৎপা লৈতনা ওান্দুনা লৈরি। অদুম ওইনমক কলা অসিগী য়াওন্দা তাক্কক কয়াগী পন্দুনা লৈতবা নত্তে। মসিনা মীওইবা খুন্নাইনা পীবা মতমগী ঈচেন্দা তাউথরকখিবা সভ্যতাগী মমিনি হায়জনিংঙি। লাই য়েকপা শাবগী ইতিহাসতা পৃথিবীগী মমিং লৈরবা মীসক কয়া পোকখ্রে। মথোয় অমমমগী অঙকপা মগুন অমসুং থোইদোক হেন্দোক্লবা

খুদোল কয়া মালেমসিদা থম্বিরম্রে। মসিগা লোয়ননা মখোয়গী রাথল মফোংদোক থেম্নবা সক্রোন কয়া পুরকখ্রে।

অমরোমদা পৃথিবীগী অওনবা-অহোংবা কয়াগী সাথিরবা লাঙ্গাও অমসুং কাংলুপকী ওইবা য়েখায় থিনগায়বা মসিং লাকঙম-দনা থোকখ্রে। অসিগুম্বা মতম অসিদা কলা অসিবু থক-থক নিঙ্গা খাংথিবা কয়ানি, লোয়ননা মালেমদা শিংথানরম্বা কয়া মাংখ্রিবনি। অদুবু, মুংঙাইনিঙাই ওইরবদি অদুগুম্বা রারবা চিরবা মতমদসু খুন্নাইবশিং অসিনা করেম্নদুনা নত্রগা থম্মোয়সোক্লা, মখোয়গী থম্মোয়গী রাহং অদু কলাদা ফোংদোক্কুনা সমাজ অমদি মীয়ামদা খুদোল তম্নকই। অসুম্না কলাকার অমত্তনা মখোয়গী সমাজ অমদি সংস্কৃতিদগী নাম্থোক্কুনা লৈথিদে। খেন্নরিব-দি মখোয়গী খুদোল অদুদা মসাগী হৈশিংবা কদায়ফাওবা ফোংদোকপা ঙম্মিবা। লোয়ননা মতমদুগী অসেংবা মমি কয়ামুক সেংনা লাকসিনবা ঙম্বগে হায়বসিনা পোৎথোক্কুগী মগুন লেপ্লদে নত্তনা কলাকার অদুগী মপোক্কা লোয়নরকপা মগুন মীয়াম্না লেপ্পী-বদা শিঙ্জিন্নবতনি।

অসিগুম্বা তাক্কক কয়াগী মালেমসিগী খুৎনাইবসিং অমসুং মখোয়গী খুদোলসিংবু নৈনদুনা লৈরবদি চেবাং মশিং নাইদনা কল্লগনি। অদুগী মথক্তা মমল য়াম্লবা ঈরৈবাকমচাসিংগী মতম মাংহনবগুম থোক্লগনি; মরম অদুনা ইউরোপ অমসুং এসিয়ানচিংবা লৈপাকসিংগী য়েকপা সাবগী ইতিহাসতা খৃষ্ট মমাং চহি লিসিং লিসিংদগীনা মতুং চহি লিসিং অনি শুরক্কদোরবা অসিফাওবগী সম্লপ্না খরদি মতাংসিদা তেনসিনজরে। মথক্কী রাফম অসি নৈনবদা পল্লক্ষম থোকপা ঈজিপ্টকী রাল পেইন্টিং, গ্রীক অমসুং রোমগী অসাবা মূর্তিসিং, উচেক মসা পানবা মী মকোক অমগী মসানা যনগী মসক মানবা শায়রিয়াগী মূর্তি অমসুং ভারত অমদি চাইনাগী সাং

পেরিওদকী মোহেনজাদারোগী খুদমশিং লোয়ননা মমিং পনবদা মতিক চারবা কলাকার লেওনার্দো দাভিন্সি, মাইকেলেনজেলো, রাফেলনচিংবা অঙনবা মতমদগী না জে, এম, তরনর, ফ্রান্সগী মো-নেৎ, দচকী ভান গোগ অমসুং পব্লো পিকাসো অসিনচিংবগী মপান নাইত্রবা কলা খুদোলসিংগী মরমদা পৃথিবীনা নৈনগ্রব তুংদা ঐখোয়না মপানগী লাইরিক খরা নত্তগা মখোয়গী রিপ্রদক্সন খরবু উরগা অখং অহে সারদুনা পংহায় হায়বদু পামজদদুনা পঞ্জদবনি, ঙাকপীগনি ।

অসুম্না ভারতকী মনুংদসু মমিং লৈববা কলাকার কয়া অমসুং মখোয়গী খুদোল কয়া লৈরি । পুম্নমক পল্লুত্রবসু মীয়াম্না হেন্না খংবীরে । অতুমকপু খরদংদি হায়জনিংঙি, মতুদি ভারত্তা প্রি-হিস্তোরিক, বুদ্ধ পেরিওদ, রাজস্থানী স্কুল মুগোল অমসুং গুপ্ত পেরিওদনচিংবগী তাংককসিং মসিগা লোয়ননা লাকখিবা মাদ্রাজ স্কুল, পাঠনা স্কুল অমসুং বেঙ্গল স্কুলনচিংবগী মহৌসা ওইবা ঈচেন্দা বৃটিস চঙকপদগী অহোংবা লাকখি । ত্রাইবেলবু ঐখোয়না মতাং-সিদা নৌহৈনা নিংশিংহল্লি । মহাকী লমজিং মখাদা ঐখোয়গী ভারতনা য়েকপা সাবগী ইতিহাস্তা অনৌবা যুগ সাগৎলকখিবনি । মতমদুদা পোল্লকখি রাজা রবি বর্মা, অবনিন্দ্রনাথ তেগোর অমসুং খরদা চরন্নচিংবা । লোয়ননা থোক্লকখি নন্দলাল বোস, যাসিলি রাই, অমৃত সেরগীল, সতিস গুজরাল, কুলকরনি, কানু দেসায়, রাস কিঙ্কর, হুযেন, সান্তি দেব অমসুং জয়া অপ্পসামি অসিনচিংবা কলা-কার কয়া অমসুং মখোয়গী সিংথানিঙাই ওইরবা খুদোলসিংনা ভারতকী কলাবু পৃথিবীদা সক্তাক্লি ।

## মণিপুরগী ওইনা

লমদমসিগী য়েকপা সাবগী মরমদা নৈনবা তারবদি য়াম্নমক লাইবক থিবা মতাং অমা ওইরি হায়জনিংই । মনি হায়জরুবগী

মরমদি লমদম অসিদা লৈসেম্ভেঙদগী লৈজরক্লে হায়রিবা জগোয়, ঈশৈ, ফীসা লোনস্না, সাহিত্য অমসুং লৈঙাক্লোন লোয়নননা নাংকী ফজরবা চৎনলোন লৈজরক্লবসু য়েকপা সাবগী সিন্নফমসিদি চিংথ-হৌবগী মতাংগুম সোৎথহুন্না লৈহৌরে। সমাজ অমনা চাউখৎপা হায়রবসি মাইকৈ অমত্তং চাওখৎপনা ওইবা মাদে হায়বসি ঐথোয় পুম্নমক্না খংনরবনি। মতাং অসিদা মনিপুরনা মস্নাগী চাওখৎ খোংথাংদা মচন ওইরিবা অতৈ কয়াসিং চাওখৎলম্লগা য়েকপা সাবগী সরুক্না সোৎথহৌবা অসিনদি ঐথোয়গী খুন্নাইদা নৌনা থিজিন্নিঙাই নৈননিঙাই লৈরিব্রা হায়বসি খন্থদবা ওমদে।

মসিগী মতাংদা ঐথোয়না চীং অমসুং তমগী মফম কয়াদা কোয়না থিত্তুনসু মতিক চাবা প্রমান পুথোকপা য়ানা থোকই। মসি-গী খুদম মনিপুর ষ্টেৎ মুজিয়ম অমসুং মুত্তুরা মুজিয়ম্নী। মুজিয়মশিং অসি য়েংলুরগা সোয়দনা খঙবিগনি মতুদি জাতি অসিগী সভ্যতাদা খংচোং চোংবা খুদম খরা থেংনবগা লোয়নননা লম্বী অসিদা চাওনা অহোবা লৈরিবহু উবিগনি। মসি হায় হায়দুনা ঐথোয়গী সভ্যতা লেপ্লদা মুজিয়ম্না লেপকনি হায়জবা নত্তে, চুম্না খুদম অমা পঙ্ঙবত্তনি।

নাকল অমরোমদা অরাংপসি মেনখৎনবগী পাম্বৈ ওইরিবা লমদমসিগী অরিবা পুয়াসিংগী মতেং লৌরগা মেনসিনবা ওমত্রা য়েংসি। য়েকপা সাবগী মতাংদা অরিবা পুয়া খরদা ময়েক সেংনা পনবীরম্মী হায়বা রাফমখরা ঐথোয় তানরক্লে। মসি কদাইফাওবা চুম্নবগে হায়বহু ঐথোয় নৈনবা চংঙি। ঐনা খনজবদি পুয়াশিং অসি সিনফম অসিগীদমক নৈনবদা খরা সোনবা ওইগনি। খুদম ওইনা পনবা তারবদা "পাখংবা তুথেক লৈরোং, মৈক্লোক্লোন মকোক, লো-য়ুম্বা সীনয়েন, থ্রিচিং হিরাউ অমসুং সুবিকা" অসিনচিংবনি। পাখংবা তুথোক লৈরোং হায়বসি পাখংবা অমসুং তাউরোইনাইগী তোজান

তোঙানবা সাথেক উৎপা শক্তম অহু অকক্কবা মচু থরদা য়েক্লনা তাকপনি। মসিগী খুৎয়েক অমসুং শিজিন্নরিবা মচু অসি লমদম-সিদা কয়া কুইরবগে হায়বহু নৈনরগা লেপ্পবা চুমগনি। মতাংসিদা তহা তহাবা মিৎয়েং অমদগী ঐথোয়না পংথাং থাংগৎলুবদা মতুং ক্রি ওইরকদগে হায়বা লুনা থোকই। মসিগা নক্কনা লৈরা সুবি-কাদি হিন্দুগী ইথিন চংলক্রবা মতুংদা থোক্লকপনি হায়বা মোৎ লৈনৈ লোয়ননা লাইরিক অসিদা উৎলিবা চহি মতাং মতাংদা মীওইবনা ফংগদবা অরা নুংঙাইগী খুদম অহু য়েক্লনা ফোংদোকপনি লোয়ননা রাহৈনসু তাকই। খুয়েক অসি ভারতকী অয়াম্বা মফমদা ফংনরিবা অমম্বা লৈই অমনা মপান্দা পেননা চিংলগা মচু থরনা থেন্নবা মফম থরদা তৈবগী চৎনবী অহুনি। সম্না হায়রবদা ইলু-স্ট্রেসনগী সরুক্কি। অহুবু লুরিবদি মসিগী তাঙ্কক লেপ্পগী মতাংসিনি লোয়ননা মাগী হৌরকফম থিবনি।

মথকী লাইরিক অনিসিগী মথংদা 'হিচিং হিরাউ' পনবা য়াই। লাইরিক অসিদা লুরাং নিংথৌ পুন্সিবগী মনাও অনি হায়বদি লুরাং মনাও সিলহৈবনা সাবা অমসুং নোংবান মনাও খুৎহৈবনা য়েক-পগী সিনফম পাংথোক্কুনা হী সাখিবগী মতাং ইরিবহুনি। মসিসু য়াম্নমক পৌবা, থোইনা মচা তাবা নত্তবা মওংনি। অহুমকপু নোংবান মনাও হায়বসিনা হিদা য়েকই পল্লহসিনা সিনফম অসি লৈরে হায়না লৌবদা চিংননিঙাইদি ওইত্রে। মসি নত্তনা 'মৈহৌ-রোন সকোক, অঙোম থোইরা, লোয়ুম্বা সিনয়েন" নচিংবা পুয়া-সিংদদি য়েকপা সাবগী মরিদা থোইনা পল্লম্বা থেংনজদে "লোন্সুম্বা সীনয়েন" হায়বা লাইরিক্তা সাগৈ সলাইগী তৌগদবা মসিন অমসুং ফম্নাইবসিং লোয়ননা পানা মরিগী মতাংদদি ফজনা ইবিরম্মী। লাইরিক অসিদগী ঐখোয়না ফীসাবা অমসুং মচু সংবগী মতাংদা য়াম্নমক মরিকচুম্বা সরুক থরদি থেংনজৈ অহুমকপু য়েকপগী মরম-দদি পনবিরমগ্রে।

## অতৈ মচন থরা

লৈসেম্বদা সনামহিন। খোংলক্তগী লৈখোমনা সমদোন য়াংবা সাখি (সগোল) হায়বগী রারী, খাবা সোকচোংবগী মতমদা নোংপাম্বোইবী মুতি সারগা ঈরাংপা হৌখি। অসুম্না তোঙান তোঙানবা রারী কয়া লমদমসিগী খুন্নাইগী ওইবা লৈজরবসু ঐখোয়না মসিগী মীয়াম্না য়ানরবা ইতিহাস অমা সেমহুনা য়েকপা সাবগী মাইকৈদা লমদমসিগী ফজরবা মসক অমা সাগৎনবগী মতম অহু ঐখোয়গী মাংদা তারি। মতাংসিদা চনসিনবা য়াই মহুদি হিঙ্জম, অকোইঙ্জম অমসুং অয়েকপম হায়রিবা য়ুম্নাক সাগৈ অসিনা য়েকপা খোংপগী সিনফম অসি নিংথৌরোলশিংগী মতমদা পুরকই হায়বগী রারী রাখোং য়াম্না ময়েকসেংনা পনবিরম্বা অমদি মৈদিংঙ, ইরেংবা (খৃঃ ৯৮৪-১০৭৪) না লৈখিদ্রবদা মাগী লৈমা তেমহৈবীনা খুৎহৈবা নুংমচা কৌখৎলগা মবুংঙো ইরেংবগী মুতি সাহনখি। মুতি অহু কুরাও উনা সাবদা মাল্লে হায়হুনা য়াইঙং মচু সংখি। মহুফাওবদা লৈমা থমন চনু তেমহৈবীনা পেন্দ্রহুনা অমুক হন্না খুৎহৈবা অহৈবম খোইরিস্নম্বদা সিন্নহুনা খোইরুনা মীতম্লগা মবুংঙো ইরেংবগী মুতী কোন (ধাতু) না হৈরগা শাখি। সক্তম অহুদি মাল্লে হায়হুনা লৈম অমদি অঙম্বশিং কপ্লখি। খোইরিস্নম্বা খুৎহৈবদা লৌচানচিংবা মনা পীখি হায়না "নিংথৌরোল লম্বুবা" লাইরিকী লমাই ৯৫/৯৬ য়াওরি। অসিদা নত্তনা পাখংবগী মমাংদা প্যাল্লম্বা মৈদিংঙ কাংবগী মতমদসু মুতি লাৎপগী চৎনবী লৈরম্মী হায়না মোৎ পীবিরকপা য়াওই। মসিগা লোয়নননা ঐখোয়না নৈনবা য়ারিবদি উগ্র লগী থংখুৎই, ওইনামলোংগী চীংদোলাল অমসুং ইভোরক কারোকনচিংবদা লৈরিবা নুংগী মুতিশিং অসিসু অমনি।

## তম্পাক্কী লমদা

মনিপুরগী তম্পাক্কী মফম অয়াম্বদা অঙনবা মতমদা চাওখৎলম্মী হায়বগী ওইবা য়াবা খুদম চাংদম ফংবা য়াংলি। মসিগী ওইবা য়াবা মরমদি তম্পাক্কী লম অয়াম্বা ঈসিং থুমহুনা লৈরম্বা অতোপ্পা অমনা কাংলুপ মসেল তোইনা লানথেংনবদগী অসিগুম্বা কলাগী খুদোল কয়া মাংখিরম্বস্তু য়াই। মমৈদা খুনাই অসিনা তংতাবা লাক্লবা মতুংদা হৌজিক ওইরিবা ফিভম অসি সাগৎলকখিবনি হায়বসি থাজে। অহুবু ঐখোয়না খংঙি মহুদি পৃথিবীগী কাংলুপ পুম্নমক্কী অঙনবা মতমদা অমগা অমগা খুৎথোক্লবা অকনবা লানথেংনখিদবা য়াওদে। অহুম ওইনমক মখোয়গী কলা খুদোলসিংগী লেংল্লবা খুদম খরদি অহুম ফংনরি । মরম অসিনা মণিপুরগী মী কাংলুপসিংনা চাওখৎলম্বগী খুদম মতিক চানা ফংদবনা মাইকৈ অসিদা সোনথরকই হায়বগী প্রমান ওই হায়জনিংই।

মণিপুরনা সাংলবা মীরোল কয়া কাল্লক্লবা মতুং মৈদিংঙু নাউথিংখোংগী মতম ঈংকুমজা (৬৬৩-৭৬৩) অম্বাইদগী উমংলাইসিংবু ঈরাং থৌনিবদা অনৌবা ঈহৌ লাকখিবগা লোয়ননা লাইনিংথৌ লাইরেম্বীগী মুর্তি কয়া লিংখৎনরকই। অতোপ্পা নাকন অমরোমদনা মাইবা মাইবীসিংনা ঈরাং চবান অমসু উসিল্লনচিংবা তৌবদা মী, সা, ঙা অমদি উচেক্কচিংবা সাবগী চংনবী সৈরকই। অমুম্না তম্পাক্কী লমদা মুর্তি সাবগী অহানবা ঈহৌ লাকখি হায়বা য়াই। মথংদা হিন্দু ধর্ম্মগী লাইনিং লাইশোল চংলকপগা লোয়ননা ঈংকুমজা ১৭৭৬ মৈদিংঙু চীংথংখোম্বনা গোবিন্দজিউগী মুর্তি লিংখৎতুনা লমদম অসিদা অনৌবা খোংথাং অমা হৌহনখি। মসিদগী লোয়া তময়া য়ৌনা তম্পাক্কী হিন্দু ওইরিবা খুঙ্গং পুম্নমক্তা রাধা কৃষ্ণনচিংবা হিন্দুগী লাই কয়াগী মুর্তি সারগা লাৎপগী ঈহৌ লাকখিবা মতাং

অসিদা মণিপুরগী য়েকপা সাবগী অনৌবা খোংথাং হৌরকখি হায়্গ-জনিংই। মসিগী মমাং ঈং ১৬৫২-১৬৯৭ মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতম-দসু নোংপোক হারমগী মতেংনা চেক সান্নগা কংলাগী চেকপল খাবা, কংলা উত্রাগী সঙ শাবা অমসুং লাই নোংসাগী কুরা সাখি। অমরোমদা মৈদিংঙু খোংতেকচা (৭৬৩-৭৭৩) এ, দি, গী মতমদা ইরম্বা ফয়েংগী কোরৌ কোম্পাক্তা "শ্রীহরি" হায়বা রাহৈ য়াওরম্ব-সিনা মতম অসিগী মমাংদগী মণিপুরদা হিন্দুগী ইফুৎ ফাওরম্লে হায়নৈ। অমুম্না নিংথৌ ক্যাম্বা (১৪৬৭-১৫০৮ ইং) দগী বিষ্ণু লাৎপা হৌরক্লে হায়বসি ঐখোয়গী ইতিহাসনা পল্লি, মসিগী খুদম লমাদোংগী বিষ্ণু মন্দিরনি। অসিদা নত্তনা রাধা কৃষ্ণগী মুর্তি লাৎপসু চরাইরোংবগী মতম (খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯) দগী হৌরে হায়বা অথং অহৈশিংগী মোৎ পারি। খৃঃ ১৭০৯-১৭৪৯ গী মতম মৈদিংঙু পামহৈবগী হাক্তক্তা রাম সিতাগী মুর্তি লিংখৎতুনা নিংথেম পুখ্রি মপান্দা লাৎপিরম্মী। লোয়নন‌া নিংথৌ অসিনা মহাবলীগী হনুমান মুর্তিসু লিংখৎপিরম্মী (চৈ কুম্বাবা লাঃ ৭৭)। অমুম্না মণিপুরগী য়েকপা সাবগী ঈতিহাসতা ধর্ম্মগী য়াওল মথং মথং লাকখি। লাই-বক থিবদি মুর্তিসিং অসি সাবিরম্বা খুৎনাইবসিংগী মিং অমসুং লৈকমশিং মচা খায়বা রারী রাখোসিংদি ঈখং খংতনখিদ্রে। অথল্লবা মীসক হায়বদি গোবিন্দজিউ সাবিরম্বা সাৎপম লক্ষন সিংহ, রাংথৈ গোপীরাম অমসুং রাধেশ্বরী সাবিখিবা ক্ষেত্রি পানেম, নন্দসিং, কোনসম চক্রপানি, অনিরুদ্রাম, খেলেম্বা, হাওজৌ, সাম্যুরোক অমসুং কোনসবা য়োইব তরেৎনী হায়না পনবীরম্নবসু অতৈ থি-জিন্নীংঙাই কয়া লৈরি। ঐখোয়না ভক্ত অমসুং মাগী মতমদগী ওইরকপা য়েকপা সাবগী রারী রাখোং খরদি ফংলবসু নিংথৌরোল তরানিপাল হায়বদি মধুচন্দ্র, লাবন্যচন্দ্র (খৃঃ ১৭৯৮-১৮০৩) দগী শুরচন্দ্র, কুল্লচন্দ্রগী মতম (খৃঃ ১৮৯০-১৮৯১) ফাওবগী মনুংদা লৈরম্বা খুৎনাইবসিংগী রারী রাখোং থিগৎপগী তঙাইফদবা লৈরি।

## চুরচান্দ অমসুং ২০ শুবা সতাব্দি :

মণিপুরদা তরামাপললসুবা সতাব্দিদগী হৌনা য়েকপা সাবগী অনৌবা খোংথাং থাংলকখ্রে হায়নৈ। মসিগী মরমদি বৃটিস মচা-সিংনা মণিপুর খুত্থুম চনসিনখিবগা লোয়ননা মখোয়না নোংচুপলোম য়েকপা সাবগী ঈহৌ পুসিল্লকখিবদগীনি হায়নিংই। মতম অসিদা হান্না চৎনরম্বা য়েকপা সাবগী চৎনবী থাদোক্তুনা মচু মখল মথেল সিজিন্নরকপা অমসুং রিয়েলিজমগী মমি তাবা হৌরক্লে। অমুক্না ইং ১৮৫০ গী মতুংদগীদি পার্স্পেক্তিভ রিয়েলিজমগী মপুং ফাবা সক্তমসিং থোক্লককখি। মতমসিগী মমিং লৈরবা খুংনাইবসিংদি রাজকুমার য়ুমজাওসনা, নিংথৌজম ভদ্রসিং অমসুং লিক্লাইখোম্বা অসিনচিংবনি। মতমদুগী খুৎনাইবসিংগী মনুংদা য়েকপদা মপুং ওইনা মীয়াম্না পান্নখিবা অমসুং মুর্তি সাবদা হেন্না মমিং লৈখিবা কাংলুপ অনি থায়দোকপা য়াবগী য়ারী ঐখোয়না তায়। মসিগী মতাংদা ঐখোয়না মুর্তি সাবগী ওইনা মমিং পনবা য়াবদি নান্না সেলুংবা, মংসিদম অঙাংমচা অমসুং হিদংময়ুম অঙাংমচা সর্মা অসিনচিংবনি।

ভদ্র অমসুং য়ুমজাওসনাগী অয়েকপা লাইসিংদা মচু শিজিন্ন-বগী হৈসিংবা নিংথিনা উবা ফংবদা নত্তুনা মপোক্কী লোয়নরকপা গুন চেনবগী থুদমসিং উবা ফংই। ভদ্রগী লাই অয়াম্বদা সিনফম অসিদা মাগী রাথস য়াম্নমক থৌবা অমদি য়াম্না কোম্না মথৌ পাংথোকপগী মমি তাই। অতুবু রাজকুমার য়ুমজাওসনাগী লাইসিংদদি মসিদগী হেনবা খুদম অমগা থেংনৈ মদুদি মাগী অয়েকপা অয়াম্বদা চেক-সিনবগী মমি তাই।

## ভদ্র অমসুং মাগী ভুং :

ভদ্র অমসুং য়ুমজাওসনাগী মথাদা মণিপুরগী কলাকার কয়া পোক্লকখি। মখোয় অয়াম্বা লমদমসিগী অনৌবা পুন্সিদা য়েকপা

সাবগী ফজরবা ঈহৌ অমা পুরকখি। মতম অসিগী ময়াই ওইরপ মুংঙাইবা ইমুং অমদগীনা মচিন তোংবা ইমুং খুদিংদা লৈতেংগী নত্রগা ঈরাৎ পুজাগীদমক লাই কয়া খুদোল তম্বীরম্মী। খুদম ওইনা পল্লবদা মতমদুগী নিংথিনা সারবা য়ুমজাও অমগী মাঙ্গোলদা খম্বা থোইবীগী অয়েকপা লাই অমসুং রাধা কৃষ্ণ গৌরলিলানচিংবগী তোঙান তোঙানবা লাই কয়া থেৎনরম্মী। মসিগা লোয়নননা অঙম-অথৌ, ফম্নাইবসিংনা মসাগী সক্তম অমসুং ইমুং-মনুংগী সক্তম কয়া য়েক্কুনা থেৎনরকই। অমুকসু ধর্ম্মগী ওইবা থৌদোকসিংগী-দমক কাং, ঝুলোন, সরস্বতি পুজা অমসুং দুর্গা পুজানচিংবদা অচৌবা খুদোল কয়া কলাকারসিং অসিনা তম্বীরম্মী। অসুম্না সমাজ অসিগী অন্না-নুংঙাই কয়াদা লমদমসিগী কলাকারসিংনা অচৌবা থৌদাং য়ারকই। মতমসিগী মমিং লৈরবা খুৎনাইবা খরদি মংসিদম কালাচান্দ, হুইরেম তোনসিং, লৌরেম্বম কামদেব, হিদংময়ুম হেমোচন্দ্র সির্ম্ম অসিনচিংবনি। মিং খরসি ঐনা খংজ-হৌবা পঙ্কবনি, মসিদা চিথবা কয়া লৈরমগনি লোয়নন ইম্ফালদগী মতাই ওইথ্রবা খুঙ্গং কয়াদা লৈবীরম্বা কয়াসু ঐখোয়না নিংসিংফম থোকই।

## ২ শুবা লাঞ্জাও মতুংদা ঃ

মথক্কী কাংলুপ অসিদগী সমথরকপা খুৎনাইবসিংগী তাঙ্কক অসিনা ঐখোয়গী সমাজদা থোইদোকপা মফম অমা কল্লি হায়জ-নিংই। মতম অসিনা মণিপুরগী অনৌবা যুগনি লৌজে। তাং-ককসিদা থোক্লকখিবা খুৎনাইবসিংগী মথল য়াম্মী অদুবু মতাংসিদা পুনসিঙ্গরিবদি য়েকপা সাবগী কাংলুপ্তনি। মতমসিগী মণিপুর সমাজগী ফিভম থোইদোক্লা নিংসিংনিঙাই ওই, মরমদি অরিবা চৎ-নলোন অমদি ধর্ম্মগী য়ুম্ফমদা চেৎনা সাগৎলম্ব। সমাজসিগী পল

লাম্বোক্তুনা নোংপোক নোংচুপকী রাখল মিৎয়েং পুসিল্লকখিবা। মতমসিগী মীওই কয়া কয়া মনিপুরগী রাংমদা মহৈ তম্বা চৎনরুবগা লোয়ননা পৃথিবীগী অনৌবা সভ্যতাগী রাখল ফিদম লমদমসিদা পুসিল্লকখি। অসুম্না অনিস্তুবা লাঙ্গাওগী অরাবা চৈনা থাংলুরবা মতুংদা নৌনা সাগৎলকখিবা খুনাইসিগী পুন্সি অতু ঙসিগী মীয়াম্না তত্তুনা নিংসিংনরি। মতম অসিদা লাকখিনি সমাজ অসিগী রাজনিতিগী য়াওল, মতমসিদা লাকখিবনি অনৌবা মনিপুরী সাহিত্যগী ঈহৌ অমস্তুং মসিগা লোয়নরকয় ঈসৈ জগোই, লাইয়েকপা সাবগী অনৌবা খোংথাংস্তু।

ঐখোয়না লৌখৎলিবা রাফমসিগা মরি লৈননা য়েকপা সাবগী ঈচেল অসিদা মতমসিদা চোংথোক্লকখিবা সরুাইবসিং অতুদি স্যামো সর্ম্ম, হাওবম স্যামসুন্দর, রাজকুমার চন্দ্রজিৎসনা অমস্তুং মহারাজ কুমার প্রিয়োব্রত অসিনচিংবা। মসিগা লোয়ননা ঈরৈবাক্কী সেবাদা সরুক য়াখিবসিংগী মনুংদা মমিং পন্দবা য়াদবা হুইরেম গোরো, অরিবম ইবোতোম্বী, বেতোম্বী অমস্তুং অমুসনা সম্ম অসিনচিংবা। মীরোল অসিনা মখোয়গী রাখল মপুং ফানা ফোংদোক্তুনা মীয়ামগী সেবা তৌজনবগী তাঙ্গা কয়া ফংখি। খুদম থরা পঙ্করবদা লমদমসিদা ড্রামাগী অনৌবা ঈহৌ লাক্তুনা মসিগী মসক ওইরিবা ষ্টেজগী লৈতেং সেম সাত্তুনা মীয়ামগী কৈথেল অমস্তুং ডুকানসিংদা শিজিন্ননবা সাইন বোর্ড অমস্তুং অতৈ মচাকসিং পুথোকপা। সরকার অমদি লনাই সংস্থানসিংনা লৌখৎপা মীয়ামগী য়াইফ থৌরাংদা সিজিন্নবা অয়েকপা অসাবগী খুদোল কয়া পুথোকপা। অসিদা নত্তনা খুংনাইবসিং অসিনা মতম মতমগী ওইবা মসাগী রাখল অমস্তুং সমাজগী অমদি সংস্কৃতিগী সক্তম কয়াবু মখোয়গী মচু অমস্তুং তুরিনা ফোংদোক্তুনা মীয়ামদা খুদোল তম্লকই। পুন্নমক্তগী হেন্না সিংথানিংজবদি

কলাকার স্যামো সর্ম্মনি মাগী পুন্সিগী অয়াম্বা সরুকপু ঈরৈ-বাক্কীদমক কথোক্কুনা তুংগী মীয়োলগীদমক মমল নাইত্রবা আর্ট কলেজ লিংখৎপিরম্বসিনি। মসিগা লোয়ননা হৌরক্লিবা নহারোল-সিংদা য়েকপা সাবা হৈবগী কান্নবা খঙহন্নবগীদমক স্কুলগী অঙাংনা তম্নবা ড্রোইং বুক স্যামসুন্দর সিংহনা অহানবা পুথোকপিরকখি। লোয়ননা রাজকুমার চন্দ্রজিৎ সিংহগী পুথোক্লকখি। কলাকারসিং অসিগী থৌদাং চীংগী লমদম্ব মায় পাক্লা য়ারকই। মনিপুরদা খৃষ্টান ধর্ম্মগী ইহৌ লাকখিবদা মসিগী দরকার ওইরকপা য়েকপা সাবগী থৌরম পুন্নমক ঐখোয়গী কলাকারসিংনা পাংথোক্লকই। অম্সুম্না মনিপুর সমাজদা ২০ সুবা সতাব্দিগী খুৎনাইবসিংনা মখোয়গী অঙম্বা দান তৌজরকপা সিংথাবা ঙম্মোই।

## হৌজিক্কী মতম ঃ

২০ সুবা সতাব্দী অসিগী লোইরমদাই অসিদা থোক্লকখিবা নহারোল খুৎনাইবসিং অসিস্তু মথক্কী ময়াই থংবা কাংলুপ অসিগী লমজিং মখাদা চৎথরকখি। অতুমকপু থোক্লক্লিবা কাংলুপ অসিগী মনুংদা মপানগী অনৌবা সাথেক, অনৌবা খোংথাংবু হেন্না কুপসিন্না নৈনবগা লোয়ননা মসাবু ঈচেল অতুদা য়াওহঞ্জবা ঙম্না তোৎনরক্লি। মখোয়গী মনুংদা মমিং পনবা য়াবদি থোইদিংজম তোম্বী, ম্নাতোম্বা, ব্রজমনি সর্ম্ম, ফোনিন্দ্র, মধুচন্দ্র, সরোজকুমার, তেজকুমার, একান্ত সর্ম্ম, সমরজিৎ, এল. সামু অমসুং লুখোই অসিনচিংবনি। কাংলুপ অসিগী অনৌবা চাংয়েং অমসুং অনৌবা খোংথাং অসি থাংজিল্লক-পদা পুক্লিং থৌগৎপিখিবা মতাং খরা পঙ্গনিংই। মরু ওইনা ইং কুমজা ১৯৬৮ দগী ১৯৭২ ফাওবদা ডি কলচরেল ফোরম, মনিপুর-না আর্ট এক্সিবিসন কয়া উৎপিখিবা। লোয়ননা ইং ১৯৬৮-৬৯দা ভদ্র সিংহগী ১০০ সুবা কুমওল পাংথোকপদা মাগী মতমগী আর্ট

এক্সিবিসন অমা ওমখিবা। অসিদা নত্তনা সাহিত্যগী সংস্থান খরনা মতমগা চুনবা আর্টকী থন্ন-নৈনবা কয়া পাংথোকপিখিবত্ত সিংথা-জনিংই। পুম্নমক্কী মথক্তা ইং ১৯৭২ দগী মনিপুর ষ্টেট কলা একা-দমিনা চহিগী এরাদ পীবগা লোয়নননা আর্ট এক্সিবিসন পাংথোক-পীরকপসি কলা অসিগীদমক য়াম্নমক মরু ওই হায়জনিংই।

সীংথাবা য়াবা অমনা মনিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা য়াওল্লক-পদা ফোংলক্লিবা লাইরিক কয়াগী মথংমদা য়েক খোত্তুনা লাইরিক্কী মগুন হেনগৎহনবতা নত্তনা সিনফম অসিগী খুৎনাইবসিংবু পুক্লিং পৌগৎপিরি। লোয়নননা সাহিত্য অমস্তুং স্কুল কলেজনচিংবগী মতম মতমগী চেফোংসিংদস্ত অসিগুম্বা সিংথানিঙাই ওইরবা সরুক কয়া লৌখৎপিরি। অস্তুন্না হৌজিক্কী মতমগী মনিপুর সমাজগী মংদা য়েকপা সাবগী কান্নবসিংগী সরুক খরদং ওইরবস্তু মীয়ামগী মতেং পাংবা হোৎনরি। মসিগা লোয়নননা ঐখোয়গী অহল ওই-সিল্লক্রবা ওঝা গুরুসিং অমস্তুং হৌগৎলক্লিবা নহারোলসিংনা পুন্না খুৎসম্নহুনা ঙসিগী পৃথিবীদা য়েকপা সাবগী সিনফমদা লমদমসিগী ইতিহাস অমা সাগৎপা হোৎনরি। থোইদোক্না ইরমদমবু ভারত অমদি মালেমদা সক্তাক্রবা লাক্নরি।

## আসা অমসুং পেন্দবা ঃ

থেংলবস্তু থেংনা চহি কুনমুক্কী মতমসিদা চেনখৎলক্লিবা মনি-পুর চিত্রকলা অমস্তুং সিল্প কলাগী খোংচং অসি উরগদি ঐখোয়গী তুংগী আসা কয়া তৌনিঙাই ওই। অমুকস্তু হায়নিংই কলা অমস্তুং সংস্কৃতিদা মসাগী লোয়নজরকপা মগুন চেঞ্জবা লমদমসিগী লৈ-হাওদা নিংথিনা থারবা চারসে নোংমদি থংহোদনা ভারত সিন্ধুংনা ঙাল্লকথিগনি হায়বদা হায়মনবা ওইরোই। জগোয়, ঈসৈ, সাহিত্য

ড্রামা অমসুং সান্ন-থোংনবদা মনিপুরনা ভারত অমদি পৃথিবীদা মসক তাকপদা নত্তনঃ য়েকপা সাবগী মাইকৈদসু সোয়দনা তাক্লক-লগনি।

লমদম অসিদা আর্ট সোসাইটিগুম্বা সংস্থান কয়া লিংখৎ-লক্তুনা মনিপুরগী অনৌবা পুন্সি অমা সাগংলক্লিবা মাইকৈ অসিদা চাউখৎলকপগী খুদম্নি। অমরোমদা মনিপুর আর্ট কলেজ লিং-খৎলকপগা লোয়ননা কলেজ অসিগী মখাদা ইন্দো জপালগী অঙাংশিংগী আর্ট এক্সিবিসন পাংথোক্লকপা লোয়ননা লাইওন ক্লব ইম্ফাল অমসুং ইন্দো জি, দি, আর, গুম্বা অতৈ সংস্থান কয়ানা চহিগী ওইবা চিলড্রেন্স আর্ট কম্পিতিসন পাংথোকপিতুনা হৌরক্লি-বা নহারোলসিংদা অনৌবা থৌনা পীরি। অসিদা নত্তনা হৌখিবা চহি ইং ১৯৮০-৮১ দগী আর্ট সোসাইটি মনিপুরনা লৈখিদ্রবা প্রিন-সিপ্যাল স্যামো সর্ম্মগী মিংদা চিলড্রেন্স আর্ট কম্পিতিসন চহিগী ওইনা মথং মথং পাংথোক্লক্লি। অসুম্না সোসাইটি অসিগী ফন্দ মতিক চানা লৈজদ্রবসু ঈরৈবাক অমসুং কলা অসিবু চাউখংহন্নব-গীদমক অঙম্বা থৌদাং লৌখৎলক্লি।

পনবা য়াবা অমনা হৌখিবা চহিদা সোসাইটি অসিনা সীন্দুনা কন্থুমপোররী আর্ট এক্সিবিসন লোয়ননা সেমিনার অহানবা ওই-না পাংথোকখি। ঙসিসু মফমসিদা অনিরক সুবা সীংথানিঙাই ওইরবা থৌরম অসি পাংথোক্লি। মসিনা সংস্থাম অসিগী থৌনা হেনগৎলক্লি হায়বগী খুদম্নি। অতোপ্পা পনবা য়াবা অমনা ভারতকী দিল্লি, কলকতাগুম্বা অথোইবা সহর খরদা মনিপুরী চিত্র কলাগী প্রদর্শন খরা ষ্টেট একাদমীগী মতেংগা লোয়ননা পাংথোকখি-বতুনি। অসিগুম্বা থৌরম কয়া লৌখত্তুনা মনিপুর চিত্রা কলাগীদ-মক চেঞ্জ নোমজরিবসিংবু মতম চানা সৌগৎপিরকপসি সিংথানিঙাই

ওই। পন ওইনিংবা অমনা মতম বুইনদগী সোৎথরক্লবা কলা অসিগী খুৎনাইবসিংবু সকথংবিক্লনা মনিপুর সাহিত্য পরিষদ ইম্ফা-লনা মতিক চারবা কলাকার খল্লগা চহিগী উপাধি পীবিক্লনা ঈকাই খুম্নবিরিবসি ঐখোয়গী চাওথোকচনিঙাইনি।। অমরোমদা ষ্টেট ম্যু-জিয়মস্তু অঙম্বা মতেং পাংবিরক্লি ।।

পেন্দবগী হায়রুরবদি ঙসি ফাওবদা ঐখোয়গী মীয়াম্না হায়নবা তোক্লি— "লাইয়েকপদা নচা-নস্তু থাজরন্নু, মচা মস্তুদ' চুরুংগনি ।। চরা হেন্দুনা সিগনি" অসিনচিংবা।। রাফম অসে ঙসি ঙরাংতগী রা নস্তে, মীরোল কয়াগী মমাংদগী হায়নরক্লবনি ।। অস্তুম্না পাউথোক-পিরবা সিনফমসে ঙসি ফাওবা হিংক্লনা লাক্লবস্তু সমাজ অসিগী মচিন তোংবা, লাইরিক লাইস্তু হৈরবা মীসকসিং ফাওবনা থওইবিক্রি ।। ইমুং-মস্তুং অমস্তুং সমাজগী মীনোক কয়া খাংক্লনা হোৎনজরিবা মীসক সিং অসিনা রানা পুথোকচরকপা খুদোল কয়া সমাজ অসিনা তরাম্না ওকপিদ্রে, নোমজরিবা ঐখোয়তগী মরল্লাইগুম খন্দোকপী ।।

সরকার অসিনস্তু কলাসিদা য়েংলিবা মিয়েং পুক্লিং নুংসিহল্লি ।। মরমদি চহি কুন হেন্না খাংজরক্লবা ইম্ফাল আর্ট কলেজ ঙসিফাওবা সরকারসিনা লৌসিনবিক্রি ।। করি হায়গনি লমদমসিদা অমত্তা ঙাই-রিবা সেন্ত্রেল স্কুল ফাওবনা আর্টকি ওজা হাপ্লগা ঐখোয়গী স্কুলসিং-গীদি সরকারসিনা নিংসিংবা লৈত্রি ।। অমরোমদা ষ্টেট কলা একাদেমীনা জগোয় ইসৈ অমস্তুং লিলা ড্রামাদা থাদরিবা সেনফম পীবিরিবা মতেং অসিগুম সোথরিবা কলা অসিগী মতেং য়ামদ্রবা সংস্থানসিংদা পীবিক্রি ।।

চহি কয়াগী মমাংদগী সংস্থান থরনা মনিপুরদা আর্ট গেলরি অমতং থম্বীনবা হন্না হন্না লাউজরক্লবস্তু ঙসিফাওবা সাবিনবগী আসা

উত্রি ।। মসিগ। মরি লৈননা আর্ট গেলরি লৈরক্কবা মতমদা উৎন-নবগী থৌরাং ওইনা চহি চহিগী অথন্নবা লাই থুরা খরদং সরকারনা লৈসিনবিরগ। লোয়সংসিংদা থেত্তুনা থম্বীনবা হায়জবদসু অরেম্বা ওইরি ।। অসুম্না য়েকপা সাবগী মরিদা অরাৎপদনা লাঙ্গোই চল্লিবা লমদমসিগী রারিদা করি অমুক হায়গনি য়েকপা সাবদা চংদবা য়াত্রবা মপোৎ অমত্তসু ইম্ফালদা ফঙবা লৈত্রি। অসুম্না সমাজ অমদি সরকারগী মাইকৈদগী মাইকৈ অসিদা সীংথাবা য়াব। থৌরাং লৌখৎপীরক্রিবনা সিনফমসিদা নোমজরিবসিংনা অরাবা কয়া মায়ো-ক্লখিবা তারি।

অরোইবদা হায়জনিংবদি মনিপুর সমাজনা মতম অমদা মীরাইরুরবা কলা অসি ঙসিদি নৌনা মীকপ থোকপগী তাঞ্জা লাক্লে। লমদম অসিদা কলাসিগী অনৌবা য়াওল লাকপগ। লোয়ননা মীয়াম অমসুং সরকারনা খরদং তেংবাংবিরবদি ঐখোয়গী য়েকপা শাবগী কলা অসি ইমান্নবশিংদগী সোত্থররোই হায়বসি ঐগী থাজবনি। মতাং অসিদা ষ্টেট একাদেমি অমসুং সোসিয়েল রেলফিয়ার আর্ট এন্দ কল্চরগী দিরেকত্তোরিয়েৎনা হেন্না পুক্নিং চংবিহুনা ঈরৈবাক অমসুং মীয়ামগী সেবা তৌবদা য়েকপা সাবগী কাংলুপপু হেন্না চাওবা থৌ-দাং য়াহনবিনবা হায়জরি ।। মতমগী মতুং ইন্না চাওখৎলবা ইরমদম অমা ওইহন্দুনা মালেমদা সীংথানবা য়ারবা পোথোক থোকহন্নবগী-দমক মীয়ামগী মতেং নীজরি ।। মহুতনা আর্ট অমদি সোসাইত্তিগা লৈনবা মরিগী লেংত্রবা থুদম ওইগনি ।

ফনমক থরাই য়াওদনসু, ফনমক চেন চোংহুনসু সৌগৎপীনবা তেংবাংবিনবা লৈত্রবদি মতম কুইনা হিংহুনা লৈবা ঙম্লোয় হায়বসি মীয়াম্না হেন্না খংবিরবনি ।। মরম অহুনা মনিপুরদা লাইয়েকপা চাউ-খৎহনগে হায়রবদি মীয়ামগী থুক্ত লৈরে হায়জনিংই ।। মতমহুদা

থোক্লক্কনি ঐথোয়গীস্নু লমদমসিগী সংস্কৃতি অমদি সমাজনা অসেংবা মসক উৎপা ঙম্বা কলাগী পোথোক ।। পিকাসোগী ব্রু পেরিওদ অমস্নুং পিঙ্করোজ পেরিওদ কুম্বগী তাঙ্কক কয়া। হৌজিক ফাওবদা লৈরিবা নহারোল অহল্লোন পুন্নমকপু লমদমসিগী সংস্কৃতি অমস্নুং সভ্যাতাদা হেন্না নকসিনবা কলাগী খুদোল কয়া অহনবা লৈতনা তম্বীদুনা মীয়ামগী পুক্লিং চিংসিনবীয় ।। থরসি হায়জরগা মীয়ামদগী বীদায় লৌজগে, থাগৎচরি □

# মণিপুরগী চিত্রকলাদা মপানগী ঈথিল

খোইদিংজম তোম্বী

৩।৩।৮২

মণিপুরগী চিত্রকলাদা মপালগী ঈথিল হায়বা রাকম অসি খন্নজ্রিবৈগী মমাংদা মণিপুরগী মহৌশাগী লৈজরম্বা কলা অমসুং খুৎ-শা হৈবগী শক্তম থরদং থল্লম্বা কান্নগনি খঞ্জে। ভোগলিক অবস্থা ফত্তবা অমদি য়ুমলোন কৈরোম্নবা মণিপুরশিংগীদা ওইজবা চৎনরোল য়ুমশা-কৈশা, কলা অমসুং খুৎশা হৈবগী থবক মৈহৌরোলদগী লৈজরক্লম্মী। অস্নুম্না লাই য়েক-খোৎপগী থবক অসিবু ঐখোয়গী লিরবা চৎনরোল অসিগা লোয়নননা অতুম লৈরক্লবনি। খুদম ওইনা থরদং পল্লবদা, য়ুম-কৈ শাবদা চংলিবা লৈতেংগী মচাকশিং হায়বদি, মৈতৈগী য়ুমজাওগী শঙমায়দা, কাংথোলদা, ফিরুক্তা উপুদা হক্লিবা লৈতেংশিং লাই য়েকপা অমদি খুৎ-শা হৈবগী ময়েক লারবা খুদম-নি। শেৎ-ইম্নবা ফিরোলদা লোনবগী থবকসু অরাৎপা লৈতে। খামেন চৎপা ময়েক, নীংখম শমজিন অমদি খৃষ্টকী শোক ৯৬৯ দা পাল্লম্বা য়াংলো কৈফাবগী হাক্তক্তা পুথোক্লম্বা ফনেক ফীবান্দা খোই লোনবগী লৈতেং থায়নগী লাই য়েকপা খোৎপগী খুদমনি। 'মৈহৌ-রোল শকোক' অমদি 'অঙোম খোইবা' পুয়ানচিংবদা মণিপুরদা লাই-য়েকপা অসি মৈদিঙু নোংদা লাইরেল পাখংবগী মমাংদগী

ফাওবা লৈরক্লবগুম পল্লি। পুন্নাশিং অসিদা লাই য়েকপগী মরমদা য়াম্না কুপ্না নৈনবগী ৱাকমদি য়াওদে। 'পাখংবা তুথেক লৈরোং' পুয়াদা য়াওরিবা পাফল ৩৬৪ গী থুথুপ অতুগা হৌজিক হৌজিমক ওজা মায়চৌশিংনা পায়নরিবা থায়নগী খুৎনা ইবা পুয়াশিংদা মখল মখাগী অয়েকপশিং য়াওরিবশিংস্থু লাই য়েকপগী খুদমনি।

অমরোমদা য়েংলগস্থু, ঐখোয়না পোকপদগী শিব ফাওবদা পাঙথোক্লিবা থবক থানা অয়াম্বদা কলাগী মমি তাদবা নত্তে। খুদম ওইনা, থুঙ্গং অমদি সহুরদা লৈবা য়ুম অয়াম্বদা তরু তাহেন্না লৈবা, ৱাই তৈবমক্তদা মকোয় মান্নবা তৈবা, বার্ত্তনগী অমদি লুক কৎনবগী তাঙ্গা য়াৎপমক্তদা অকক্লবা মওং অমগী মতুং ইন্না য়াৎপ্া, অসিনচিংবা অসি ঐখোয়গীদা ওইজবা কলাগী ইথিলনি হায়বদা থোইদোক্লা হায়মনবা থোক্লোই।

অতুবু মতমগা লোয়নননা ওল্লক্লিবা চংনরোলগী য়াওল মণি-পুরদস্থু য়োৌরকথি। মতাং অসিদা মণিপুরগা য়ুম্লোন্নবা লৈবাক-শিংগা লৈনরম্বা মরী খরদং নৈনবা কান্নগনি খঙ্গে। মণিপুরদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম য়োৌরক্লিৈডদা লৈরম্বা ধর্ম্ম অমদি চংনরোলগা নেপাল, তিবত, ময়ায়থংবা এসিয়া, বর্ম্মা, কম্বোদিয়া অমদি অৱাংথংবা ভারতকী তম্পাক্তা লৈবা ধর্ম্ম অমদি চৎনরোলগা মরী লৈনরমই হায়বসি অখণ্ড-অহৈশিংনা খন্নরি। ময়ায়থংবা যুগতা বুধিজম, ব্রাহমন্নিজম, শাইবিজম, তান্ত্রিক অমদি হিন্দু ধর্ম্মগী য়ানশিন্নবা শক্তম অমা মথক্তা পনখ্রিবা লৈৱাকশিং অসিদা চৎনরমই। হায়-রিবা ধর্ম্ম অসি নেপাল, অৱাংথংবা ভারত, বর্ম্ম অমদি ইন্দো চীনা ফাওবা শন্দোক্লমই। নোংপোক্লোমদা লৈখ্রিবা সুমাত্রা অমসুং অনাম ফাওবা হিন্দু ধর্ম্মগী য়াওল লৈরম্বগী খুদম অশাবা মুর্ত্তি, লাইশং অমদি য়ুম-কৈগী থুংশাদগী ফংবা ঙমই। অসিগুম্বা

য়ানসিন্নবা ধর্ম্মনা বর্ম্ম। অমদি নোংপোক্লোমদা শন্দোকখিবা অসি আসাম অমদি মণিপুরদা ফাওহুনা চৎলম্বা য়াই হায়না থাজনরি। অহুবু মণিপুরদা ধর্ম্মগী অকনবা ঈথৈদি হুকচিন্না পীরমদবনা য়াওল অসিনা কলা অমদি চৎনরোলদা। মপালগী ঈথিল ময়েক লানা তাহনখিদে।

লাই য়েকপগী লমদা মপালগী ঈথিল চঙবা হায়বা রাফমসি অনি থোক্লা য়েংবা য়াই। অহানবদা, য়েক্লিবগী বিষয়, অতুগা অনিশুবদা, য়েক্লিবগী মওং। মচাক অনি অসিগী মতুংইন্না য়েংলবদি মণিপুরগী লাইয়েক্তা তারিবা মপালগী ঈথিল অসিস্তু অনি থোক্লা খল্লবা য়াই। অহানবদা, হিন্দু ধর্ম্মদা নম্না বিষয় ওইবা, অতুগা অনিশুবদা, য়েক্লিবা খুৎয়েকস্তু নোংপোকলোমগী খুৎয়েক্লা নম্না উবা। নোংপোকলোমগী খুৎয়েক হায়রগা চাওরাক্লা খঙনবা য়াবদি খুৎয়েক অসিদা পর্সপেকটিভ ভোল্যুম ময়েক শেংনা য়াওদে, অকুপ্পা লইনা নম্না য়াওই, অতুগা, ফোংদোক্লিবা মফোঙদোকস্তু য়াম্না সেন্টিমেন্টেল ওইবা মওংনি। অতুগা, অমম অঙাল য়েকপদস্তু বৈজ্ঞানিকী নিয়ম্না পুনশিন্দুনা য়েক্কে। অতুগা, অনিশুবদনা নোংচুপলোমগী বিষয় অমস্তুং খুৎয়েক। নোংচুপলোমগী বিষয় হায়রগা থওইনা খুষ্টিন্নিনিগী বিষয়বুদা খঙনগদবা নত্তে। "জেনরপেইন্টিং" হায়রগা খঙনবা ঐখোয়গী অকোয়বদা নোংম নোংমগী ওইনা থোক্লিবা মীচম প্রজাগী থবক মচাশিং, অকোয়বদা উরিবা প্রকৃতিগী দৃশ্যবু বিষয় অমা ওইনা য়েকপা অসি নোংচুপলোমদা ১৬ শুবা খৃষ্টগী চহি চাদগী হৌখিবনি। নিংশিংবা য়াবা অমদি প্রকৃতিগী দৃশ্য য়েকপা অসি চিনা, জাপাননচিংবা নোংপোকলোমগী আর্টিষ্টশিংনা হান্না য়েক্লমই। অহুবু নোংপোক্লোমগী খুৎয়েক্তি য়াম্না স্টাইলাইজ ওইবা হায়বদি অনীংবা অমগী মখা

পোন্না য়েকপনি, প্রকৃতিগী মতৌ তমহনা য়েকপা নত্তে। নোং-চুপলোমগী খুৎয়েক অসিদা বৈজ্ঞানিকী ওইবা নিয়ম খরনা পর্সপেকটিভ, অমম অঙান অনদি মীওইবগী হকচাং কায়াৎপু য়েকই।

মপান্দগী চঙলকপা ঈথিল খন্নবা তারবনিনা ঐখোয়না মাঙদা থেংনখ্রিবা অঙনবা মতমগী অয়েকপশিং অসি ইরমদমগী ওইজবা খুৎয়েক অমনি হায়না শম্না লৌবা য়াই। তৌবগীদি পুয়াশিংদা য়াওরিবা অয়েকপশিং অসি চপ চাবা নুংগী অকনবা ঈহুল ফোঙ-দোকপগী শক্তি য়াম্না থেংনদে। পুয়া ইরিবা পণ্ডিত মশানা অয়াম্বা য়েক্লম্বনা ওইরম্বসু য়াই। গোৱালপারা কোচবিহার, বেঙ্গল, বিহার, রাজস্থনী, পুয়াশিংদা য়েকলিবশিং অদুগা চাংদম্নর-বদি মণিপুরগী পুয়াদা য়েক্লিবশিং অসি থোইদোক্লা কুপথনা নৈন-নিংঙাই ওইদে। অদুম ওইনমক, অঙনবা মতমগী খরা ফংলিবা অয়েকপশিং অসিদদি মপালগী ঈথিল চঙদে হায়বা তাই। খরা থেংথরকলগা অনৌবা ধর্ম্ম চংলকপগা লোয়ননা ঐখোয়না মণি-পুরগী চিত্রকলাদা মপালগী ঈথিল ময়েক শেংনা তাবা থেংনৈ।

## নোংপোকলোমগী ঈথিল ঃ

তরানিপাল শুবা খৃষ্টগী চহিদা হৌগৎলকপদা গরিবনিৱাজ মহারাজগী হাক্তক্তা রামান্দি ধর্ম্ম চঙলকলবসু লাই য়েকপগী লমদা থোইদোকপা মপালগী মমি তাদে। অদুবু ভগ্যচন্দ্র মহারাজগী হাক্তক্তা গৌরিয়া বৈষ্ণব ধর্ম্ম অকনবা ঈচেলগা লোয়ননা শন্দোক-লকপদগীদি মৈতৈশিংগী লাইনিং লাইশোল অমদি চৎনবিদা ধর্ম্ম অসিগী মমি মরু ফংনা তাখি। রাজর্ষি ভগ্যচন্দ্রনা জগোয়, ঈশৈ, লাই-শাবা অমসুং য়েকপদা পুক্লিং হকচাং লুপশিনখিবনা লোয়শং

কয়াস্নু লিংখৎপিরমই। শ্রীগোবিন্দগী মুর্ত্তি অশৈবা য়াংথৈ পাচ-হুনবদা শাহনখি। ওজা অসিনা মুর্ত্তি অসি শাবদা মহারাজনা মণ্ডদা উরম্বা শক্তমগী মতুং ইন্না শাহনখিবা মুর্ত্তি অসিগী শাওং শাদা মিৎ (থ্বরা য়ুংলপ উৎলবস্নু), মায়, নাতোন লমদম অসিগী ওইনা উত্তে। মহারাজনা বৃন্দাবন, রাধাকুণ্ডনচিংবা মফমশিংদা উরকপা মুর্ত্তি লৌহুনা শাহনবনা ওইরম্বা য়াই।

মথংদা চন্দ্রকির্ত্তী মহারাজগী হাক্তক্তা পোকখিবা ওজা নিং-থৌজম ভদ্র সিংহ (১৮৬৯-১৯২৭) অমস্নুং রাজকুমার য়ুমজাওসনা সিংহ (১৪৬৯-১৯৫৬) না বৈষ্ণব কয়াগী য়ুমদা, লাইশংদা, ফাওবদা লৈতেংনবা অমদি লাংননবা য়েকখিবা রাধা-কৃষ্ণ, গৌরলীলান-চিংবা অয়েকপা কয়ামরুমদা মপালগী ঈথিল থেংনৈ। খুদম ওইনা রাধা-কৃষ্ণগী শক্তম, উংপা অয়েকপদা লমদম অসিগী নত্তবা ফুরা দলাল অমস্নুং রাহাংনচিংবা মনিপুরদা ফংদবা উচেক উৎলিবা অসিমক মপান্দগী লৌরকপা ঈথিলনি। হায়দবা ওয়োক্ত। হায়রিবা অসি ওজা ভদ্রগী অয়েকপা খরদা লানা থেংনৈ। ওজা য়ুমজাওসনাগী কোনুং উৎপা অয়েকপদা নোংচুপলোমগী অথাঙ্বা অনকপগী ওমথৈ তাকপা অকনবা পর্সপেকটিব শীজিন্নবা তশেং-তশেংনা থেংনৈ। অদুবু ওজা অনি অসিগী অকনবা শক্তিনা পুম্ন-মক অসি কাওথোকহল্লি। ওজা ভদ্রগী মোইরাং বর্ব্বগী রারী উৎপা অয়েকপশিংদদি মৈতৈ লৈবাক্তী ওইবা দৃশ্য হায়বদি চীংগী পুমবুম তাবা নাপোম, অমেঙবা মচু অমদি মৈতৈগী শক্তম উৎলি। অদু ওইরবদি মপান্দগী লাকপা ধর্ম্মগী মরমদা য়েকপদা মপালগী ঈথিলনা হেন্না চঙলিবসি করিগীনো হায়বা থিজিনবা কান্নগনি।

মতাং অসিদা পনবা য়াবদি হীন্দু ধর্ম্মগা মরী লৈননা য়েকপা লাইশিং কলর রিপ্রদক্সন্দা ভারত শীনবা থুংনা শন্দোকখি-বা অসিনি। অয়েকপশিং অসি ত্রিবাঙ্কুরদা পোকপা রাজা রবি

বর্ম্মানা (১৮৪৮ ১৯০৬) কলর ওলিওগ্রাফকী মতেঙনা অহোঙবা মমলদা মশীং লাকঙমদনা পুথোকখি। মণিপুরদসু য়োরক্লম্মোই হায়বা ঙমদে। অনীশুবদা মহারাজ চুড়াচান্দ সিংহনা ওজা ভদ্রবু ওজা অঙাংমচাগা লোয়ননা বৃন্দাবন্দা চৎহন্দুনা কৃষ্ণগী মন্দির অমসুং মসিগী লৈতেং ওইগদৌবা তাঙবলনচিংবা কয়া শেম শাহনখি হায়নৈ। ওজা অসিগী হীন্দু ধর্ম্মগী বিষয়দা য়েকপা লাই অয়াম্বা বৃন্দাবন্দগী হল্লক্লগা য়েক্লম্বা য়াই।

মথংদা লাকপা ওজাশিং হায়বদি, মংসিদম কলাচান্দ, হুইরেম তোনসিং, লৌরেম্বম কামদেব, অরিবম ইবোতোম্বী শর্ম্মা, কে, তোম্বী, রাহেংবম ইবোবী, ব্রহ্মাচারিময়ুম অমুসনা শর্ম্মাগী অয়েকপশিংদা হেন্না রিয়েলিষ্টিক ওইশিল্লক্লবসু অহোংবা থোইনা থেংনদে। পঞ্জনিংবা অমদি ওজাশিং অসিগী থম্মোয়দা ধর্ম্মগী চৈথেং কনমনখিবনা ওইরম্বা য়াই, মণিপুরগী রাথোক লাম্হোক চহি তরেৎ খুন্তাকপা (১৮১৯-১৮২৬), ব্রিটিশকা শোকনখিবা লাল (১৮৯১), মী চমগী অরা-অনাবু; য়ুম্বান-কৈবানবুদি থোইদোক্লা য়েকপীরমদে। অহুম ওইনমক, ওজা ভদ্র ওজা য়ুমজাওসনা, অহুগা খরা অঙনবদা ওজা লিকলাইথোম্বা, অঙাংমচা অমদি মখোয়না লুচিংবা আর্টিষ্ট কাঙলুপ অসিনা মণিপুরগী পুয়াগী দাইওগ্রামেটিক ওইবা খুৎয়েকশিংদগী খঙচাও চাওখৎপা। খোঙথাং অমদা পুখৎপিরম্বা অসিদি মণিপুরগী তুংদা লাকপা কলাবু পামজবা মীয়োলশিংনা মতম লৈবা খিবিক্তা লমন তোল্লগদৌবনি।

## নোংচুপলোমগী ইথিল

মণিপুরগী চিত্রকলাদা নোংচুপলোমগী ঈথিল চঙলকপগী য়ুম্ফমদি চাওরাক্লা তরামাপলশুবা খৃষ্টাব্দগী ময়ায় চনলকপদা মণিপুরদা পোলিটিকেল এজেন্সি লিংখৎখিবদগী হোৌরকপনি হায়বা য়াই। শোক

১৮৮৫ দা জোনষ্টোন হায় ইংলিস স্কুল ইম্ফালদা লিংখৎখিবা অমসুং মতুং তারকপদা অতৈ স্কুলশিং মথং মথং লাকপদগী নোংচুপালোমগী শিক্ষাগী মওং থাকশন্না শন্দোকপগী মণিপুরগী মপালদা অহৈ তমলু-বগী চাংস্থ য়াম্না হেনগৎলকখি। মসিগা লোয়ননা স্বধিনতা ফংলক-পা অমসুং মণিপুরবু ভারতকী সংবিধানগী মথাদা পুনশিনখিবা অসিনা মণিপুরবু মপানগী সভ্যতা অমদি গণতন্ত্রগী পাকচাওরবা ঈচেলদা তিলহনবা হৌখি। স্কুল কলেজ মশিং য়াম্না লিংখৎলকপ-গা লোয়ননা মীরৈবাক্তা ফোঙবা লাইরিক্ জর্ণেল অমদি অতৈ অতৈ পেইন্টিংশিংগী রি-প্রদকশনশিং য়াওবা পব্লিকেশন কয়ামকমস্থ মণিপুরদা চঙলকখি। তশেংনমক, মতাং অসিরাইদগী হায়বদি কুন-শুবা খৃষ্টাব্দগী অহানবা তংখায়দগী নোংচুপলোমগী ঈথিল মণিপুরগী চিত্রকলাদা তাবা হৌখি। ইহান হানবগী ওইনা হীন্দু ধর্ম্মগী লাই তিন য়েকপা তোক্লনা মীচম প্রজা, সহর অমসুং প্রকৃতিগী দৃশ্য ওইল কলরনা য়াম্না নেচরেলিষ্টিক ওইনা য়েকপা হৌখি।

মতাং অসিগী মরু ওইবা আর্টিষ্টশিংদি মহারাজ কুমার প্রিয়োব্রত সিংহ (১৯১১) অমসুং হাওবম শ্যামশুন্দর সিংহ (১৯১৭) নি। এম, কে, পি, বি, সার জে, জে, স্কুল ওব আর্ট বোম্বেগী গোপাল গোবিন্দ কানেটকরগী মখাদা লাই য়েকপা হৌখি। ইংল-ণ্ডদা মতম খর লৈরুবনা ইংলিস্ স্টাইলগী পেইন্টিংবু হেন্না পামশিন-বগী ঈথিল অমা পীরম্বা য়াই। মহাক্কী "কংলা অমসুং গোবিন্দজী মন্দির" উৎপা ওইল পেইন্টিংশিং য়াম্না নেচরেলিষ্টিক ওইনা য়েকপা ইংলিস লেণ্ডসকেবশিং নীংশিংহল্লি। খর থেংথরগা টেকনিক্ত থোইদোকনা হোংবা তৌত্রবস্থ মী চমগী অরা-অনা য়েকপা থেংনৈ। খুদম ওইনা, নোংমগী শেন্দোংথীবা উৎপা পেইন্টিং, রাইথৌ শগোল অশিবা পুখোকপা অমদি বাঙ্গলা দেশ পোকলকপগী শকুম উৎপা অয়েকপশিং পনবা য়াই। অসুন্না রিয়েলিষ্ট অমা ওইরম্বদগী হৌজিক্তি

সোসিয়েল রিয়েলিষ্ট অমা ওইনা লাই য়েকপা চথরি। এম, কে, পি, বি গী অহানবা তাঙ্ককী পেইন্টিংশিং ইউরোপকী তরামাপল-শুবা খৃষ্টাব্দগী তংথায় চল্লকপদা চৎনরম্বা প্রকৃতিগী শক্লম তশেং তসেংনা য়েকপা রিয়েলিজমগী মমি তাই। মহাকী অয়েকপশিং ফ্রান্সকী রিয়েলিষ্ট গ্রুপ্তা কুর্বে (১৮১৯-৭৭) না হায়বা কলা হায়বসিদি প্রকৃতিবু চপ মান্ননা য়েকপা অত্থুবনি' হায়বা অত্থুগী মায়কৈরোমদা নকশিল্লি। মীচমগী অরা-অনা উৎপা অয়েকপশিং ফ্রান্সকী তরামাপলশুবা খৃষ্টব্দগী অরোয়বা শরুক্তা লৈরম্বা কুর্বে অমসুং ওনোর ডোমিয়ার (১৮০৮-৭৯) খোয়না য়েকলম্বা মী চম প্রজ্ঞানা থবক শুবা নোম্বগী মওং উৎপা সোসিয়েল রিয়েলিজমবু নীংশিংহল্লি।

চাওবম শ্যামসুন্দর সিংহ (১৯১৭- ) মহাক্কী মপুবোক ওজা লীকলাচখোম্বা সিংহগী মথাদা লাই য়েকপা হৌখি। মথংদা কলিকতাদা লিতরেচরগী ছাত্র অমা ওইরিঙৈদা (১৯৩৬-১৯৩৯) আর্টিষ্ট ভবানিলাহাগী মখাদা চপ চাবা নিয়মগী মখাদা লাই য়েকপা চংথখি। জাপানদা পোটরি অমসুং সেরামিকসকী ট্রেনিং চংল্লু-রবসু পেইন্টিংগী স্টাইলদা য়েংলুরবদি নোংচুপলোয়দনা হেন্না নকশিল্লি। মহাকনা য়েকপা লাইশিংদা তরামালশুবা খৃষ্টাব্দগী অনীশুবা তংথায়দা লৈরম্বা 'ইমপ্রেশনিজম' গী মমি তাই। ইমপ্রেশনিজম হায়বা খুৎয়েং অসিদা মতম নাইনা হোংবা ভুমিৎকী মঙাল অমসুং হরা মুংশিংৎপু তরু তরুবা মচুনা রসকী খুৎচিং উৎনা য়েকই। পোংকী অকুপ্পা ডিতেলশিং য়াওহন্দে। অমদি পোংকী মমি য়েকপদা কমপ্লিমেন্টরি নত্রগা কনট্রাসটিং মচুশিং হায়বদি অঙাংবা-অশংবা, নাপু-মঙ্গামচু অমসুং কমলারং-অতিয়ামচুনা মচুং শিন্দুনা য়েকই। খুৎয়েক অসিদগী হৌরকুনা পোৎপু মান্না য়েকপগী মহুত্তা মচুবু নীংতম্না শীজিন্নবা হৌখি।

অতুনা ইমপ্রেশনিজমগী আধুনিক চিত্রকলাগী থোংথাং য়াওশিনখি হায়না লৌনৈ। শ্যামসুন্দরগী থম্বাল হেকপী উৎপা পেইন্টিং ইমপ্রেশনিজমগী খুৎয়েকলোমদনি।

লৈখিদ্রবা ওজা হঞ্জবম শ্যামো শর্ম্মা (১৯১৭-৭৯)গী অকোন-বদা য়েকপা পেইন্টিংশিংদা মণিপুরগী প্রজাশিংনা অনীশুবা লাঞ্জাওদা অরা-অনা নংখিববু সিম্বোলিক ওইবা মওংদা ফোঙ-দোকই। মহাক্কী 'মাদর মণিপুর' অমসুং মমা মচানা লানফমদা থোং লানবী উৎপা অয়েকপশিং তরামাপলগুবা খৃষ্টব্দগী তংখায়দা লৈরম্বা ফ্রান্সকী রোমানটিসিষ্ট ইউজেন ডেলাক্রোরা (১৭৯৮-১৮৬৩) না য়েকপা 'লিবর্টি লিদিং দ পিওপল' হায়বা ফ্রান্সতা থোকখিবা জুলাই রিবোলুশনবু নীংশিংনবা য়েকপা পেইন্টিংবু নিংশিংহল্লি। মহাককী অরোয়বা তাঙ্ককী পেইন্টিংশিংদা কুনশুবা খৃষ্টাব্দগী হৌগৎলকপদা জর্মনিদগী চৎনবা হৌখিবা এক্সপ্রেশনিজম হায়না খঙনবা নুংগী অকনবা ঈথিলবু ময়েক লানা ফোঙদোক্লবা হোৎন-বদা প্রকৃতিগী শকফমনা অপনবা পীহন্দবা খুৎয়েককী মমি তাই। রাককুমার চন্দ্রজিৎসনাগী পেইন্টিংশিংদা মণিপুরগী ঈতিহাসকী ওই-বা থৌদোকশিং য়াম্না রিয়েলিষ্টিক ওইবা মওংদা ফোংদোকই। অমম অঙান শীজিন্নবদা, এনাটোমিগী প্রোপোর্শন্দা অমদি মিং মায় য়াম্না শার্প ওইনা য়েকপা মণিপুরগী মপাললোমগী মীওইশিং গা শাওং শাদাদা নকশিন্নবা উই। পেইন্টিং অয়াম্বদা সিনেমাতো-গ্রাফিগী অমদি ষ্টেজ লাইটটিংগী মমি তাই। মসি মহাক্না সিনেমা পোষ্টর য়েকপদা য়াম্না খুংলোয়বনা অমদি মহাকা ড্রামাগী ষ্টেজদা নক্লনবা মরী লৈবনা ওঈরম্বা য়াঈ। ঐচ, গৌরো অমসুং ঐচ, ঈবোমচাগী খুঙ্গংগী শক্তম উৎপা দৃশ্যশিং একাদেমীক ওঈবা মায়কৈরোমদনি।

মথংদা লাকপা মীরোলশিংগী অয়েকপশিংদা নোংচুপলোমগী মোদর্ন আর্ট মুভমেণ্টকী মমি তশেং তশেংনা তাই। ক্যুবিজম, একসপ্রেশন্নিজম, এবষ্ট্রেকশন, ইমপ্রেশন্নিজম, সরিয়েলিজমগী ডাইরেকট নত্রগা ইন্দাইরেকট অমসুং মতুং অহুব্রাইদা পোকপা মীরোলশিংনা মপালগী মরু ওইনা নোংচুপলোমগী চৎনরোল, শিক্ষা অমদি ঈ-পাউ য়াম্না লায়না ফংবা ঙমখি। অনৌবা মীরোল অসিনা মহৌশা চংনরম্বা খুৎয়েমপু তঙ তানা পামনরক্তবগী মরম খরদি স্কুল, কলেজ, লাইব্রেরী, সাহিত্যগী সংস্থানশিং লিংখৎনর-কপা, মপালদা ফোঙবা আর্টকী লাইরিক্, মেগাজিন, অফাওবা পেইনটিংশিংগী কলর রিপ্রদকশনশিং লায়না ফংনরকপা অমদি পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা চৎনরম্বা, চংনরিবা অমসুং তুংদা ওইরক্ক-দৌবা কলাগী ফিভমনচিংবা নৈনবা হেনগৎলকপা অসিনচিংবা মচাক খরা অসিনি। মণিপুর ষ্টেট কলা একাডমী লিংখৎখিবা অসিনা জাত্তিগী ওইবা কলাবু শক খঙনবগী চাওরবা লম্বেল অমা হাংদোকপনি। তেনগ্রবা মতম চহী তরামুকসিগী মনুংদা (১৯৬৮-৭৮) নোংচুপলোমগী মোদর্ন আর্টকী খুৎয়েক অয়াম্বগী মমি উবা ফংঙি। অহুবু, অয়াম্বনা একস্পরিমেণ্টেল ওইনা তৌনবনা খুৎ-য়েক তোয়না তোয়না হোংবগী খুদমসু থেংনৈ।

খরদং পল্লবদা, আর, কে, সরোজকুমারগী থায়নগী মম্লি শামিবা নুংগী মমি ফোঙদোকপা লিথোগ্রাফিক প্রিণ্টশিং একস-প্রেশন্নিষ্টিক ওইবা মওংদনি। এল, মধুচন্দ্রগী ফোরম অমসুং কলর দিসতোর্ত তৌহুনা সংস্কৃতিদা য়ুম্ফম ওইবা অকোনবগী লাইশিং ক্যুবিজমগী চৎথরকপা খুৎয়েকনি। এ একান্ত শর্ম্মাগী ফ্লুইদ ওইবা খুৎয়েক, লুখোই মাইরেম্বম, রাই প্রিয়োকুমার অমদি আর, কে, জয়কুমারগী স্ত্রকচরেল ওইবা খুৎয়েকশিং ক্যুবিজমদা য়ুম্ফম

ওইরগা থোকলকপা তোঙান তোঙানবা শকফমশিংনি। আর, কে, সনাতোম্বগী এবষ্ট্রেক্ট পেইনটিংগী মতাং অমা মরক মরক্তা থেংনরবস্ু মহাককী মরু ওইবা খুৎয়েক্তি একাডেমিক ওইবা খুৎয়েক্তি। অমুম্না জি, ব্রজমনি শর্ম্মা, এম, লুখোই, এল, ফোনিন্দ্রগী খুৎয়েকশিং একাডেমিক ওইবা খুৎয়েকশিংনি। রাই, ইবোচাওবা, আর, কে, সমর্জিৎ. এ, প্রামেশ্বর শর্ম্মা, জি. রাজেন্দ্র শর্ম্মগী রাটর কলরগী ডেলিকেট ওইবা খুৎয়েকশিং একাডেমিক ওইবা খুৎ-য়েক্তগী আধুনিককী মায়কৈদা চংশিল্লকপা খুৎয়েকশিংনি। টি, তেজকুমারগী য়াম্না রিয়েলিষ্টিক ওইবা খুৎয়েক সরিয়েলিষ্টিক ওইবা মায়কৈরোমদা চংশিল্লক্লি। কুলচন্দ্র এম. থেমগী অকোনবদা য়েকপা পেইন্তিংশিং ফান্টাসি নত্রগা সরিয়েলিষ্টিক ওইবা খুৎয়েকনি। টি, ঐচ. দেবেন্দ্র অমসুং এসঃ কুল এবস্ট্রেক্ট একসপ্রেশন্নিষ্টিক ওইবা মৎংশিংনি। এল, প্রেমানন্দ রোইগী অকোনবগী পেইন্টিংশিংদা ইমপ্রেশন্নিজমগী মমি তাই। টি, ঐচ, তোম্বীগী অহানবা পেইন্টিং-শিংদা ক্যুবিজমগী মায়কৈরোমদমা হেন্না নকশিল্লি। থরা পঙ্গথিবা লাই য়েকপশিং অসি নত্তবা কয়ামরুমস্ু লৈরি. অতুবু, মখোয়গী অয়েকশিং মপুং ফানা উংথোকপা রাংপদগী নৈনবগী খুদোং চাবা মতিক চানা ফংদে। নোংমদি অনৌবা আর্টিষ্ট, অনৌবা খুৎয়েক থোকলকখিগনি।

মণিপুরদা ওল্লক্লিবা চিত্রকলাগী য়াওল অসিদা অফবগীবু ওইরবস্ু নত্রগা ফত্তবগীবু ওইরবস্ু নোংচুপোমগী আধুনিক কলাগী মমি ময়েক লানা তাই হায়না পঙ্গ্রে। মসি ঐখোয়গী রাখল, য়ুমলৈ-কৈরৈ হোংলকপা অমদি হিংবদা য়াম্না কমপ্লেকস ওইশিল্লক-পা অসিননি হায়নস্ু মথক্তা নীংশিংজগ্রে। তশেংনমক, মণিপুরগী আধুনিক চিত্রকলাগী য়াওল অসিনা ইরমদমগী অনীংবা, অপাম্বা,

লাইনিং, লাঙ্গশোল অমদি পুক্সিদা নুমিৎ খুদিংগী থেংনরিবা পুক্সিগী লানফমশিং অসিগী মমি খজিক্তং তাবা ঙম্লবদি পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তগী অহোংবা য়াওল অসিনা ঐখোয়গী ইনাক্তা, অকোয়বদা অমস্থং হৃকচাংদা চেল্লিবা শিংলি অসিদা চংগ্রবস্নু অকায়বা থোয়দোকনা লৈরোয়গ্রা খঙ্গে□

## "প্রোমোসন ওফ আর্টস ইন মণিপুর এন্দ ইৎস প্রোগ্রেস"

লাঙ্গোলজম সামু সিংহ

১২ । ২ । ৮২

**ইন্ট্রোদকসন —**

**আর্টস এন্দ ইৎস প্লেস ইন ওব্বার মণিপুর ঃ** আর্টকী মরমদা থিজিল্লুরবদি য়াম্না পাক চাওগ্রে। মপাল নাইদ্রবা সংসার অসিবু ঈশ্বর মানা সেম্বিরম্বা সংস্কৃতিগী পুকৈ অমনি হায়জনিংউ, অদুগুম্না কলাবুস্সু চাংদম্নবদা অমহানি। আর্ট হায়বসিগী মথোদি থম্মোইবু অসেংবা মুংসিবা অমদি ফজববু থংহনবনি ।। তম্বগী অরোয়বস্সু নাইদে অদুগা পান্দমস্সু লৈতে ।। এপ্রিসিয়েসন অফ আর্ট হায়বসিগী চৎন পথাপ অমা লৈতে, মরমদি আর্টকী থবক খুদিংমক মসাদগী থোকচরকপনি ।। মীওইবগী পুন্সিদা লৈনগী মসক তাকপা মসাগী ওইবা জ্ঞান্না অরাপ্পদা লৈবা অচুম্ববু থোং সাবিবা ঙম্বা সক্তি লৈজরবা কয়াগী গুন্নি ।।

সাইন্স অমস্মুং আর্ট হায়বসিনা ঙসিগী মীওইবগী চাওখৎলবা সমাজ অমা সেম্লিবনি। অদুবু লুরিবদি মীয়াম্না আর্টপুদি মসক থংবিদে ।। অশেংবদি অনি অসিমক থাদোক্লবা য়াদ্রবা পুন্সিগী থরাইনি ।। ডাঃ এমঃ জিঃ গুপ্তনা হীবা এসেদস্সু অস্মুন্না থেংনৈ,

"(Science is 'we' Art is 'I')" সাইন্স ইজ 'রি' আর্ত ইজ 'আই' হায়রি। মরম্বদি সাইন্সকীদি পান্দমফম অমগীদমক চংনবী পথাপ থাজোকপা য়াদনা পুন্না থবক তৌমিন্নবনি, আর্তকীনা মসা মহোমদোমগী পান্দম মনিং মথা তম্বা মওংদা পুথোরকপনি। মহাক্না সান্নজরিবা, প্নেনজরিবস্থু অদুবুনি। অনি অসিনা থিমিন্নরিবা পোৎসক অতুনা 'অচুম্বা' হায়বত্তুনি। আর্তকী মপুং ওঈবা থোরমদি পুক্নিংগী ফিভমবু উৎপা অমদি অচুম্বত্থু লেপ্পনি। লোয়ননা প্যাক-চাওরবা রাখলবু স্থুপচিন্না তাকপনি। অমরোমদা আর্তনা সাজৎ লিচংস্থু তাকপগী সক্তি লৈজবন। মীওঈবগী চংনরোলবু ফজবগী কুয়োম্না য়োমসনহল্লি। আর্ত হায়বসি মসক নাঈবা পোৎসক অমনি লোয়ননা রাখলন সাবা সক্তি অমদি মথৌনাদগী হেন্না লৈজে। মরম অতুনা পুক্নিং থম্মোই অমদি থরাইনা পুন্সিগা মরি লৈনবগুম্না আর্তবু পুকচেল সেংনা পুন্সিগা মরি লৈনৈ, জাতি অমগী কান্সা অমদি সংস্কৃতি সিব নাইদবগুম আর্ত হায়বসি পুন্সিনি।

প্রমান অমরোমদা পিক্রিবা অভাংসিংবু চিন্কলাগী সক্তিনা জ্ঞানগী মভাল পীবা ওমই। চাইলদ আর্তনা নৌরিবা থোপ্পা চংখি-হুনা লৌমিসিংগী সাজেল তৌহল্লি অমদি সক্তি লৈহল্লি। হৌজিক্কী মতমদা পৃথিবীদা লৈরিবা অখং অহৈসিংনা য়াম্না পাম্নরক্লি। থোৎ-লবা, চয়বা রাখলদগী থোরকপা মংলান অদুবু ইরাই লাইবা মওংদা, পরসপেক্তিব, দাইমেনসনগী সরুক য়াওদনা 'মনিং মথা তম্না লৈই অমদি ক্রেৎ কলরদা ফোংদোকই। মহৌসানা অর্তিষ্ট অমবু থংহল্লিবদি উ-রা লেংলি পাল্লিবা অসিতনি। পুন্নমকসিবু সেমজিন সাজিল্লগা মখল মখা কয়াগী মওংদা য়েকথোক্লিবা অতুনা মীওইবগী থম্মোয়বু পেলহল্লি। মতুদা ফংলিবা অমদি ওইরিবা গুণ অদু অরাইবদি নত্তে। অর্তিষ্টনা কনা অমত্তবু খল্লুদে

য়েংজবা, পেঙ্গবা অমদি রাখল ঈপাক্তা তাওজবদা হৈনজবিনি। আর্তকী সক্তি অমনা হৌখিবা অমদি তুংগী লম্বীবু সমজিন্নবনি। থৌরম পরেংদা পরিং চুম্না ওমখৈ তারুবা হোৎনবা, ইসানা পুথোক-চরবা পাম্বৈসিংনা পুক্লিংবু জয় তৌবা ঙম্বা, অচুম-চুমদগী মওং তাকপা, হৈথোই সিংথোইবদগী অঙম্বা উৎপা অত্তুনি।

মরু ওইনা আর্তকী সক্লোন অনি থোকই। (১) ফাইন আর্তস—আর্তস অফ বিউতি; (২) ইন্দস্ত্রিয়েল আর্ত—আর্তস অফ ইউতিলিতি। ফাইন আর্তস হায়বদি পুক্লিংগী ঈথকপু ফোং-দোকপগী থবক তৌরিবা অমদি থরাইগী পান্দমফম ওইরিবা অত্তু-বুনি। অত্তুগা ইউতিলিতি নত্রগা ইউজফুল আর্ত অসিনা লংলোন ইতিকী মরু ওইনা পৈসা তানবগী পান্দমফমনি। মথক্কী পনখ্রিবা ফাইন আর্ত অসি অমরোমদা থমোইগী য়ুম্ফমদা পাম্বমফম ওইরগা ফজবা থিরিবা আর্তসগী মুৎলরোইদবা গুণ অত্তুনি। মসিবু ফি-লোসোফি অফ আর্ত হায়না হায়জনিংই। লম্বেল অসিদা চৎলিবা আর্তকী গুণবু লৈবিবা অমদি পামজরিবা মীওইবনা পুক্লিং মরা তপকনি, হিংচা য়াইতম্বগী সাজং চৎলোই, ধর্ম লৈবা, মথৌদা পুক্লিং চংবা ব্যবহার লৈবা জাতিবু সম্মান তৌবা সোয়দনা ওইগনি।

ফাইন আর্ত মখল অনি থোকই— (১) ফ্রি ফাইন আর্তস, (২) দিপেন্দেন্ট ফাইন আর্তস।

(১) ফ্রি ফাইন আর্তসনা রাখলবু পান্দম্ফম ওইরগা থরাই হকচাং পুক্লিংনা নৈনজরগা পুথোকচরকপা মতোমতগী ওইবা অত্তুবুনি। (২) দিপেন্দেন্ট ফাইন আর্তসনা, থরাই হকচাং পুক্লিংনা পুথোক্লকপা সক্তম অত্তুবু সিজিন্নফম কান্নফমসু অত্তুম

লৈবা অহুবুনি। প্রমান্না— পেন্তিং, স্কলচর, ম্যুজিক, লিতরেচর অমদি দ্রামানা ফ্রি ফাইন আর্ত অহুগা আরকিতেকচর, সিরামিক্স অমদি লেন্দস্কেপ আরকিতেকচর অসিনা দিপেন্দেন্ট ফাইন আর্তসনি।

মথক্তা পঙ্খিবা ফাইন আর্তসকী মখল অনি অসিগী খেন্নববু করিগুম্বা মতমদা চময়বা লাকই অহুম্নদি ওইরম্বা খংজিনবিগদবদি আর্ত অফ ইউতিলিতি নত্রগা কমরসিয়েল আর্তকদি পুমখেল থেন্নৈ।

ফাইন আর্তসকী তোঙান তোঙানবা সক্তম লৈরীবসি মখোয় খুদিংমক্কী হৌরকফমদি সাগৈ অনিদগীনি, মহুদি—

(১) নন পারফোরমিং = পেইন্টিং, স্কলপচর এণ্ড আরকি-তেকচর ।

(২) পারফোরমিং = দান্স, দ্রামা, লিতরেচর অমদি ম্যুজিক্সি ।

অরার হেরিতেজ ইন ভেরিয়স ফিল্‌স অফ আর্ত— পেন্তিং অমদি স্কলপচর পুক্সিংবু পেলহল্লি। মমাংঙৈগী স্নুরুংগী লাইসিং উরুরগা থমোয়দা ফাওরকপা ইহুন অহুমক জোন কনস্তেবলনা য়েক্লম্বা কম্রি সিন অহুদস্ু মহাও চপ মান্নৈ। যুগ খুদিংগী চথরক্লিবা, চংনবী, চংনরোল অমদি য়েকপা খোংপা সাবগী নোমনা কয়া ঙসি ঐখোয় পৃথিবীগী চাওখংলবা লৈবাক কয়াদা উবা ফংলি। মসিনা অরি অনৌ নাইরবস্ু আর্তকী পরম পুরম অমদি সুথাংবু হৌগ্রবা অমদি ওইরিবা সমাজগী শক্লোন অহু ঙসি ঐখোয়না খংবা ঙমই। এনসেন্ত আর্ততা চাওরাক্লা ১৮০০ বিসিগী অহুরাইদা

ঈশ্বরসিংবু নক্সগা নিংঙ্খৌ লৈবাক ঙাকপসিংবু য়াম্না চেকসিন্না য়েক্লস্বনী খুদম্না তাকপদি মতম অন্থুগী মীওইবা জাত্তিনা লাইবু য়াম্না থাজবা, মখোয়গী লৈবাক ঙাকপসিংবু সন্মান তৌই হায়ব সিনি, লোয়নননা লৈবাক ঙাকপসিংনসু অচুম অরানগী ধর্মবু খওই তাকই। খুদমসিংদি— নোর্থন ইন্দিয়া, চিনা অমদি মোংফম্লচিং-বদা উবা ফংই। হেরিতেজ অফ আর্তকী মতাংদা নৈনবা তারবদি ( Renaissance ) রিনাইসেন্সগী মতমদগীনা আর্তকী চাওখৎলকপগী অরংবা খুদম উবা ফংই। সম্না হায়রবদা যুগ অসিদা আর্ত অসি অমুক হিংগৎলক্লে হায়বনি। রিনাইসেন্সঃ ১৩০০ দগী হৌখি। ( নুঙগী মতম অমদি রিনাইসেন্সকী যুগ-সিংবু হঙ্গৎনা য়েংলুরবদি পৃথিবী পুম্নমকী নত্তনা এসিয়া মহাদেসকী ওইনা চিন, জপাল অমদি ইন্দিয়াগী আর্তকী ফিভম ফগৎতবা য়াদে। চিনাগী লমদা চাওখৎলকপগী অহানবদি খুঙ্গং অহুমখক-মহুদি ( Hwang ) হরাং, হরাই অমদি য়াংতজ ( Yangtaze ) চাওরাকপা সোক্না ১৯০০ বিসিদনি। ইস্তাব্লিসমেন্ত অফ দি চাই-নিজ রিপব্লিক্না ১৯১২ এদিদনি। ইন্দিয়াগীনা ইন্দজ ভেল্লিদা দ্রাবিদিয়ানসিংনা খুন্দাবা চাওরাক্না চহি ৪৫০০ গী মমাংদনি খৈন্নে, অতৈ মফমনা হারপ্পা অমদি মোহেনজোদারোদনি অহুগুম্না জপান্দসু ৭০০ এ দি দগী মোদেলনচিংবদগী জপানিজ কলচরবু থিগৎপা ঙমই। নুঙগী মতমদগী রিনাইসেন্স অমদি হৌজিক ফাওবগী সাংলবা মতমগী থোং সারক্লিবা অসি, ওসেংনা হায়রবদি আর্ত এন্দ কলচরগী মপালননি হায়বসে অখং অহৈসিংনা অহুম য়ারবা রাকমনি। এনসিয়েন্ত গ্রীক অমদি রোমগী আর্তপু হন-জিল্লকপা মতমসি রিনাইসেন্স হৌরকপদগীনি। (ঈন দিস তাঈম দে তুক ঈন্তরেস্ত ঈন মেন এন্দ রার্ল্ড অরাওন্দ দেম)। ফ্লোরেন্স অমদি ভেনিসতা আর্তিস্তিক সেন্তর ওঈখি। মতম অহুদা

ঈরোইনরকপা আর্টিষ্টসিং অহুদি— লেওনারদো দা ভিনসি, ১৪৫২-১৫১৯; ইতালিয়ান রিনাইসেনসনি, মহাক মসামক পেন্তর, স্কলপটর, মিলিটরি ইনজিনীয়ার অমদি ইনভেনতর ওফ মেচিন্সনি। মাইকেলেনজেলো রাফেলস্ মরুওইবনি অহুগা রেমব্রেনথনা মসাগী স্তাইল অমদা ইন্নরমই। সোক ১৮০০ দা ইউরোপ্তা লাইয়েকপগী মথল কয়াগী চাং য়েংখি, ১৯০০ দা কিউবিজম, সররিয়লিজম, এবস্ত্রেক্ত এক্সপ্রেসননিজম অমদি পোপ আর্ত কি ঈহৌ মথং মথং চথরকখি। গ্রীক্তদি পেনতিং এন্দ স্কলপচরদা য়াম্না মাংজিল থা-খিবনা রোমান সিভিলাইজেসনগী মতমদা গ্রীকী স্কেচুনচিংবগী মতৌ তম্নখি, অহুগা মমৈথংদদি মসাগী ওইবা কলাগী মাস্তরপীস কয়া পুথোরকখি। অফ্রিকান আর্টিষ্টসিংনা স্তোন, তেরাকোতা, মোর্দন ফিগরসদা য়াম্না খোংদাখি। ইতিহাসকী মমাংহৈদগী আর্তকী সক্তম লৈরক্লবনি হায়বসি মীওইবনা চিংনুং স্নরুং অমদি উখা রা-খাদা লৈরিবৈদগী নুংপাকতা, স্নরুংদা মসাগী ওইবা এসথেতিক সেনসিবিলিটি অমদি ক্রিয়েটিভিটি উৎনবগী জ্ঞান লৈজরক্লবনি। খুদমশিংদি কাইমুর রেনজ অফ সেন্ত্রেল ইন্দিয়া, ফিন্দিপ হিলস মথং মথং অজন্তাগী লাইশিংনি। ইন্দিয়াদ ২০০ বিসি অহুরাইদা বুধি-জম আর্ট খোংদারকই। মুসলিম, ইসলামিক রেলিজনগী আর্টনা ৬০০ এদি দা নোর্থন অফ্রিকা, সাউথ এসিয়াদা উবা ফংই। চাই-নিজ আর্টনা ৬০০ এদি দগীনা ১২০০ এদিগী মনুংদা পেইন্টিং স্কলপচরদা ওমখৈ লৈতনা চাওখৎখি। এন্সিয়েন্ট আর্টকী মনুংদা পনবা য়াবদি গ্রিকী আইলেন্দদা মারবল সাবা ভনস দি মেলো সেকেন্দ সেনচুরি বিসিদা ফংই, হৌজিকমক লোভরদা (Louvre) লেপতুনা লৈরি।

লাইবক থিবদি রিনাইসেন্স মতমদগী মণিপুরদা আর্টকী সক্তম অমতা উবা ফংদে। মসি ঐখোয়গী থিজিনবদা রাৎপনা

ওইরমগদ্রা, মমুৎ তানা নৈনবা দরকার ওইবনি। নত্রগা ঐখোয়গী জাতি অসি মফম অমদগী লাক্লগা চিংনা কোইশিল্লবা মফমসিদা খুন্দাখিবা জাংল্লা। অথং অহৈ খরগী মত মতুংইল্লস্থু কাংলুপ অমা লৈখিবনি হায়নৈ।

আর্ট এন্দ কল্চর হায়বসি জাতি অমগী হৌরকপগা অতুম য়াওজরক্লবনি। মণিপুরগী কোকল্লোরদা আর্টকী মচাক মরল য়াম্না য়াওই, থিজিনবগী অয়োইবা নাইবা নত্তে। মতম অমদা শেৎনা চানরম্বা ফিজেৎ চাকচা, শিজিন্নরম্বা খুৎস্থু খুৎলাই, শান্নরম্বা খুৎশান্না, সিনরম্বা লিক কোল, ডাংনরম্বা রাডাং-শডাং, চৎনরোল ব্যবহার আর্টকী লনগৈনি। প্রমানদি— খোংজোম পর্ব্ব, খুবাক ঈশৈ, হিয়াং তান্নবা, খম্বা থোইবীগী লাই হরাওবগী শুম্মাংনিডাই ওইরবা জগোয়, কৈ ফাবগী অকন অথোগী ওইবা রারী, খম্বা নোং-বালগী লমজেল তান্নবগী পুম্নমকপু করম্বা শৈরেং ইদুনা করম্বা চিত্র-কলানা শিংথাদুনা লোয়গনি। হৌজিক্কী মতমদা মণিপুর জগোঈবু পৃথিবীগী মফম খুদিংদা ঈকায় খুম্নরিবা অসি মণিপুরী জাতিগী কল-চর অমদি আর্টকী থাক রাংই তাকচরবনি।

য়েক খোৎপগী মতাংদস্থু ভদ্রসিং, চুকখাম চন্দ্রসিং, কোঙ্গ্রাইলাৎপম ইবোমচা সর্ম্মা, আর, কে, য়ুমজাওসনানচিংবা পনবা য়াই। মহারাজ চুরাচান্দ সনা হাক্তক্কা ভদ্রবু লাই য়েকপগী ট্রেনিং থারুই হায়নৈ। মরম অসিদগী ঐখোয়না থাজবা য়াবা রাফম অমদি ১৮স্থুবা সতাব্দীদগী ১৯স্থুবা ফাওবদা ভারতা অকনবা মোর্দন আর্টকী ঈহৌ ল্যাকখিবনা মহুগী মমি ভদ্রগী লাইদস্থু তাত্রা হংনিংডাইনি। মথং মথং লাকপনা হঞ্জবম স্যামো সর্ম্মা, হাওবম শ্যামসুন্দর, আরঃ কেঃ চন্দ্রজিৎসনা অমদি গৌরো হৌজিক হৌজিক্কী contemporaries গী গ্রুপ্পা সেনিয়ার এন্দ য়ুনিয়ার হায়বদি চহি

২০ দগীনা চহি ৫০ গী মথক্কী আর্টিষ্ট ময়াম অমম্তু লৈরি। থোই-দিংজম তোম্বীসিং, ব্রজমনি সর্ম্ম, আর: কে: সনাতোম্বা সিংহ, মধুচন্দ্রসিং, তেজকুমার, একান্ত সর্ম্ম, সরোজকুমার, মুতুরা, লুখোই, ফুনিন্দ্র, লাঙ্গোলজম সামুসিংনচিংবা হৌজিক্কী মতমগী আর্টিষ্ট ওাক্কনি।

## গৌভর্মেন্ট ইনসেনটিভ - প্রোগ্রাম :

মণিপুর সরকারনা ষ্টেৎ কলাবু মতাং অসিদা থৌদাং চাওনা য়াহল্লি অমরোমদা ইকুয় কুইদনা সোসিয়েল রেলফিয়ার আর্টস এন্দ কলচর দিঃ গোভঃ অফ মণিপুরস্তু অকনবা থৌদাং লৌ-বিরি। ষ্টেৎ কলাগী থৌরম পরেংগী মনুংদা পনবদা মতিকচাবা খরদি—

(১) রাষ্ট্রিয়া কল— মসি ইহান হানবা অচৌবা থৌদাং মপুংফানা উৎলুবনি, মণিপুর জাতিগী ঐখোয়গী লেমজবা অমদি সংস্কৃতিগী পুকৈবু উথোক্কুনা মপান্দ তাকলুবগী থৌদাং লৌরুই।

(২) এক্সিবিসনস— নৌনা হৌগৎলক্লিবা আর্টিষ্টশিংমু মপুং-ফানা লমজ্জিংবগী অচৌবা থৌদাং লৌরিবদি আর্ট এক্সিবিসন অসিনা ওইরি। মরমদি তুমিন্না ফমহুনা লৈথোকপগী মহুক্তা নমহুনা লাই য়েকহনবা মুত্তি সাহনবনু ওইরবস্তু মাগী মাগী হৈনজবী আর্ট অত্তুদা পুক্লিং চিংসিংহল্লি, মেলা য়াওননবগীমক্তা কন্না থবক নোমই। সন্না হায়রবদা পরিক্ষা থাবগুমই। থবক নোমদবা কনানা পং-শিন্দুনা লৈহৌরবস্তু নোম্বা কনব আর্টিষ্ট খরদি ইন্তরনেসনেল লেভেলদা লাক্কনি হায়বসি ঐখোয় ময়ামগী আশানি। এম, এস, কে, না লৌখত্রিউ মমাংদস্তু কলচরেল ফোরম মেলানচিংবা পাংথোক্কুনা মণিপুরদা আর্ট অসি চাওহৎনবগী অকনবা ঈহৌ

অমা পুরকখিবনি, মহুগী তৌবিমল ঐখোয়না উৎফম থোকপনি। এম, এস, কে, না পাইখৎলিবা মেলা অসি শোক ১৯৭২ দগীনা। ঙসি ফাওবা হায়বদি শোক ১৯৮২ ফাওবসি লেপ্তুনা চত্থরক্লি। মেলা অসিগা লোয়ন লোয়ননা আর্টিষ্ট রার্কসোপস্তু চত্থরক্লি, মসিনা শোক ১৯৭৪ দগী হৌখি, মথংশিৎনা মপাল্লোমদগী রার্কসোপকী-দমক্তা বার্তোন তৌহুনা কৌথোকপা অচৌবা আর্টিষ্টশিংগী মমিংদি মখাদা পীজরি—

১। কে কে হেবার — শোক ১৯৭৪
২। সুব্রামানিয়ান — ১৮৭৫
৩। রথিন মিত্র — ১৯৭৬
৪। হেমন্ত মিস্রা — ১৯৭৭
৫। পরিতোস সেন — ১৯৭৮
৬। আর এস বিষ্ট — ১৯৭৯
৭। পি তি রেদি — ১৯৮০
৮। পি গৌরিসনকর — ১৯৮১

মখোয় অসি কলাবিদ্যাগী লমদা মপা লৈতনা হৈরবা মীওই ঙাক্তনি, ঐখোয় পুম্বগী লাইবক ফবনা ঙসি পৃথিবীগী আর্টকী খোথাং পরিং অমদি ইসানা খুৎ থাজবা ঙমদ্রবস্তু লমজিং অমগী মখাদা অকিবা পুম্নমক কোক্লুনা থম্মোইনুংগী চাওরবা ইহুল কল্লবা ঈথক অহুবু ক্ষয় তৌহুনা চৎনবী পথাপ থুগাইদনা ইনিং তৌজরবা ঐখোয়গী আর্ধপু পুথোকপা ঙমলরি।

## মোবাইল এক্সিবিসন ঃ

আর্টপু অর্থ নিংথিনা থংত্রবা মীওই কয়া অমা ঙসিগী সমাজদা লৈরি হায়বসি ঐখোয়না কাওরোইদবনি। মসি অচৌবা

লাইন' অমনি, লাইনা অসি কোম্পনবা ছিদাক্তি মোবাইল এক্সিবি-সন্না ওইরি। মরমদি এম এস কে না পাইখৎলিবা থৌরম পরেংগী মনুংদা মরুওইবা মচাক্তি। মসিনা মনিপুরগী কাচিন কোয়াদা চৎতুনা আর্তপু প্রোপাগেং তৌই লোয়ননা নোংম নোংমগী আর্তপু চাওখৎহল্লি অমদি এস্তেতিক সোন্সিবিলিতিগী পাঙ্গল হেনগৎহল্লি। মরম অদুনা আর্তকৃতিকসিংগী পুক্লিংদা অচৌবা ইনোং অমা হাপচিল্লহল্লি।

**গ্রুপ এক্সিবিসন আউৎসাইড মণিপুর ঃ-** এক্সিবিসন অসিনা থৌদাং লৌরিবদি মপান্দা লৈরিবা মীপুম খুদিংমকপু ঐখোয়গী আর্তকী খোংথাং কদায় য়ৌখ্রবগে হায়বা খংহল্লি, লোয়ন লোয়ননা মণিপুর সমাজগী ময়েক লারবা সক্তম পুন্নমক খঙননবগী মঙাল অদু পী। লিরবা মতমগী মীওইসিংগী কলচরবু ঙসি ঐখোয়না খংলিবা অসি আর্তকী মতেংননী। অমরোমদা এক্সিবিসন্দা য়াওরিবা আর্তিস্তসিংগী স্তেন্দারদগী ফিভম খঙহনবগা লোয়ননা মখোয়বু আর্তকৃতিক কয়ানা থাগৎপিদুনা থৌনা ফহল্লি, হেন্না হেন্না মথৌ হাপ্লীদুনা হৈনিংবা পোকহল্লি। মরম অসিদগী চহি খুদিংগী পাইখৎলিবা এক্সিবিসন্দা য়াওনিংবা আর্তিস্ত মসিং য়াম্লকই।

**ব্রান মেন সো ঃ-** মী অমতগী ওইবা সক্তিবু খংননবগী অচৌবা পরিক্ষা অমনি। মসি অরাইবদি নত্তে, মসাগী ওইবা কলাগী গুণ লৈবা তঙাইফদ্রবনি। অপুনবদা পুথোকপদি অরানবা অমদি অংসোয়বদু কুপসিন্দুনা থমই, অদুগা মরন্দোমগী ওইবা উৎথোক্লকপা তারবদি মীপুম খুদিংমক্কী মীৎয়েং মথাদা ওইরকপা মহাক্কী সক্তি মতিক চাবা লৈবা তাবনি নত্রবদি এক্সিবিসনগী অর্থ লৈতে। মণিপুরদা ব্রান মেন সো মপানগী লমদা পাংথোকখিবদি

প্রো: তিঐইচ তোম্বীদনী। মথংদা মণিপুরগী মনুংদা প্রেমানন্দ, কুঞ্জচন্দ্রগা অনি উৎমিন্নবা রিত্রোস্পেক্তিভ ১দি রানমেনসো পাং-থোকখ্রে অমদি ইন্দিরাগীস্থ মত্তোমতগী উৎখ্রবনি।

রান মেন সো অমদি গ্রুপ এক্সিবিসনগী প্রোগ্রামশিং মখাদা পীজরি।

(১) কলকতা ফাইন আর্তস ১৯৭৮
(২) দিল্লি ললিত কলা একাদেমী ১৯৭৯
(৩) রাজাস্থান ললিত কলা একাদেমী ১৯৮০
(৪) দিল্লি ললিত কলা একাদেমী ১৯৮১

(১) রান মেন সো বাই তি, ঐইচ, তোম্বী
(ক) বরোদা (গুজরাৎ) ১৯৭০
(খ) বীরলা একাদমী, কলিকতা ১৯-২৪ মে ১৯৮১

মথং মথং পাইখৎলকপা থৌরমগী মনুংদা হৌখিবা আর্তিস্ত-সিংগী নিংসিং নুমিৎ পাংথোকপগী উৎসব কয়াস্থ য়াওশি, চিত্রকলাগী নাকন্দগী প্রমান পীরবদী ভুবনসিং মেমোরিয়েল লেকচর পনবদা য়াই।

**ফেল্লোসিপ অমসুং স্কোলারসিপ :-** এম এস কে ন থরাই য়াওজবা, মথৌদা পুক্নিং চংবা আর্তিস্তবু পুক্নিং থৌগৎপীবা অমদি মপান্দা থাজ্নবা মহৈ মসিং তমথবগী প্রোগ্রাম অসিস্থ পাইখৎলক্নি॥ মসি গোভ: ইনসেন্তিবকি মতাংদা মরুওইবনি হাইবা য়াই, মসিনা ত্রেনিং চৎলুরবা আর্তিস্তসিংনা অনৌবা ঈনোৎ কয়া অমা ওসিগী আর্তকী লমজেল অসিদা পিরগনি লোয়ননা ওল ইন্দিয়া লেভেল নত্রগা ইন্তর্নেসনেল লেফেলগী ওইবা খোংজং অমা চেল্লকপদা

মতেং পাংলগনি। মপানগী লমদা চংখুরবা অমদি হৌজিক হৌজিকমক থৈৎ কন্নানা থারিবদ্রি থোইদ্রিংজম তোপ্পী সিংহনি। মহাক বারোদা চংতুনা প্রোফেসার সুব্রমনিয়ানগী লমজীং মথাদা চহি ২ চুপ্পা লৈরক্লবনি, অমসুং মহাক মসামক্কা অনৌবা লিচিং অমদি মেথোদ কয়াগী তেক্নিক কয়া পাইখৎলকপগী খুদম উবা ফংই। মথংদা হৌজিক হৌজিকমক ইবোচৌবা, সরজকুমার মখোয়বু মপান্দা ট্রেনিং তৌহুনা লৈরি। লেপ্পমক তুংগী লম্বীদা মাই পাকপা ওইগনি হায়বসি ঐখোই পুন্নমক্কী নুংঙাইজরবা রাখসনি। মরম অহুনা হৌজিক ঐখোই পুন্নমক্কী থবক কন্না সুবা মতম য়ৌরবনি।

**ইনস্তিত্যুসন :-** এম এস কে গী মেজোর প্লানদি ইম্ফাল আর্ত কলেজ, দা গ্রান-ইন-এদ চাওনা পিথরকপা অসিনি। লুপা ৫০,০০০/- ওইরম্বদগী লুঃ ২৪,০০০/- য়ৌরক্লবসি। চহি ১০ সুক্কী মমাংদদি শুকফং ফংদহুনা কলেজগী স্তাফ অমদি মরম খুদিংমক্তা খুদোং চারমদে অহুবু মতিক চাদ্রবস্তু পিরক্লিবা সেনফম অসিনা অনৌবা ময়োল চোংখৎলকপগুম্বা থোকহল্লি।

মণিপুরদা আর্ত স্কুল মতিক চাবা লৈত্রি, অহুন আর্ত সোসাইতি আর্তীস্ত ফোরমনচিংবা ১/২ দি লৈরক্লে ১দি থবক পায়খৎলক্লে। সংস্থানসিং অসিবুসু এম এস কে না সেম্বং পিরিরি।

গোভঃ ওফ মণিপুরনা ইদুকেসন দাইরেক্টরগী মথাদা আর্ত ইদুকেসনগী প্রোগ্রাম অমা পাইখৎতুনা ছাত্রসিংবু তম্বীগদৌরিবা ওজাশিংদা ট্রেনিং পীবগী থৌরাং পায়খৎখ্রে। মণিপুরদা মসিনা ইহান হানবা থৌরমনি। হায়রিবা প্রোগ্রাম অসি আগস্ত ১৯৮১ দনি। ট্রেনিং পীখিবগী মরুওইবা তোপিক্তি :-

(১) কনসেপ্তস/তেক্নিক ওফ আর্ত ইন্নুকেসন

(২) দি ওবজেকতিবস অফ আর্ত ইন্নুকেসন ইন দি স্কুল ।

আর্ত ইন্নুকেসনগী ৱাথল অমা হন্দককী চহি অসিদা সরকার-না পাইখৎলকপা অসিনা মণিপুরদা লৈরিবা স্কুল কলেজশিংগী ছাত্রশিংদা আর্তপু মসক তাকপদা নত্তনা সমাজগী অচৌবা চাওখৎ থৌরাংগী য়াওন অমা লাকলগনি অমদি প্রোপাগেসন ওফ কলচর এন্দ এপ্রিসিয়েসন ওফ ফাইন আর্তসকী অন্দরস্তেন্দীং অমা লৈহল্লগনি ।

**কনক্লুজন :-** আর্ত অসিবু চাওখৎহন্নবগী থৌরম পরেংদা ফেক্টর কয়ামুক লৈগনি, মদু পুম্নমক কৎথোক্লবা মীওই কয়াগী দায়ত্ব ওইগদবনি ।

**সজেসনস:-** (১) আর্ত কলেজ-- মণিপুরদা অচৌবা আর্ত কলেজ লৈতে। আর্তপু চাওখৎ থৌরাংদা গোভঃ না দান্স কলেজ, ম্যুজিক কলেজসিংদি চপ চাবা ফিরেপ নত্রবস্থু ফুল ফ্রেজেৎকি থাক য়োথ্রে অহুবু চিত্রকলাগী লম্বীদা য়াম্না সোল্লি । আর্ত কলেজ অনিদি লৈ (ক) ইম্ফাল আর্ত কলেজ (খ) মণিপুর আর্ত কলেজ । কলেজ অনি অসিগী মন্নুংদা য়াম্না শাংনা ৱাজরক্লবা ১দি লিরবা কলেজদি ইম্ফাল আর্ত কলেজনি । মরম অহুনা ইম্ফাল আর্ত কলেজ অসি থৈৎ কলানা অচৌবা য়েন্থং পিবিবনি অহুবু কলেজ অসিগী প্লোৎকি মতাংদা চময়বা অমা অহুম লৈরি মসি ভরাং নহানগী ৱা নত্তে, য়াম্না কুইরবা ৱানি, সরকারনা য়াম্না মুন্না ৱাখল তৌবিরগা মতিক চানা প্লোৎকী নাখৈ শেংদোকপা দরকারনি । মথংদা কলেজ বিল্ডিং নিংথিনা সাবিগদমনি । হৌ-জিক হৌজিমক লৈরিবা কলেজ অসিদা লাইয়েকপা হাইবসি

ছাত্রশিংগী পুক্লিং থৌগৎপা ওইরোই। মতিক চানা শেম্লং পিবিহুনা কলেজ শাবা হায়বসি তঙাইফদ্রবনি। (২) প্রিজারবেসন অফ আর্ট— মমাংগী (নুমিত্তগী হৌনা হিত্রীগী লাইরিক কয়াদস্থু প্রিজারবেসনগী অচৌবা থৌদাং লৌরকপা উদে, হৌজিকস্থু মণিপুরগী অরিবা লাইশং, মান্দপ, অশাবা মুর্ত্তি, অরিবা কোনুংশিং কদাইদা হুস্তোকখ্রবগে? ) য়াম্লবা কলচর অদুবু য়োকখৎতুনা থম্বা জাতি অদুবু ব্যবহার তৌনবনি। (ঙসি মণিপুর সনা লৈবাক হায়বসি ওইহনসি হায়রবদি আর্ট কলচর য়োকখৎপিয়ু)। হৌজিক এম, এস, কেনা থম্লীবা আর্টকী স্তেন্দীং কমিতি অমদি জেনেরেল কাউন্সিল লৈরিবসিগী মথক্তা "আর্ট কাউন্সিল" লৈবা তাবনি। চাওখৎলবা লৈবাক কয়াদা আর্ট কাউন্সিল কয়া লৈরি খুদম ওইনা হায়রবদা গ্রেৎ ব্রিটেন, অস্ট্রেলিয়াগী আর্ট কাউন্সিল পনবদা য়াই। মখোয়গী নমুনা লৌথোকপা তারবদি মেম্বর ২০ না শাগনি। অদুগা মী ৪ না শাবা পেনেল হায়বদি ম্যুজিক, ড্রামা, ভিজুরেল আর্ট অমদি পোইট্রিদা হৈথোই শিংথোইরবা পার্টি অমনা য়েংশিনহনগদবনি। নিউজিলেন্দস্থু ইকুই কুইদনা ক্যুইন ইলিজাবেথ সেকেণ্ডগী আর্ট কাউন্সিল শোক ১৯৬৪ দা লিংখৎখি।

## আর্ট গেল্লরিজ :

অচৌবা হোল অমা লৈতবনা ঙসি ঐখোয় মাংদা খুদোংথিবনা শৌহুনা লৈরি, মফম কদাইদা লাই থেৎকনি, কদাইদা মেলা তৌগনি অয়াৎপগী মপা লৈতে। লাই থেৎপা হায়বসি অয়াংবা মান্দপ ফজবা অমগী মথক্তা কাখৎতুনা হেক্তা থেৎলবস্থু য়াদবনি, মরুওইনা অরাং, অনেম, মঙালগী, অমম্বগী মঙং মতৌ পুন্নমক চানবা মফমদুদা থেৎপা তাবনি। ম্যুজিয়ম অমগা পান্দম্লরবদি গেল্লরিদি য়াম্না পিকপা পোৎনি। ম্যুজিয়মদা ইতিহাসিকী ওইবা

পোৎচৈ, সাইন্স অমদি আর্টকী মচাক খুদিংমক থম্ব। য়াই অহুবু আর্ট গেল্লরী খুদিংমক ম্যুজিয়ম হায়ন। অহুম থংনবে। ইম্ফালদা পিক্লব। ম্যুজিয়ম অমথক লৈ মকম অহুদ। অচৌব। লাই অমফাওব। থেৎফম লৈতে অহুগা। মুতুন্না ম্যুজিয়ম হায়দুন। প্রাইভেৎকী ওইব। হুকানমচা অমগুম্বা অমগা লৈ। মসি খল্লুবদা লাইবক থিবনি। শম্না হায়ববদ সবকাবন। মুন্না খনবিফম থোকই, নত্রবদি মণিপুরগী কলচব মাংথ্রগনি। ঐখোযগী নাকোংদা বেদিও অমদি থবব কাগজ কয়াদা চিত্রকলাগী নত্তনা অতৈ ড্রাম, ঈশৈ, জগোই অমদি লিতরেচরগী নুংশিব্রব। খোঙ্গেল কয়। তাব। ফংই অহুবু লাই যেন-পগী মতাংদদি মনা পংব। মরোন থোক্রুবা মী অমগুমখ্রে। মরম অহুন। অতৈস্তু ঐখোয়গী ইথো অসি কয বাৎলবনে? ইকাই-নিঙাইনি, ঐখোয় পুম্নমক থবক তৌরসি হায়বসি হায়জনিংই□

# আর্ট অমসুং ইন্দষ্ট্রি

—অরিবম একান্ত শর্ম্মা ।

হৌজিক্কী মতমদা য়েকপা খোংপগী কলা বিদ্যা হায়রবসি ঐখোয় মীওইবগী পুন্সিদা চংদবা য়াদ্রবা মচাকশিংগী মনুংদা অমা ওইরক্লবনি । মসিনা মীওইবগী পুন্সিবু মথল মচুন থল্লবা অমদি নিয়ম লাইবা পুন্সি ওইহল্লি, লোয়নননা ঐখোয়না ভসি শেংহল্লি ইল্লিবা কি, খোংউপ, তম্নবা লাইরিক, চংথোক চংসিন তৌনরিবা গাড়ী, মোতোর কার, চান থক্লবা পোৎচৈ অমদি লৈমনবা য়ুম অসিনচিংবশিংসিগা য়াম্না মরি লৈনৈ । মতাং অসিদা পনবা য়াই, মতুংদি সমাজ অমা চাওখৎনবা, শেমশং-শাগৎপদা মী কাংলুপ কয়ামুক্কী তোঙান তোঙানবা, শিনফমগী থবক তঙাইফদবা লৈ । শিনফম অমনা অতোপ্পা শিনফম অমগী মতেং লৌনবা তঙাই ফদে । অদু নত্রবদি লৈবাক অমা চাওখৎপদা থবক্কী মিরম চুম্না, ফজনা অমদি মতম চানা তৌবা ওইথোক্কে । খুদম ওইনা প্রিন্টিং টন্দস্ট্রীদা কম্পোজিতরনা ময়েক লেংসিল্লি, বাইন্দরনা চেখুম পাল্লি, তাইপ ফাউন্দ্রীনা ময়েক শাই । ব্লোক শাবনা ব্লোক হকুনা শাই, দিজাইনর তৌবনা কারিগরবা লাইরিকঁ অমগী মীনা পাম্নবা, পানিংনবা মওং, মশক তাক্লুনা ইলস্ত্রেসনচিংবা তৌব্লনা য়েকপা চঙই ।

অতুগ। মীয়ামগী পুক্নিং হেন্না চিংশিন্নবা, লৈননবা পাউচেনচিংব-শিংনা মীয়ামদা অমুক খংহল্লী। পুন্নমকসিনা মরম ওইদুনা ঐখোয়না ওসি মীপুম খুদিংমক লাইরিক লাইস্মু তম্বা ওন্নরি। কলা হায়বসি মরম অসিনা মীওইবগী য়ুমলৈ-কৈরৈ স্তেন্দার্দ হেনগৎলকপগী মতুং-ইন্না মসিগী তঙাইফদবস্মু হেনগৎলকই।

ওসিদগী চহি ১৫,০০০ গী মমাংদা মীনা গুরুং মন্নুংদা লৈনরি-ৱৈদা হিংনবগী খ্বাইদগী চাওবা লানফমদি চাননবগীদমক্নি। অহানবদা মসিগীদমক মখোয়না ফাবা ওম্বা অপীকপা শা-উচেক্ক-চিংবা তান্দুনা চানবা চিঙ্গাক থীরম্মী। মতুনা মবুক থন্নবা, মতম কুইনা চাবা য়াদবনিনা অচৌবা শা ঈরোই অমদি সজিনচিংবা ফাবা পান্নকুনা মখোয়বু হাৎননবা নুং, উ অমদি শরুনা খুৎলাই শাদুনা শিজিন্নরমই। মতমমতুদা নিংথিনা শারমজ্রবস্মু ঐখোয়না ইন্দস্ট্রিগী হৌরকফমদি মখোয়গী শারম্বা নুং, উ অমদি শরুগী নাজ্রবা খুৎস্মু খুৎলাইগী পোখোকশিংদুনি হায়বা য়াই। চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না অনৌবা নুংগী য়ুগ চংলকপদা মীওইবনা য়ুম লিংদুনা, ঈংখোল সম্বল কোইদুনা অমগা অমগা লোল-লি ওাংনদুনা সমাজ অমা লৈরক্নুবা মতুং চাওরাক্না চহি ৬,০০০/৭,০০০ ফাওবগী মমাংদা লৈরম্বা ইরাক, ইজিপ্ত, পার্সিয়া পেলেস্তাইন, তর্কি, সাইপ্রস, মেসোপতা মিয়ানচিংবা লমসিংদগী ফংবা নিংথিনা শারবা অমদি মতুদা মখল মথেলগী মচুনা য়েক খোৎলবা চকু, কম্বি অমদি খক্লংনচিংবা পাত্র কয়া ফংবদগী তাকপদি হায়রিবা মতম অসিন্নাই-দদি আর্টকা ইন্দস্ত্রীগগী মরি য়াম্না নক্নুনা লৈরম্নে হায়না খংবা ওমই।

ভারত অরাং নোংচুপ লমদস্মু খুণ্টগী মমাং চহি ৩০০০ গী অতু-ন্নাইদা ইন্দস ভেল্লী সিভিলাইজেসন চাওখৎলম্বগী খুদমদা হারাপ্পা,

মোহেঞ্জোদারোনচিংবা লমদম্ভু অ্যাভিদিয়ানশিংনা শিজিন্নরম্বা পোত্ত-রীগী পোখোকশিংদা নিংথিনা য়েক খোৎপা, তাজিন, পাইজা, লাইফদীবীগী মওং, শামু ময়াদা হুকপা অমদি মথংদা খৃষ্টগী মমাং চহি ২,০০০/২,৫০০ অহুরাইদা হিন্দুগী মপা মপুশিংগী হৌরকফম ওইবা আর্যয়ানসিংনা শিজিন্নরম্বা, শেৎলম, চারম্বা ফিরোল খুদিংমক নিংথিনা আর্টিস্তিক ওইবা মওংদা লৈয়োং-ইয়োং ফিদা লোল্লম্বগী খুদম, ঋগবেদগী মতমদা সনাগী কপ্পা মনি মুক্তানা থাম্লবা দিজাইন তৌবগী মওং অসিনচিংবা লৈরম্বগী খুদম কয়া ফংই। খৃষ্টগী মমাং চহি ৭০০ অহুরাই য়ৌরকপদা গ্রীক্তা অহানবা ওইনা অমুবা রং শিজিন্নহুনা মখোয়গী কপ, প্লেং জগনচিংবা পাত্রশিংদা মী নত্রগা শাগী মওং কয়া মরাং কায়না য়েক্লম্বা থেংনৈ॥ রোমদনা অভাংবা রংনা লংনবা তৈরবা পাত্র কয়া শিজিন্নরম্মী॥ চাইনাদম্ভু অনৌবা মুংগী যুগ লোইরমদাই খৃষ্টগী মমাং চহি ২০০০ গী অহু-রাইদা ফংলম্বা পাত্রশিংস্তু নোংচুপা এসিয়াগী লমশিংদা ফংবা পোৎশিংগা ইমান মান্নবগুম তৌই॥ ৯সুবা শতাব্দীগী অহুরাইদদি চাইনাদা চাইনা ক্লে পুথোক্লে, অহুবু ১৪ সুবা সতাব্দী ফাওবদদি মখোয়গী থবকসি পংয়াও য়াওরমদবগুম তৌই॥ মসিগী মতুংদগীদি হৌজিক মতমগী ঐখোয়না উরিবা কপ, প্লেৎনচিংবা মখল মথেলগী মচুনা য়েক খোত্তুনা পুথোকপগী থবক তৌখি। অসিগুম্বা চাইনা ক্লেগী তোপ তোপ্পা ফজবা মগুন অসি উবদা নোংচুপলোমগী মীশিংনা কল্লকখি। অহুনা ১৮ সুবা শতাব্দীদদি চাইনা ক্লে অসি নোংচুপকী লৈবাকসিংদা পুশিল্লকপা হৌখি। শতাব্দী অসিদদি নোংচুপকী লমশিংদা মরু ওইনা ব্রিটেনদা ইন্দস্ট্রিয়েল রিভোলুসনগী মমি তম্বা হৌরকখি।

মথংদা ১৯ সুবা শতাব্দীদদী পৃথিবীদা লৈরিবা ঐখোয় মী-ওইবা খুদিংমক্কী ইতিহাসতা থ্বাইদগী শিংথানিংঙাই ওইবা অমদি

মসিনা ওসিগী মীপুম খুদিংমকপু সাইন্তিফিক এক্সগী মীওই ওই-হল্লিবা অসিনি। শতাব্দী অসিদি ইলেকত্রিক মোটোর, এ, সি, পা-ৱার ত্রান্সমিসন ইন্তর্নেল কম্বসন ইঞ্জিন, মোতোর কার, টেলিফোন টেলিগ্রাফ, তাইপরাইতর, লাইনোতাইপ, হায় স্পীদ প্রেস, ফো-নোগ্রাফ, মোসন পিকচর কেমেরা, রেলরেনচিংবগী শতাব্দীনি ॥ পুম্নমক অসি হৌজিক মতমগী ইন্দস্ত্রিয়েল প্রদক্ত দিজাইনশিংগী হৌরকফমনি ॥

মতম অসিদা ইং ১৮৭০ দা আমেরিকাদগী মেসাচসেৎস লেজিসলেটিভনা ইন্দস্ত্রিয়েল দ্রোইং এক্ট পাস তৌখিবগা লোয়নননা মী লিসিং কুন তাবা মফম অমদা চহি ১৫ গী মথক্তা লৈবা খুদিং-মক্তা দ্রোইং তমহন্নবা হায়খি। ইন্দস্ত্রিগী পোৎথোকস্তু আমেরিকান সিভিল রারগী মনুংদা য়াম্না থোকহন্নবগী পামবৈ কয়া পুথোকখি ॥ মতুনা ইন্দস্ত্রিগী পোৎথোক য়াম্না থোকহন্নবগী পান্দম ওইনা অনৌবা মেচিন কয়া শানবা ইন্দস্ত্রিয়েল দিজাইনর কয়া দরকার লৈখি। অসিগুম্ব আর্টকী অরাৎপা অসি মেনখৎনবা ষ্টেট বোর্ড ওফ ইডুকেসন বোষ্টোন স্কুল কমিতিগা তানদুনা ইংলেন্দগী কেন্সিংতন স্কুলদা ওজা ওইদুনা লৈবা ৱালতর স্মিথ কৌবা আর্ট টিচর অমা কৌদুনা বোস্তোন্দা অহানবা দ্রোইংগী দাইরেক্টর অমদি মেসাচসেৎ-সতা অহানবা দ্রোইংগী সুপরভাইজর ওইনা লৈহনখি ॥ মহাক ইং ১৮৭১ দা লাক্লগা আমেরিকাদা চহি ১৩ লৈরম্মী। মফমদুদা মহাক্না ইং ১৮৭৩ দা অহানবা 'আর্ট ইডুকেসনগী খোং থাংজিল্লকপা হৌখি অমদি হৌজিক মতমগী ওইবা আর্টিষ্ট, ইন্দষ্ট্রীয়েল দিজাইনরসিংগী হৌরকফম ওইখি ॥

ইং ১৮৯৩ দা ইন্দষ্ট্রীয়েল প্রদক্ত ছাক্তা উৎপা "কলম্বীয়ান এগজিবিসন" হায়না খংনবা অমা চিকাগোদা তৌখি। এগজিবিসন

অদু য়েংবা লাকখিবা আমেরিকান মিলিয়ন কয়ানা ইন্দস্ত্রিয়েল প্রদক্ট কয়া উৎখিবদু উরুরগা মখোয় মখোয়না ময়ুম হল্লকপদা মরুপ মপাংশিংদা অঙকপা পাউদম ওইনা তম্মখি। অম্মুমা আমেরিকা অসি ১৯ সুবা শতাব্দীগী হৌগৎলকপদদি লৌউ-শিংউগী লম ওইনা তৌরম্বদুনা সতাব্দীগী লোইসিল্লমদাইদদি ইন্দস্ত্রিগী পোথোক য়াম্মা লৈবা লৈবাক অমা ওইরকখি। মসিগী মমাংদা ব্রিটেননা ইং ১৮৫১-দা তৌখিবা পৃথিবীগী ওইবা অহানবা "গ্রেৎ এগজিবিসন পনবা য়াই।। মতুদা পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদগী লৈবাক লৈবাকী ওইবা আর্ট অমসুং ইন্দস্ত্রিগী চাওখৎপগী অহানবা থুদম কয়ামুকসু উবা ফংখি।। মতুদা উৎখিবসিংগী মনুংদা পুংদা মাইল ৬০ য়াংনা থৌবা ভম্বা লোকোমোতিভ, পুংদা ৫০০০ নম্বা ভম্বা কোওপর-প্রিন্টিং প্রেস, ফ্রেন্সকী নিংথিরবা কপ, প্লেট (য়েক খোৎতুনসু লৈতেংবা) অষ্ট্রীয়ানা শাৰা ফমুং অমদি লাইরিক উপুগী মওং, স্পেন্না শাবা লালগী খুৎসু-খুৎলাই ১সুং নিংথিনা লৈতেংলবা কার্পেটনচিংবা অসিনি।

ইন্দস্ত্রি হায়বসি হৌজিক্কী মতমদা ঐখোয়না আয় লাক্লবা শিনফমগা মরি লৈনব মীওইবগী পাঙ্গল, লৌশিং, খুৎলাই অমদি মচাক কয়া শিজিন্নদুনা করিগুম্বা মশক নাইবা পোথোক অমা পুথোকপা ওইবনা মসিগী পোৎথোকসু মথল অনি থোক্লা খায়-দোকপা য়াই মতুদি মশক মওং নাইবা মথল অমসুং মওং নাইদবা মথল হায়বদি মহি মনাইগী ওইবা অমা, মকুপ তাবা পোৎসিংগী অমা অসিনি। মশক মওং নাইবা পোৎশিংগী মনুংদা ভসি ঐখোয়না উরিবা কার, স্কুটর, লুনা, রেডিও, এরোপ্লেন, খোংউপ, ছাটিন, ফি-রোলগী ফজৰা প্রিন্ট, উপু, রাপু, কেমেরা, বাইনোক্যুলর লৈননবা য়ুম অসিনচিংবা মশিং লাকঙমদনা লৈথ্রে। পুন্নমকসিগী পুথোক্লবা হোৎনবদা আর্টিষ্টটিক ওইবা প্রদক্ট দিজাইন কয়া তৌরবা মতুংদা

মশক মওং নাইবা ফজবা পোৎসক অমা ওইখিবনি হায়বসি ঐখোয়না কাওফম থোক্কে ॥

মশক মওং নাইবা প্রদক্টকী দিজাইনদি পাইবা পুবা অমদি শিজিন্নবদা নুংঙাইগদবা মওংদা অমসুং মতুগা শাগোন্নবা শিজিন্নগদবা মী অমদি পোৎশিংতুগী দরকারগী মতুং ইন্না, লোইননা য়েংবদা ফজনবা মওংদা হান্না য়েকথোকপা তাই। মওং নাইদবা পোৎথোক হায়রগা মতু হাপ্পবা লিক্লি, প্লাস্টিক, চে, নত্রগা তিনগী পাত্র-শিংগী দিজাইন তৌবা তাই ॥ মসিসু শিজিন্নবদা নুংঙাইনবা হৈদোক হৈজিন, পুথোক পুশিন খুৎলোইনবা মওং য়েংতুনা দিজাইন তৌবা চংই, খুদম ওইনা শামপু লিক্লি, কোকা কোলা লিক্লি, রাইন বোটল ॥ শামপু লিক্লি হায়বসি ঈরুজবা মতমদা শিজিন্নবা ওইবনা খুৎ অচোৎপনা করিগুম্বা তেক পাইবদা নাম্থোক্লুনা তাদনবা, হৈদোক্লনবা ময়াই নত্রগা মনিংদা কুৎশিল্লি নত্রগা চাওথোকই ॥ কোকা কোলা লিক্লিসু ইং ১৯০০গী অহুরাই অহাম্বা লৈরম্বা মতমদদি ঈচম চম্বা চপতিংবা মওং অমা ওইনা লৈরম্মী ॥ মওং কয়া হোংলবা মতুংদ হৌজিক্কী দিজাইন অসি লাক্লিবনি ॥ প্রদক্ট দিজাইন অসিগী মথক্তা অমুক মফম অমদগী মফম অমদা থাদোক থাজিন্দা তেক্ত কাইদনা অমোৎ-অকাই চাদনবা, মথং মথং লোম্নহুনা থম্বা য়ানবা, মনুংদা য়াওরিবা পোৎকী মশক তাক্লবা লোয়ননা দিজাইন তৌবা থারপ তৌবা চেগী কুয়োম অমা চংই মসিবু "পেকেজিং" হায়রগা খুংনৈ ॥ মসি মী অমগী মসাদা মফি ফজনা শেৎপীবগুম্বনি। পেকেজিং অসি অদুক্কী মতিক ফজরগা কস্তুমরশিংনা পাম্নবসু হেল্লি অমসুং পোৎশিত্তা য়াম্না মতেং ওই।

প্রদক্ট দিজাইনগী মতাংদা স্বিদিস সাইন্টিস বেক্কক্ত অকয়ব্লোম্না হায়রম্বা অমা লৈ, মতুদি চৌকিগী দিজাইনদি মীওইবগী হকচাং

অমদি এনাটোমিগী মতুংইন্না শাগদবনি হায়না। অসুম্না শিজিন্ন-গদবা পোৎশিং অসি শিজিন্নগদৌরিবা মী অদুগী নুঙাইনবা, খুদোং চানবা মওংদা ফজনা ডিজাইন তৌবা তাই। ব্রিটেন্দা লৈরিবা ইন্দষ্ট্রীয়েল ডিজাইনর মিশা ব্লেকা ( Misha Black ) হোসপি-তালগী ফমুং মওং চাংয়েং ওইনা পুথোকখি। ইং ১৯৩০ দা অদু-য়াইদা ইঃ কে, কোলনা (E. K. Cole ) যমিং লৈরবা মিশা ব্লেক সর্জ চরম য়েফ (Serge Cherm yeff), ৱেলস কোটসনচিংবা (Wells Coats) ইন্দষ্ট্রীয়েল আর্টিষ্ট খরবু অনৌবা রেডিয়ো কেবি-নেট ডিজাইন তৌনবা হায়খি। অতোপ্পা অমদনা মরক্তিনা গোর্দন অমসুং দিক রসেলগা তান্নদুনা ডগী রেডিয়ো কেবিনেট শাখি। দি গ্যাস লাইট এন্দ কোক কম্পানিনসু মিশা ব্লেকা তানদুনা ইলেকট্রিকী "হিটর" ডিজাইন তৌহনখি। হিটর অসি ইং ১৯৩৮ দা পুথোকখিবা মওং অসিগা হৌজিকী ঐখোয়গী শিজিন্নরিবা মওং অসিগা পংখেন খেৎনদে। মিলনর গ্রেনা (Milner Gray) কো-দাক কম্পানিগী লাবেল, পেক্ট, অমদি গ্রাফিক ডিজাইন কয়া পুথোকুনা মোর্ডন মার্কেটিংগী মরু ওইবা মচাক অমা ওইহনখি। ইং ১৯৪৬ তা ইংলেন্দগী ডিজাইন রিসর্চ ইউনিটনা অহানবা ওইনা "ইলফোর্দ" হায়দুনা ফোটোগী মপোৎ মচৈ য়োনবা ফার্ম অমগা মরি লৈনবা হৌখি। মসিদা মিলনর গ্রেনা মখোয়গা তানদুনা ট্রেদ মার্ক স্তেসনরি, পেকেজিং, কেটলোগ, সাইনপোষ্টিংগী ডিজাইন তৌবা মওং তানা এডভর্টাইজ তৌবগী থবক হৌদোকখি। মসিগা লোয়ননা দুকান শোরুম, ওফিস, ফেক্টরি নৌনা এরেঞ্জমেন্ট তৌবগী মওং অমদি পোথোক্কী ডিজাইন লে আউট কয়া তৌবা হৌদোকখি। মথং মথং মসিগী কান্নবসি খংনরক্কুনা, য়ু য়োনবা লাইরিক ফোংবা, খোংউপ শাবগী কম্পানিনচিংবা কয়াগসু মমৈথংদা মরি লৈনবা হৌখি। অসুম্না আর্টকা ইন্দষ্ট্রীগা থোইনা হেন্না ফজবা

মরি অমা পুরকতুহনা ঐখোয়না ঙসি চাওখৎলবা মতমসিদা ইন্দষ্ট্রিয়েল প্রদক্ট কয়া আর্টিষ্টিক অমদি সাইনটিফিক ওইনা পুথোকপনা কম্পনি, ইন্দষ্ট্রি কয়ানা অচৌ অচৌবা কার-বারগী লম্বী ওইহল্লি।

ইং ১৯৫৯ দা আমেরিকান মেগাজিন "লুক" না ফোংবদা হায়খি মহুদি হৌখিবা চহি ১০ অসিদি আমেরিকাদা য়াম্না অকে-অমৌ লৈবা নুংঙাইবা পুন্সি মরেল্ হায়বহু ওইরে, অহুনা মসিবু অঙকপগী মশক ওইবা ফিফটিজনি হায়খি। খম থেংনা ইনাক খুনবা নুঙাইবা হৌজিক্কী পুন্সি মরেল অসি ব্রিটেন্দা ইং ১৯৫২ গী অহুরাইদগী হৌরে। পুম্নমকসি ইন্দষ্ট্রিয়েল প্রদক্ট মরাং কাইবা, মী খুদিংনা অপাম্বা মতুং ইন্না চৎনিংবা চানিংবা, নুঙাইনিংবা পোৎকী মখলদা অহোং অচাও মরাং কাইনা খননিংঙাই লৈবা, লৈবা ভম্বগী খুদোংচাবা লৈবা অসিননি হায়বা য়াই।

## এডভর্টাইজিং এজেন্সি :

এডভর্টাইজিং এজেন্সি হায়বসি ইন্দষ্ট্রিগী পোথোকপু মীয়ামদা খংহন্নবা ময়াম্না পাম্নগদবা মওং মেডিয়াদা পোথোক্কী মশক য়েক্লুনা নত্রগা রাহৈনা ইহুনা, ঙাংহুনা পাকশন্না খংহন্নবা ভৌবা হৈশিংবা মী কাংলুপ অমনা শাবা ইন্দষ্ট্রিগা হাকথেংননা মরি লৈনবা কম্পনি অমনি। মসি নোংচুপলোমগী লৈবাকশিংদা ইন্দষ্ট্রিয়েলাইজ তৌরক্লবা মতমদা থোক্লকপা ১৯ শুবা শতাব্দীগী চাওখৎপগী খুদম অমনি। এডভর্টাইজিং এজেন্সি আমেরিকাগী ফিলাদেলফিয়াদা অহানবা ওইনা বোলনি বিপালমর কৌবা নিপা অমনা ইং ১৮৪০ দা হৌদোকখিবনি। ইং ১৮৭০ গী অহুরাইদদি আমেরিকাদা এডভর্টাইজিং এজেন্সি মখল কয়ামুক লৈখ্রে। অহুগা মসিগী মমাংদা ইংলেন্দা ১৯ শুবা শতাব্দীগী হৌগৎলকপদা জেমস হরাইট

কৌবা অমগা মাগী স্কুলগী মরুপ চার্লস লেম্ব কৌবা অমগনা লন-দন্দা অহানবা এজেন্সি হৌদোকখি। অদুবু এজেন্সি অসি লৈত্রিৰৈঙেগী মমাংদা এডভর্টাইজিংগী থবক অসি লৈরমদবা নত্তে। ঙসিদগী চহি ৫০০০ গী মমাংদা বেবিলোন্দা মলম, খোংউপনচিংবগী লৈতান লৈবাক্তা ইতুনা এডভর্টাইজ তৌরম্বগী খুদম ফংইবনি। পোম্পেনচিংবা লমদা ফক্লাংদা ইতুনা য়েক্তুনা শা, শতুমনচিংবা য়োন্নবা এডভর্টাইজ তৌরম্বগী খুদমসু ফংই। লোয়ননা টাউন ক্রাইয়র হায়দুনা টাউন-টাউনদা কোটচৎ চত্তুনা লাউদুনা খংহন-বগী থবকসু ইউরোপকী মফম অয়াম্বদা চৎনরম্মী। য়েকপা খোৎপগী থবক অসি এডভর্টাইজিং ইন্দষ্ট্রিদা অদুক্কী মতিক হৌখিবা চহি ২৬/২৭ তগীদি মরু ওইখ্রে। ইং ১৯৫৫ দা খুদম ওইনা হায়বদা আমেরিকাদা পোখোক্কী এডভর্টিজমেন্ট মখল খুদিংগী ওইনা চাদা ৪৫ দি কমর্শিয়েল আর্টিষ্টনা য়েক্লগা তৌবনি, স্বিদেন্দা চাদা ৬০, ফ্রান্সতা চাদা ৫৪, জর্ম্মনদা চাদা ৫১, স্পেন্দা চাদা ৭১ নি।

হৌজিক্কী মতমগী ইন্দষ্ট্রিয়েল প্রদক্ট অমদি ঈ-পাউ চেদা নম্বা, ইরগা খংহনবা তায়বসিগী হৌরকফমদি খৃঃ ১০৫ দা চাইনাগী শাই-লুন্না চে পুথোকখিবদগী হৌরদুনা ১৪ শুবা শতাব্দীদা ইংলেন্দা য়ৌরকপা, ইং ১৪৫০ গী অদুরাইদা জর্ম্মনগী জোহান্স গুটেনবর্গনা মুভবল টাইপ পুথোকখিবা রিলিয়াম বুল্লোকনা অদুদগী ইং ১৮৬৫ দা পেপর রোল অমক্তদগী ওইনা মথন্তা ককচদুনা পাউ-চে নম্বা ঙমখিবা অসিনচিংবা ময়াম অসি পুথোকখিবদগীনি।

হৌজিক্কী মতমগী এডভর্টাইজ তৌবসি লোল খুদিংমক্কী অহানবা ওইনা ইং ১৫২৫ দা জর্ম্মন নিউজ পমফ্লেট্টা ফোংবা হৌখি। মসিগী খবর অসি চাং নাইনা ফোংবা নত্তে। ইং ১৫৯১

দা ফোংবা মসিগী চেফোংদা হৌখিবা চহি ৩ গী মমাংদা থোকখিবা পাউ য়াওখি হায়। অসুম্না মতম অদুদগী হৌনা ঐখোয়না ঙসি উরিবা ছাপা নম্লবা খবর কাগজস্সু লৈবা হৌখি। ইংলেন্দা ছাপা নম্লবা পাউ-চে ইং ১৬২২ দা "ৱিক্লি নিউজ ওফ লন্দন" কৌবা চেফোং অদু ইংলিশতা ইহান হান্না ফোংখি। অদুগা অহানবা এডভর্টিজমেন্টনা ইং ১৬২৫ দা ফোংখি। আমেরিকাদস্সু অহানবা এডভর্টিজমেন্ট ইং ১৭০৪ দা "বোস্তোন নিউজ লেটরগী" চেফোংদা ফোংখি। মতমঅদুদা ফোংলম্বা এডভর্টিজমেন্ট খুদিংমক ইচম-চম্বা ময়েক ঙাক্তনা নম্লম্মী। ঙসি ঐখোয়না উরিবা য়েক-খোংপা য়াওবা এডভর্টিজমেন্টশিং অসিদি ১৯ শুবা শতাব্দীগী লোইরমদাই ২০ শুবা শতাব্দীগী হৌলকপদগী ইন্দষ্ট্রিয়েল প্রদক্ট ময়াম থোক্লকপদগী ওই-রকপনি। এডভর্টিজমেন্টদা ফোটোগ্রাফি শিজিন্নবস্সু ইং ১৯০৩ দা ফ্রান্সকী "লি-মার্টিন" কৌবা পাউ-চেদা ইহান হান্না হালফটোন ব্লোক (বেন-দে) নমদুনা পুথোকখিবদগী মতুংদা লাকখিবনি। চহি অদুমক্তদা লুইস লুমিহঅরনা কলর ফোটোগ্রাফি পুথোকখিবগা লোয়ননা পংকুই কুইদনা কলর এডভর্টিজমেন্ট শিজিন্নবা হৌখি।

ঙসি চৎনরিবা এডভর্টিজমেন্টগী মতাংদা আর্টকা ইন্দষ্ট্রিগা মরি অদুক্কী মতিক হেন্না লৈনবা উরে। করিগুম্বা ইন্দষ্ট্রিগী পোৎ-থোক অমবু মীয়ামদা খংহনবা তারবদি মখল কয়ামুক্কী মেডিয়া শিজিন্নবা তাই মদুদি—পোষ্টর, পেকেজিং, পেন্টেদ বুলেটিন, নিয়ন সাইন, স্পেকতেকুলর, দাইরেক্টমেল, ফোলদর, কেটলোগ, সিনেমা স্ক্রিন, টেলিভিজন, প্রেস এডভর্টিজমেন্ট, লাবেল অমদি কম্পানিগী মশক খংনবা ট্রেদ মার্ক, অসিনচিংবা অসিনি। মখোয়শিং অসি য়েকপা-খোংপগী থবক্তা মপুং ওইবা ঙাক্তনি। হৌজিক্কী মতমদা আমেরিকাগুম্বা লমদদি এডভর্টাইজিং অসি খ্বাইদগী চাওবা কারবার

মথল অমনি। মসিনা মখোয়গী মীশিং লাক্ষ ৪/৫ থবক পীবা ঙম্মী হায়।

**ফিল্ম-ইন্দষ্ট্রি :**

ফিল্ম ইন্দষ্ট্রিদস্লু এনিমেটেট কার্টুননচিংবা পুখোকপা তারবদি য়েকপা খোৎপগী মথৌনা মপুং ওইবনি। ২০ শুবা শতাব্দীগী অহৌবা পনবা য়াবা থৌদোক্তি ইং ১৯০৬ তা রা ভাংদবা এনিমে-টেট কার্টুন ফিল্ম পুখোকখিবা ইং ১৯২৮ দা রাল্ট দিস্নিগী অহান্বা রা ভাংবা কার্টুন ফিল্ম "মিকি মাউস" অমদি ইং ১৯৩৫ দা অহানবা কলর ফিল্ম (কার্টুন) "দি থ্রি লিটল পীগস" অসি পুখোকখিবনি। হায়রিবা কার্টুন ফিল্মশিং অসি য়েকপা খোৎপা য়াম্না হৈবা আর্টিষ্ট কয়ামুক পুল্লগা পুখোকপনি। মপুং ফানা শাংবা হায়বদি ফুট ৭৫০ গী কার্টুন ফিল্ম অমা পুখোকপদা আর্টিষ্ট ১৫০ মুক্কী সেরিজদা পুন্না লাই ৪০,০০০ রোম য়েকপা দরকার ওই।

হৌজিক্কী মতমদা ফিলম ইন্দষ্ট্রিদা আর্টিষ্টকী থৌদাং য়াম্না চাওনা লৈ। মহুদি স্তেজ ডিকোরেশন কাস্তিং, ইন্টরিওর ডিকোর, মেকপ, ড্রেশ ডিজাইনিং অসিনচিংবা কয়াসিনি। মসিদস্লু নত্তনা ফিল্ম নম্মীবা মীহুনা আর্টিষ্টিক সেন্স লৈতবা য়াদে—স্ক্রিন্দা তারিবা ফিল্ম থুদিংমক নিংথিনা কমপোজ তৌবা মথৌ তাই।

মথক্তা পনখ্রিবা ইন্দষ্ট্রিশিংদা নত্তনা আর্টকা য়াম্না মরি লৈনবা ইন্দষ্ট্রি কয়ামরুমস্লু লৈরি। বুইলদিং ইন্দষ্ট্রি, টাইপ ফাউনড্রি, প্রিন্টিং ইন্দষ্ট্রি, টেক্সটাইল অমদি হেন্দিক্রাফনচিংবগী ইন্দষ্ট্রি কয়া চাওখৎহনবদা আর্টকী ভডাইফদবা কয়া লৈ।

মণিপুরগী মতাংদা মমাংঙৈদা ঐখোয়গী ওইবা ইন্দষ্ট্রিয়েল আর্টিষ্ট কয়া লৈরমদে হায়বা য়াদে। ঐখোয়না ঙসি উরিবা য়োং-খমগী (অরিবা) মওং, থুমোক-তাইরুক, ফিরুক, চকু, ফনেক লোনবা

অমদি মসিদা চংবা য়েকপা খোংপগী ডিজাইন, পাঙহন্দব, চৈরোং, তেম, অসিনচিংবা কয়া অসি আর্টিষ্টিক ওইবা মওংদা খল্লগা নত্রগা অহানবদা য়েকথোক্লগা শারম্বনা অসিগুম্বা মওংশিং অসি লৈরম্লিবনি। হৌজিক হৌজিক আর্টকা য়াম্না মরি লৈনবা য়াবা মণিপুরগী ইন্দষ্ট্রি-শিংদি ইন্দষ্ট্রী ডিপার্টমেণ্টকী মনুংদা লাকপা য়াবদা হেন্দলুম অম-সুং হেন্দিক্রাফ, উশুবা অমদি লিরাগী থবক, য়োংশুবা, ব্লোক শাবা, ফি-লোনবা অমদি তুবা অসিনচিংবা কয়াসিনি। অসুম্না লৈবাক অমগী ইন্দষ্ট্রী চাওখৎহনবদা আর্টিষ্টকী থৌদাং য়াম্না চাওই অমদি মরি লৈনবা সরকারগী বিভাগশিংদা ট্রেন তৌরবা আর্টিষ্ট কয়া থবক পীতুনা থবক ফংদবা সমস্যা কয়াদগী খরদংদসু ওইনা কোকপা য়াই।

মথক্কী ইন্দষ্ট্রীশিং অসিদা মওং অমদি ডিজাইন কয়া পুথোকপা য়াবনা ডিজাইন কয়া পুথোক্তুনা মতমগী অনৌবা পাম্বা মীওইশিংগী অপাম্বা কয়া থুংহনবা য়াই। অতুগা মতু য়েকপা য়াবদনা ফজনা য়েক্তুনা মীয়ামদা এডভর্টাইজ তৌতুনা খংহন্নবা, মখল কয়াগী পব্লি-সিটি মেডিয়া (পাম্বৈ) শিজিন্নতুনা পোৎ শারিবা অমদি য়োল্লিবশিংগী কারবারগী শেল্লাকফম মতিক চানা তুং কোইনা লৈনবগী মরম অমা ওইগনি □

# মণিপুরদা আধুনিক চিত্রকলাগী য়াওল

—আর. কে. সনাতোম্বা সিংহ
কৈশামথোং, ইম্ফাল।

ঐনা ইজগদৌরিবা "মণিপুরদা আধুনিক চিত্রকলাগী য়াওল" হায়বা বিষয় অসি মুঙ্গা খন্থক্করবদি খরা নিংথিজনা খিজিন হুমজিনজ্র-বদি ফজনা ইবদা খরা খোঙলোবা মওং অমা লৈবনি। অদুবু ইশানা খঙজবা খরা ইরগা লোইরে হায়না খল্লবদগী থোরাং লো-জবনি। আর্টিকল অসিদা পল্লিবা রাফমশিং অসি থোইদোক্না অরোয়বা মিৎয়েং অমা ওইনা পীবা নত্তে অদুনা ইশাগী মোৎকী নত্তনা।

পৃথিবীগী মফম পুম্নমক লৈবাক খুদিংমক হৌজিক হৌজিক্কী মথোয় মখোয়না হিংলিবা অমদি চৎখরিবা পুন্সি অসি য়ুরোপিয়ান সভ্যতাগী লৈনরুবা মরি অমদি চাংদম্নরুবদা ফংবা, উবা মশক অদু ওইনা লৌনৈ। মণিপুরসু, ভারতকী শরুক অমা ওইনা, হায়রিবা নোংচুপকী পুন্সিগী মশক্না মসিনা অপুম হায়না মতম ইচং চৎদনা, সমদমদি তায়রবসু, লাক্পা য়েঁরবা মফম অমদি ওইরে। হায়রুবা

থুদিংদা তৌরুবা পুম্নমক্তা করিগুম্বা য়ুরোপকী, আমেরিকাগী অসি-নচিংবা নোংচুপকী রিফরেন্স অমা পীবা ওমজ্রবদি, হৌজিক্কী মতমদা মীশক অমবু কলচর ৱাৎপা মঙাল ফংদ্রিবা অমস্নুং অর্থ লৈতবা মীনি হায়বা ফাওবা মওং অহুফাও লৈরবনি। অস্নুক কন্না ফুর-রিবনি নোংচুপকী মতমগী শাজৎনা।

নোংচুপকী শাফু অমস্নুং শাহুম অসি ফৈ নত্রগা ফত্তে হায়বসি লৈনদ্রিঙৈদা মসিগী তশেংনা পৃথিবীদা লৈরকখিবা শক্তম অসি করম্বা মতমদগী করম হায়না হৌরকখিবগে হায়বদু হাইফেত্তুং পঙ্গে। অসিগুম্বা য়ুরোপকী অমদি নোংচুপ পৃথিবীগী মীওইবা সমাজগী কাচিন কোয়া য়ৌনা লুমথ্রে হায়না লৌরিবা, অহাঙবা অতিংঙা মকোইগী পনখোঙ ফাওবা পুথোকপা ৬মগদৌবা মাম্বা, চাওখৎপনি হায়নস্নু অহুম লৌনরিবা ওসিগী মীওইবগী জ্ঞান-বিজ্ঞানগী অমদি মরম চাবা ৱাখলনি হায়রিবা বিজ্ঞান অসিমক্কী হৌরকখিবা মতাং অসি হং ১৬৫০-'৯০ সিরাইদগীনি। মতমসিদা ফ্রান্স, জর্মন্নচিংবা লৈবাকশিংদা মতিক মগুণ লৈরব ফিলোসোফর কয়া শিঙ্গর কয়া পোকখি। মখোয় তশেংনা শক্তি লৈবা ৱাখল খনবা মীশক ঙাক্তনি। মখোয়না তশেংনা মীওইবগী শক্তম অসি অপুনবা ওইনা উরম্বদগী মথন মথস্তগী হায়বদি ইণ্ডিভিজ্য়েল্লিটি ( Individuality ) গী শক্তমদা লাকপা সংসার অসিগী মশক থিবা হৌরকখি। অমরোমদা হায়রগা তশেংবা, মীগী অরা নুংঙাইগী অশেংবা, ফিলোসোফি নৈনবা হৌখি।

এথিষ্টসশিংনা চুমদ্রিং ঈশ্বর লৈতে হায়খিবা মতম অসি শম্না এজ ওফ এনলাইটনমেন্ট হায়না অহুম খঞ্জে। মতম অহুদা মী-ওইবগী ৱাখলদা লাকপা অমম্বা, অঙানবা, থাজবা ৱাৎলকপদগী

মিৎকম কয়ামরুম উনরকপা মওং অসিগা য়াম্না মরি লৈনবা আর্ট-কী, পেইন্টিংগী মোডর্ন রাখস অসি হৌরকখি হায়না লৌবা য়াই। অসুম্না নোংচুপকী লমদমশিংদা পেইন্টিংগী মোডর্ন স্তাইল অসি লাকপা হৌখি। মোডর্নগী ঈথক্না এজ ওল ট্রেদিসনস, নোরমস একাদেমীক প্রিনসিপল পুম্নমক হুমদোকপা হৌখি। মোডর্ন পেইন্টিংগী অহানবা ইজমশিং— রোকোকো, বারোক, ক্লাসিসিজম অসিনচিংবা অসিনি। লোয়নন্না রোমান্টিসিজম, ইম্প্রেসনিজম-নচিংবা স্তাইল কয়া ইরকখি। নিও-ক্লাসিসিজম, এক্সপ্রেসনিজম, কাটুর্নিজম, মথং মথং ইরকখি লোয়নন্না ২০ শুমা শতাব্দী হৌরক-দাই মতম য়োরকখি। মতাংসিদা পেইন্টরশিংগী মমিং মুক্তা পঙ্খত্রে

মতাং অসিদা ঐখোয়না মিৎয়েং অমা হনগৎনা য়েংবা য়ারদি য়ুরোপকী অমদি নোংচুপকী ওইনা পুম্না মোডর্নদা খোঙজাবা হৌরকপা মতাং অসি চীনাগী অমদি নোংপোক ময়ায় এসিয়াগী আর্টি-ওরিয়েন্টেলগা শম্নরুরদগী ইনফ্লুয়েন্স খরদি য়াওমজা হায়না নিঙই। ভনিদগী চহি ৪০০০ রোমগী মমাঙদগী থাক অমা লৈনা পিওর ওরিয়েন্টেল স্তাইলদা এবষ্ট্রেক্ট অহুম ওইজবা objective রিয়ে-লিজমগা ডেসক্রপটিফ অমদি লিরিকেল ফোরমদা ইনরজেতিক পরাক্রফুল খরম্ না ওবা নোংপোকী পেইন্টিং অসি শাগিনা মোডর্ন ওইরবগী মওংনি। ঐখোয়না খংনরিবা মোডর্নগী হৌরকপগী পেইন্টিং স্তাইলশিংসি নোংপোকী হায়না ওইহনা লাকচরবনি হায়রা য়াই। অহুনা রাখল অমদা নোংপোক্তা রেষ্টর্ম স্তাইল চংনকপগা নোংচুপনা নোংপোক স্তাইল ওইরকপগা থেংনরুবা মতম অসিগা মোডর্ন মুভমেন্টকী মতমদম্ অহুম চৎনরবগী কাইদা অমা লৈ। হায়রিবা ১৮ শুবা ১৯ শুরা মতম অসি মোইরমনা ২০ শুবা

শতাব্দীদদি, তৌববুদি তোঙানবা ইথিল থরনস্থু, হায়বদি ইণ্ডিভি-জুয়েল ইমপোর্টেন্সনা করিনা হেন্না উৎনিংলকপগী পিয়োর এবষ্ট্রেক্ট লাকথিবগী মরম ওইরম্বস্থু য়াই। পৃথিবীগী মোডর্ন আর্ট পেইন্টিংগী মতম অসি ইং ১৭০০ সিরাইদগী ঙসি ফাওবগী মতম অসি অদুম লৌনৈ।

মণিপুরগীদি মতম অসি থরা খুন্নং চংবা মতমনি। য়েকপা শাৰগী আর্টকী থবক অসি কন্না প্রোফেসনলেল ওইবা মীওইদি মতমদুগী সমাজিক ফিভম্না মরম ওইদুনা ইলৈ লৈরমদে। অদুবু পনবা য়াবা থরদি সাপম লখোন, ক্ষেত্রি পানেম, কোনসম চত্রপালি, য়োইবা হাওজো অসিনচিংবা অসিনি। পৃথিবীগী থাক্কা চাংদম্নব-দদি খুন্নং চঙলবস্থু স্টাইল চঙবা ইন্দিয়ান স্টাইলনস্থু ইনফ্লুয়েনস তৌরবা মোডর্ন নোম্না মথল অমদা লাই য়েক্লম্বা মণিপুরগী অহানবা পেইন্টর অসি হাওবম লৌক্রাইখোম্বনি হায়নিঙই। মহাক্কী মতম অসি ইং ১৯৩০ সিরাই মনুং অসিনি। মহাক্কী ডাইমেনসন্নেল ওইবা খুয়েক্কি। অস্তুম্না ট্রেডিসন্নেল খুয়েক্কি ওইজরস্থু মহাক্কী খুয়েক অদুম লৈজবা ভদ্র অমস্তুং য়ুমজাওসনা হায়বা আর্টিষ্ট অনি অসিনা মথং মথং ওইনা ইং ১৮৮৩ সিরাইদগী কন্না পেইন্টিং হৌনখি। ভদ্র মতমদুগী নিংথৌগী কোন্নবা আর্টিষ্ট অমা ওইখি। য়ুমজাওস্নবা অমরোমদা লনাই ক্রিলেনস আর্টিষ্ট ওইখি। অহল অনি অসিগী য়েকপগী মওংদা স্টাইল তোঙান তোঙানবা মোৎ কয়া পীনৈ। অদুবু ঐগী মোত্তদি পুন্না য়েংলগা য়ুমজাওস্নানা থরা মোডর্ন ওইবা হেল্লী অসিনি; ভদ্রস্থু মহাক্কী খুৎয়েক্তা মোডর্ন মমি তাদবদি নত্তে। অদুবু ইং ১৯৩৫ সিরাই ফাওবদি মণিপুরগী পেইন্টিং অসি নোংচুপ-কিদা হায়রুরবদি প্রি-রিনাইসেন্স অমদি মিদল এজ থাক্কা মান্নবা কাইদাস্থু ওইরমদবা নত্তে। পনবা য়াবা অমনা পেইন্টিং স্টাইলগী করিগীদি অয়াম্বা হৌজিক্কি কয়া উবা ফংত্রবস্থু অমস্তুং ওইনিংবা

ওইজরবস্থু লাই য়েকখিবদা মশিং খ্বাইদগী য়াম্বা আর্টিষ্টতি য়ুমজাওসনানি হায়নিংই। অদুদগী ইং ১৯০০ সিরাইদগী হেন্না লৌথুৎপা স্তাইল ইয়াও য়াওদনা পেইন্টর মরোল অমস্থু লৈগ্রে। মথোয়গী মরক্তা পব্লিক কণ্টেষ্ট লৈনা য়েক্লম্বগী মওংদা হাইফেৎ য়েংলগা পনবা য়াবশিংদি এস: মোইরাংথৌ, কুমোদো, কলাচান্দ, এ: চাওবা, ঐইচ: তোনসিং, আর: কে: লৈরেল, থোঙাম্বা, এল: কামদেবা, দব্লিউ: তোলচৌ, নামরা, ইবোমচা শর্ম্মা অসিনচিংবা অসিনি। হায়রিবা মতাং অসিদা নোংচুপ্লোমদা আর্ট নোংবোগী স্তাইল থোরকপা ক্যুবিজম লাকপা হৌবা মতমনি। অদুদগী লোয়ন-লোয়ননা কাংবু কাংবু চাওথোক্লরকপা পেইন্টিং-শিংনা ফ্যুচরিজম, সুপ্রিমেটিজম ডবলুরৈতর, সরিয়েলিজম কল্লা চথখি। অস্মুন্না পৃথিবীগী তাঞ্জা হায়বদি ইং ১৯৩৫ সিরাইদগী আর্টিষ্ট সেরিজ অমা মনিপুরগীস্থু লৈরকখি। মতম অদুগী মীং পনবা য়াবা আর্টিষ্টশিংদি এম: কে, পি, বি; ঐইচ: শ্যামসুন্দর, ঐইচ: শ্যামো শর্ম্মা, আর, কে, সি, এস; ইবোতোম্বী শর্ম্মা, ঐইস: গৌরো, অমুসনা শর্ম্মা অসিনচিংবা অসিনি। এম, কে, পি, বি, একরেরেল ওইল অনিমক্তা ফজনা হৈনবা জেনরিক রোকোকোদা য়েক্লকখিবা পেইন্টর অমনি। শ্যামসুন্দর, জোসে মেরিয়া ভেলান-জিকোগী খুৎয়েক্কা নকবা স্তাইলদা রিয়েলিজম এক্সপ্রেসনিষ্ট অমা ওইনা ক্রাফ্টসমেনসিপ লৈবা আর্টিষ্টনি, লোয়নন মহাক্না মনিপুরদা হৌদোকখি হায়না একরেরেল পেইন্টিংদা থোইদোক্না শিংথানবা য়াবা পেইন্টর অমনি।

শ্যামো শর্ম্মা থোইদোকপা আর্ট এনথুসিএসট অমা ওইবগা লোয়ননা মনিপুরগী লিরিকেল আর্টিষ্ট অমনি। আর, কে, সি, এস, মশাগী চহি য়াম্না নোনা পেইন্টিং অদুম ফজনা তৌরক্লবা আর্টিষ্ট অমনি, রেষ্টরন রিয়েলিজম পুশিন্দুনা ট্রেদিসনেল সবজেক্টস্থু

মাংহন্দনা তোঙানবা মশাগী ইউনিক স্তাইল অমদা মোডর্ন রোমানটিসিজম অমা পুথোকখিবা, মেদিয়ম অয়াম্বদা ক্রাপসমেন-শিপকী কুরালিটি মাংহন্দনা ঙসি ফাওবদা এক্তিপ পেইন্টিং চৎথ-রিবা আর্টিষ্ট অমনি। মনিপুরদ অমদি, ভারতকী দেল্লি, বোমবে, কলকতানচিংবা সহর কয়াদা ফাওবা মমিং লৈবা, মনিপুরগী অথন্নবা আর্টিষ্টশিংগী মরক্তা অমনি। ইবোপিশক শর্মা, গৌরো, অমুসনা শর্মানচিংবা ত্রেদিসনেল রিয়েলিজম কন্না লাইস্রেকপা আর্টিষ্ট ওাক্তনি।

মরকল্লিদা পৃথিবীগী মতাং অমুক পনজগে। মথক্তা পনখ্রি-বকুগী মখাদা ২০ শুবা শতাব্দীগী অহৌবা সরুকুগী নন-স্ট্রাচরেটিব এবষ্ট্রেক্ত, বৌহাজ, দাদা-ইজম, কোল্লাজ, এবষ্ট্রেক্ট এক্সপ্রেসনিজমন-চিংবা ইজম কয়া মথং মথং, লোয়নন পোপআর্টস, ওব আর্টস, অসিগুম্বশিংগী আর্টিষ্টশিং অসি লাকখি। শন্না হায়রবদা পৃথিবীগী মোডর্ন আর্ট অসি ওবজেক রেকপগী অমদি ওবজেক্তা লৈবা এবষ্ট্রেক্ট ফোংদোকপগী চৎনরম্বতুদগী শক-খা ওন্থোকুনা সবজেক্তির এবষ্ট্রেক্ট নক্রপা আর্টিষ্ট মশাদা য়াওবা ষ্টেট ওব মাইন্ড অহু ফোং-দোক্কবগী লমীরোম্বদা পুরা লাকখিবগী অহোংবা লৈরবরা হায়না খল্লি। মসিগী মতাংদগী ওইরম্বা খাই মথুদি কন্নাগুম্বনা পিয়োর এবষ্ট্রেক্ট আর্ট/এন্টি আর্টনি হায়র্রিবা। তৌরম্ব মোডর্ন এবষ্ট্রেক্ট পেইন্টিং অসি রিহোলুদরখিংনা আইদিয়া লৌশিনবা ঙমদবা য়াম্না ওকথ্রবা সংসার অমা ওইনা থোকপগী পাউ অয়াম্বা মকুমদগী ফংদবা নত্তে।

মণিপুরগী অমুক পঞ্জগে। ইং ১৯৪৫ মিরাইদগী মমিং খাইদগী নৌরিবা পেইন্টর কাংবু কয়া অমা চোংথরকখি। মখোয় অহুদি, এক্তং ইবোমচা, টিএইচং রাকো, আরং কেং সনাতোম্বা, টি এইচং

খেরো, টিঃ টেজকুমার, এঃ চিত্রেশ্বর শর্ম্ম, এলঃ থম্বালঙৌ, অমুজাও-কাইমৈ ক্লাইহো মাও, এলঃ ফোনিস্রো, টিএইচঃ তোম্বী, আরঃ কেঃ নোরেন, আরঃ কেঃ তোম্বীসনা, আরঃ কেঃ সরোজকুমার, সুন্দর শর্ম্ম, টিএইচঃ ইতোনচা অসিনচিংবা অসিনি। এইসঃ ইবোমচা ট্রেদিসন ফাইন আর্টিষ্ট অমনি অদুগা ওসি ফাওবা কমর্সি-য়েল লাইনদা মপুং ওইনা চখরি। টিএইসঃ রাজো এপ্লাইদ রিয়ে-লিজমদা মসাগী মোডর্ন স্টাইল অমদা পব্লিক ইউটিলিটিদা শিংথানবা য়াবা পেইন্টিং ওসি ফাওবা লেপত্রিবা নিপানি। মীরোল্ অসিগী মণিপুরগী মোডর্ন পেইন্টিংদা মমুৎ তানা য়েকপা ওম্লবা পেইন্টর ৫/৬ কী মনুংদা মহাকসু চৎনবী ওইলগী মথক্তা অমনি। আরঃ কেঃ সনাতোম্বা ইং ১৯৪৫ দগী হৌনা মরু ওইবা ওইল অমসুং গোরাস মেদিয়মদা অমদি অতৈ ইকিমু-রেল মেদিয়মনচিংবা খরদসু কম্মান মপুং ফানা লৈনা পেইন্টিং চখরকপা আর্টিষ্ট অমনি। মহাক্কী পেইন্টিং স্টাইল য়াম্না শেংনা ওরিজিনেল ওইজবা হায়বদি আউতসাইট রিফরেন্স অমত্তা খণ্ডম্রি-দৈ মতমদগী মোডর্ন স্টাইল খরা নক্ননা লাক্লবা ইম্প্রেসিশিজম মওং অমনি। টিএইচঃ তোম্বী মহাক্কী অহানবা পেইন্টিং কল্লা চখরক-কপদা মরু ওইনা ওইলদা ক্লাসিক টেষ্ট পীবা ফাইন রিয়েরিজমগী খুয়েক ওইখি। লোয়নননা মোর্ডন হেন্না ওইরকখি, এক্সপ্রেসন্নিজম, স্টাইলনচিংবা (১৯৭০-৭৫ সিরাইদা) শমথখি। লোয়নননা মশাগী ওইবা এবস্ট্রেক্ট মোর্ডন ওর কন্টেমপোররী পেইন্টিং অসিনা ঈপোম হুম্নকপদা অহানবা রাইথিবা আর্টিষ্টশিংগী মরক্তা মহাকসু পাইয়ো-নিয়র অমনি। কেএইচঃ খেরো ইং ১৯৪০ সিরাইদগী আর, কে, সি, এস, চিত্রলায়াদগী এপ্লাইদ আর্ট পাস তৌগ্রবা লোকেল রিয়েলিষ্টকী মনুংদা অমনি, হৌজিক ফাওবা মহাক্কী লমদমগী পব্লিক আর্টিষ্ট অমা ওইনা থবক চখরি। টিঃ তেজকুমার এপ্লাইদ আর্টিষ্ট অমা ওইনা

ইং ১৯৫৩ দগী মশাগী স্তাইল লৈজবা মওংদা মোডর্ন রিয়েলিষ্ট চত্থরকপা, হৌখিবা চহি ১০ মুক্তা এবস্ট্রেক্ট এক্সপ্রেশনিষ্টনচিংবা হোত্নরিবা আর্টিষ্টনি। এঃ চিত্রেশ্বর শর্ম্মা, পোইটিক ফাইন আর্টিষ্ট অমনি, রেষ্টর্ন রিয়েলিজম ওরিয়েণ্টেল স্তাইলদা য়েকচবা। মহাক ইং ১৯৪৯ সিরাইদগী ওইল গুরাসনচিংবদা একাদেমিক নোম্না লৈনা পেইন্টিং হৌরকখিবা আর্টিষ্ট অমনি। এলঃ থম্বালঙৌ হিয়াং-থাংদগী হিয়াংলম্ ফাওবদা ইং ১৯৫৫ সিরাইদগী ঙসি ফাওবা মমিং কন্না লৈরবা আর্টিষ্ট অমনি। মহাক ফাইন এন্দ এপ্লাইদ ফিল্দা মশাগী স্তাইল কন্নান তৌবা মোডর্ন টেষ্ট চংবা পেইন্টিং তৌই। এলঃ ফোনিন্দ্রো, ক্লাসসিক রিয়েলিজম, মোর্ডন এপ্লাইদ কন্না হোত্নরক-খিবা পেইণ্টর অমনি। ব্রজমনি শর্ম্মা, লোকেল স্তাইল রিয়েলিজমদা মপুং ওইবা, সিমবোলিক এবস্ট্রেক্টা য়েকপা আর্টিষ্ট অমনি। শম্ভু ফাইন আর্ট ইমপ্রেশনিষ্ট রিয়েলিজম স্তাইল কেরিযাব হাইফেৎ রাংব পেইণ্টর অমনি। মোধুচন্দ্র, বানি খিদিবনচিংবা পেইণ্টব খবদি লো-কেল রিয়েলিষ্ট স্তাইলদা মোডন চংবা মওংগী খুৎয়েক্নি। আর, কে, নোবেল মশাগী মোডর্ন স্তাইলদা কন্না পেইন্টিং হৌগৎলম্বা আর্টিষ্ট অমনি। আরঃ কেঃ তোম্বীসনা, অমুজাও কাইমৈ, এপ্লাইদ ফাইন আর্টতা মমিং খরা লৈরম্বা অমদি লৈরিবা পেইণ্টরশিনি। আর, কে, সোরোজকুমার রিয়েলিজম ফজনা লোয়নবা, মোডন কন্না চঙলকপা লোয়ননা খমথেংবা এবষ্ট্রেক্টতা চংশিল্লকখিব মান্নি কোর-ৰর রাংবদা চনবা আর্টিষ্ট অমনি। সুন্দর শর্ম্মা, আর্ট নোঙৌ স্তাইল চংবা মোডন রিয়েলিষ্ট পেইণ্টব অমনি।

মোৎ খরগী মতুং ইন্না ক্যুবিজমদগী পিয়োব এবষ্ট্রেক্ট ফাওবগী মণিপুরদা ইং ১৯৭০ সিরাইদগী চঙলক্লিবা মোর্ডন মতম অসি টিএইচঃ তোম্বী, সোরোজকুমার, তেজকুমার, এমঃ কেঃ প্রিয়োব্রতা নচিংবা পেইণ্টরশিংনা অহানবা খুৎমাবদি হায়নৈ। ইং ১৯৭০-৭৫

সিরাইদগী খ্বাইদগী নৌবা পেইন্টরশিংগী মরোল অমসু লাক্লে। লোন অসিগী নহারোল আর্টিষ্ট অয়াম্বা চাওরাক্লা ওবজেকতিব এবষ্ট্রেক্টতগী সরিয়েলিজম সিমবোলিজম সিনথেটিজম এবস্ট্রেক্ট এক্সপ্রেসন্নিজম অসিনচিংবা থাক ফাওবা মথং মথং খোঙজেল হাপকৎলক্কদবা মানবা কায়দাদা চথনবা থাক্তা মাল্লি। ঐনা খঙলুবা হাইফেৎ মমিং পনবা য়াবা, প্রোমিজিং ওইবা খরদি— একান্তা শর্ম্ম, এমঃ কুলচন্দ্র, প্রেমানন্দ রোই, আরঃ কেঃ সোমোর-জিৎ, টিএইচঃ দেবেন, জিঃ রাজেন্দ্র শর্ম্ম, জোয়কুমার, আরঃ কেঃ বৃদ্ধী, ৱাইঃ প্রীয়োকুমার, এমঃ নিলকান্তা, এসঃ কুল্লা, এলঃ নিলকমল, জোয়চন্দ্র, এমঃ লুখোই, এঃ প্রোমেশ্বর শর্ম্ম অসিনি।

মণিপুরগী মোডর্ন এবস্ট্রেক্টকি পেইন্টিং অসি অহানবদা ইন্দি-য়ান আর্টিষ্ট— এ. এস. গিল, হুসেন; এন. এস. বেন্দ্রে; কে. কে. হেবার, কৃষেন খন্না; লেক্ষমন পাইনচিংবা পেইন্টরশিংগী ইনফ্লুএনস য়াওখিদে হায়বা উমদে।

মতাং অসি ফাওবসি মণিপুরগী রিফারেন্সতদি থাক হায়ফেৎ য়োরে হায়বা য়াই। পৃথিবীগীনা মতাংসিদা চহি ৫/১০ দগী ঙসি ফাওবসিদা পোপ ওপ পিয়োর/রিয়েল এবস্ট্রেক্ট, মোরেল আর্ট, এন্টি আর্টনচিংবা পুমঙক ঙকপগী থাক অমা য়োথ্রবনি। অদুগা অসি-গুম্বা এভরেজ হিয়ুমেন বিইং তাইবং মী অয়াম্বনা ভাব তাবা উম-দবা, কম্প্রেহেন তৌবা উমদবা মওংগী পেইন্টিং অমদি পেইন্টিং তৌদনা ওইরক্লিবা পেইন্টিং অসিগুম্বা আর্ট অসি, পুমতুম তুম্না লোইথ্রগদবা তেংবান অমগী শক্তম অদু হান্ননা লাকপদগী মওংলা নত্রগা অদুগুম্বা লাক্কনি খনবা অরোইবা মতম অমদগী মীওইবা সমাজবু কনবা উমগদবা মচাক অদু ফংহন্নবা তৌরিবা পেইন্টিংলা

হায়বসি কন্না হৌজিকমক পৃথিবীনা লেপ্পা ঙমদ্রি হায়না খন্নে। পৃথিবীগী চহি ১৮০ চঙনা ইভোলব তৌরকপা মোডর্ন পেইন্টিং অসি ইতিহাসকী লৈমাইদা মসিগী দসা অমা ফরবস্তু ফজ্রবস্তু কনবা ঙমগদৌরিমাল্লে হায়নস্থু রারল আর্ট ক্রিটিকশিংনা শোম্নবদি হায়-ফেৎ তারে। অদুবু পীক্লিবা, পীক্লবা মণিপুরগীদমক্তদি ইভোলুসন ওব মোডর্ন পেইন্টিং খরমখৈ ওইবরা হায়না খল্লি।

অরোইবদা সমাজগী রাহৈ খরা হায়জগে। ঙসি মণিপুরগী ফোরম ওব মোডর্ন আর্ট মরুওইনা য়াম্না সবজেক্তিব এবষ্ট্রেক্টকী পেইন্টিংনা মণিপুরগী সমাজদা করম্বা নুংঙাইবা, তেকখৎপা, ফজবা অমদি কান্নবা লোয়নননা চাং কয়া য়ান্না পীরিবগে হায়বসিস্থু লৈবাক্কা নৈননিংঙাই ওইবা রাফম অমনি। পৃথিবীগী মতাংদস্থু অসিগুম্ব ওবজেক্তিব ভেল্যু থাদোক্লুনা পিয়োর ওবজেক্তিব থিজম ওইনা আর্টিষ্ট পেইন্টর অমনা মশাতগী পেন্নবা সব-কনসিয়স ওইনা ফাও-বা য়েকপা ফিভম— ইন্দুবিদুয়েলিজমগী শক্তম ঙন্নকপস্থু মানবা মওং অসিবু উরগা ক্রিটিকেল ওপিনিয়ন কয়াস্থু পীদনবা পৃথিবীদা মতম অমদগী লৈরকখ্রবা ক্লাসিসিজম নিঙ ক্লাসিসিজমনা পীরম্বা নিঙথিজরবা অমদি চৎনবী পথাপ পুন্বনা মরম ওইদুনা মীওইবনা ফংখিবা ফিদম পুম্বদু লৈদি লৈরগস্থু, মচানলোম্বা লম্বী অমা থেংন-বগুম তৌখিবদগী অয়াম্বা কালগী আর্টিষ্টশিংনা কাঙলুপ কাঙলুপ নত্রগা মশা মরন্নাইতগী ওইবা খুৎপু খুৎপু সিংনরকপগী শক্তম অসি লাকখি। মখোয় মখোয়গী তোঙান তোঙান লৌনবা এসথেটিক ইজম অমদি সমাজগী মনুংদা পন-খোঙ মশিংতা হেনগৎহনবা ওইনা থোকপা মতমগী মোডর্ন পেইন-টিংনা মীওইবা য়েলহৌডৈদগী খঙনরকপা আর্টকী মপুং ওইরিবা পেইন্টিং অদুগুম্বা পুন্নমক্কী মফমদা ফংহনবা থাজবা অদু হৌজিক্কী পৃথিবীদা পীদ্রে হায়বা য়াই। পেইন্টিংগী সংসার অসিবু পুন্না

কোনশিনবা ওম্বা, ফজবা থাজবা অমদি হিংনবগী অশা পীবা ওম্বা চাংয়েং লীক্লম অমা ঐখোয়দা লাক্রবদি এবষ্ট্রেক্ট মোডর্ন পেইন্টিং অসি এটোম বোম, হাইড্রোজেন বোম, নিউট্রোন বোম অমদি মেগাতোন রে বোম নত্রগা মহাপ্রলোয় মশামক্না পীরম্বা য়াবা অকিবহুদগী হেল্লবস্থু তাদি তাদবা শুক্না মম্লবা মফম মতম অমদা য়োৌশিল্লকথিবা য়ারি ☐

# কন্টেম্পোরেরি আর্ট ইন মণিপুর

**কন্টেম্পোরেরি আর্ট হায়বসি করিনো? মসি মণিপুরদা লৈব্রা? মণিপূরদা মসিগী ফিভম—মসি করম তৌরগা চাওখৎপা য়াগদগে?**

—টিঃ ঐইচঃ তোম্বী সিংহ

২০।৪।৮০

কণ্টেম্পোরেরি আর্ট করিনো হায়বা রাকম অসি নৈনবদা "আধুনিক" নত্রগা "মোডর্ন" করিনো হায়বসিস্তু থানবা লৈতনা পায়খৎকম থোকই। লাই-য়েকপা অমস্যুং মুর্ত্তি শাবগী লমদদি "মোডর্ন" হায়বসি নোংচুপলোমদা লৈবা লৈবাক্তগী, মরু ওইনা, ফ্রান্সতা লৈবা আর্টিষ্টশিংগী পোথোক্তগী ইহান হান্না থোকখিবনি। ইউরোপ্তা "মোডর্ন" পেন্টিং ১৯ শুবা ইংগী লোয়রমদাইদা "ইম্প্রেসন্নিজম" থোক্লকপদগী হৌখি।

কণ্টেম্পোরারি হায়রবদি মমাংদৈগী নত্রগা হৌজিক্কী করিগুম্বা অকক্কবা মতম অমবু খণ্ডনৈ। খুদম ওইনা, ওজা নিংথৌজম ভগ্নসিংহ অমস্যুং রাজকুমার য়ুমজাওসনা মতম অমগী লাই য়েক-পশিংনি নত্রগা কণ্টেম্পোরেরিনি। কণ্টেম্পোরারি হায়রগা

" মোডর্ন " হেক্তা ওইবদি নত্তে। মরমদি, হৌজিক কালদা লৈজ-রবস্থু থায়নগী ওইবা খুৎয়েক, খুৎশাদা অদুম য়েকপা য়াওরি। অদুগা, " মোডর্ন " হায়রগা হৌজিক কালগী পোখোক্কবু কৌবস্থু য়াদে, হৌজিক্কী মোডর্ন খরা লৈরগা মোডর্ন ওইরক্কবস্থু য়াই। কনা-গুম্বা কৃতিক অমনা চহী লিশিং নিক্ফুরোমগী মমাংদা লৈরম্বা মোডর্ন আর্ট হায়নস্থু অদুম মযাওই। অদুবু চাওরাক্লা কণ্টেম্পোররি আর্ট হায়বসি মোডর্ন আর্ট হায়না অদুমক লৌনৈ। অদুনা, কণ্টেম্প্যেরারি আর্ট ওইবা তারবদি করিগুম্বা ক্লালিফিকেশন খরদি শোয়দনা চঙফম থোকই। মদুদি অহানবদা, পেইন্তিংদা নম্রগা মুত্তি শাবদা শিজিন-নরিবা টেক্নিক অমদি স্থাইল অদু ট্রেডিশনেল টেক্নিক নত্তবা করম্বা অনৌবা পাম্বৈ শিজিন্নবগে হায়বা অমা; অদুগা অনিশুবদা শিজিন্ন-রিবা টেক্নিক অদুনা করম্বা মতমগী শক্তম নম্রগা রাখলগী ঈহুল ফোংদোকপগে হায়বা অতোপ্পা রাফম অমা।

তশেংনমক, পেইন্তিংদা অধুনিক্কী খোংথাং হৌখিবা অসি ১৯ শুবা ইংগী অরোইবা তাংকক্তা ইম্প্রেশনিষ্টশিংনা অমম অঙানবু য়ানশিন্নদবা মচুনা য়েকপা হৌখিবা অদুদগীনি হায়নরি। অদুগা ২০ শুবা ইংগী হৌগংলকপদা ক্যুবিষ্টশিংনা ইতিহাসিক্কী রারি য়েকপগী মহুত্তা লাই অমস্থুং মওং খরবু কেনভাস্তা করম হায়না মফম চানা থম্বা, লোয়ননা মতমগী ঈচেলবু মতাং চানা ফোংদোক-পা হৌরকপা অদুদগী অমুক অকনবা ইনোৎ হাপচিল্লি। অস্থুম্বা পেইন্তিংবু থায়নগী একাদেমিক ওইবা খুৎয়েক্তগী নাম্থোক্লকপদগীদি মায়কৈ ফাংনা হৌরক্লিবা পুক্লিংগী অমদি মীওইবা জাতিগী লাঞ্জাও মতুংদা ওইরক্লিবা শাফু কল্লবা ঈহুনশিংবু মনিং মখা তৌনা তিঙ শোক্লা ফোঙদোকপদা আর্টিষ্টশিংনা মরু ওইনা পুক্লিং চঙশিন্নরক্লি। হৌজিক কান্দদি মোডর্ন হায়রগা থায়নগী অমদি চৎনবিগী মায়-য়োক্লা করিগুম্বা অনৌবা রাখল অমা ফোঙদোকপপু লৌনৈ।

পেইন্তিংদা নত্রগা মুর্তি শাবদা হায়রগনা ইম্প্রেশন্নিষ্ট অমদি ক্যুবিষ্ট-শিংনা তৌবগুম রিয়েলিজমগী মায়োক্তা চথবা অসিনি। অদুবু চৎনবিগী মায়োক্তদা লৈরগা মোডর্ন ওই হায়বদি অমুকম্ভু য়াদে। মোডর্ন ওইরগা হেন্না চাওখৎপা অমদি হেন্না খুৎলোয়বগা লোয়-ননা চৎকনি। খুদম ওইনা হায়রবদা, হৌজিক কালগী "জেট স্পীদ এজ" থায়নগী "বুল্লোক কার্ট এজ" গী মায়োক্তনি; অদুবু মায়োক্তা লৈবা অসিনা মানব জাতিগী অমদি সভ্যতাগী কান্নবা হায়-ডমদনা পীরি। মরম অদুনা মোডর্ন ওইবা তারবদি হেন্না চাওখৎপা হায়বা অসিগা থানবা য়াদে। হৌজিক হৌজিকমক চথনরিবা এক্সপরিমেন্টেল ওইবা স্তাইলনা থায়নগী রারিবু য়েকপা অমদি প্রকৃতিবু মান্নবা য়েকপা স্তাইলদগী হেন্না ডাইরেক্ট ওইনা অমস্তুং শাফু কন্ন ফোঙদোকপা ডমই। মোডর্ন আর্টনা কোইনা প্রমান পান্থৈ পীবগী মহুত্তা পুকচেল তিংনা অপাম্বা, অনিংববু ময়েক লানা ফোঙদোকই।

কন্টেম্পোররি নত্রগা মোডর্ন আর্টকী করেক্তরিষ্টিক খরদি অহানবদা, কেনভাসপু মমাংঙৈগী আর্টিষ্টশিংনা থোঙনাওদা উবা দৃশ্য অমগুম উহনবগী মহুত্তা লৈতেম মান্নবা "ফ্লেট" ওইবা লৈমায় অমগুম লৌরী: লৈতেম মান্নবা কেনভাস অদু অচৌ-পিশক নাইবা শরুক কয়া থোক্ত খায়দোকপা; অদুগা, য়েকশিন্দ্রবা অহাওবা শরুক অদুবু য়েক্রবা শরুকুম চপ চাবা মথৌ তৌহনবা: অদুমগুবদা, অমম্বা অমস্তুং অঙানবনা অথাপ্পা অনকপা অমদি পোৎকী অথাববু উৎপগী মহুত্তা কম্পোজিশনগী অরুম্বা অয়াংবগী অমদি চংথোক চংশিনগী মচাক অমা ওইনা শিজিন্নৈ; মরিগুবদা, কেনভাসকী শরুকশিং অদু অনানবা, নান্দবা, চবৌ চবৌ, মক্রুক মক্রুক লাওবা উহন্দুনা লাইটপু তোঙান তোঙানবা ইন্টেসিটিজদা

শক্তম অমা অয়েংবদা ফাওহল্লি (এবস্ট্রেকশন); মডাওবদা, কেনভা-সকী খায়দোক্লবা শরুকশিং অত্তু অমগা অমগা মরি লৈনহল্লগা অপুনবা শক্তম অমা উহনবা; তরুকওবদা, পুক্লিংগী সব কনসিয়স ষ্টেত্তা লৈবা মশেল মরাংবা মং-ওই হা-ওই ত্তৌবা, মডগা তাইবওগী লংদাইদা লৈবা শক্তমবু ফোওদোকপা মওং (সুপর রিয়েলিজম) অত্তুগা মেডিয়ম শীজিন্নবদা অথিংবা লৈত্রবা স্তাইল পেইন্টিং অমসুং স্কল্লচরগী লংদাই নকশিন্নরকপা, অমদি কেনভাস্তা অফংবা চেজেং, নুংকপ, উচেংনচিংবা নপশিন্দুনা কম্পোজিসন শেম্বগী মওং অসিনচিংবা খরা অসিনা কণ্টেম্পোররি আর্টকী টেক্লিকেল অস্পেকনি। অসিগুম্ব মথল মখাগী ওইববা পাম্বেশিং অসিনা মীওইবগী হৌজিক থেংনরিবা পুক্লিংগী অমদি মপানগী ওইবা পুন্সিগী সমস্যাশিং ফোওদোকপবু শন্না কণ্টেম্পোররি আর্ট হায়না কৌবা য়াই।

হৌজিক কণ্টেম্পোররি আর্ট করিনো হায়বসি চাওরাক্না খঙলবনিন মনিপুরদা করম্বা মতমদগী, অমদি করম্বা থাকতা আর্ট অসি লৈরিবগে হায়না গেংবা তত্তায় ফদে। মনিপুরদা আর্ট অসি য়াম্না থেঙনা ২০শুবা চৈংগী অনিশুব তংখায়দগী খর খর উরকখি। হৌগংলকপগী প্রদর্শনি খরদা উংথিবা পেইন্টিং অয়াম্বা নোংচুপলোমগী খুংয়েককী প্রভাব চঙবনা য়াম্মি। অনিশুবা লাপ্পাওগী মতুংদগী মনিপুরীশিংগী পুক্লিংদা, রাংন্দা মোডর্ন এজগী ঈচেল খর খর থেংনরবা ফাওবদা আর্টিষ্টশিংনা ইচং থৌনা মোডর্ন টেক্লিকত ফোওদোকপা ঙমখিদে। মসিগী মরমদি মনিপুরদা পেইন্টিংগী ক্লাসিকেল ট্রেদিশন লৈরক্তবনা হৌজিক কালগী আর্ট-টিষ্টশিংনা রিয়েকসন পীবদা রানা থোকখি। ইউরোপনচিংবা লৈবাক্তদি চহি চা কয়ানা শাগংলবা পেইন্টিংগী অমসুং স্কল্লচরগী

ক্লাসিকেল ট্রেডিশন ময়েক শেংনা আর্ট গেলেরিশিংদা চেকশিন্না থম্বনা ট্রেডিশন অসিগী মায়োক্তা মতমগী হৌরকলিবা য়াওলগা লোয়ননা ওরিজিনেল ওইবা অনৌবা শক্তম অমা শাগৎপদা খোঙজেল য়াঙশিনবা ঙমখি। নোংচুপলোমগী আর্টকী ইতিহাসতা ঐখোয়না রিয়েকশন কাউন্টর রিয়েকশন অমসুং সাইকল ওফ চেঞ্জেস অতৎপা লৈতনা থেংনৈ। অদুবু মনিপুরগী কন্টেম্পোররী আর্টকী মুভমেণ্ট অসি করম্বা মায়কৈদা চৎলিবগে হায়বদু ময়েক শেংনা খঙবা ঙমদে। নোংচুপলোমদা চৎলিবা স্তাইলশিং নৈনরগা ঐখোয়গীসু আধুনিক কলা মরা তানা লৈরে হায়বদি হায়মনবা থোক্কনি। শোক ১৯৬৮ দগী ১৯৭২ ফাওবা ডি কলচরেল ফোরম মনিপুরনা অদুগা ১৯৭২ দগী মনিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা চহিগী ওইবা আর্ট একজিবিসন পাঙথোকপদগীদি ঐখোয়না হৌজিক চৎনরিবা স্তাইল থরদি চাওবাক্না উনরে। অতৈ মফমদা চৎনরিবা স্তাইল কয়ামরুম য়াওরে। অদুবু মরু ওইবদি শীজিন্নরিবা স্তাইল অসি করিগীদমক্তনো, স্তাইলগীদমক্তরা, নত্রগা, করিগুম্বা নুংগী অকনবা ঈথিল অমবু ফোঙদোকনবা তঙায় ফত্রবা পাম্বৈরা হায়বসিনি। পিকাশোনা হায়খিবা— "আর্ট হায়বসিদি তৌশিন্নবনি অদুবু, তৌশিন্নবা অসিনা লেঙত্রবা অচুম্বা অমদি থিন্দুনা তাকই" হায়বসি ঐখোয়গী ফিভম অসিদা নিংশিংবা য়াই। পিক্রবা চীংনা ইকোয় কোয়শিনবা, অচৌবা সহরগী নিন খোংবা তাত্রবা, চাওখৎ-পগী অথুবা খোঙথাংদগী থাপ্পা শোথহৌরবা, ত্রাইবেল কস্তুমদগী থোইনা হোংবা লৈত্রিবা অমদি এনথ্রোপোলোজিকেলগী মায়কৈদগী য়েংলবদা নোংপোকলোমগী শাজৎ, লোনচৎ অমদি শক্তা পুদাদা হেন্না নকশিন্নবা, ঐখোয়গী খুনুং ওইবা, লায়রবা মনিপুরগী 'অচুম্বা' শক্তম, লাইনিং লাইশোল, অপাম্বা করিনো ? করম্বা মায়কৈরোমদা চৎলগা ঐখোয়গী থানবা য়াত্রবা 'অচুম্বা' অসি ময়েক শেংনা

ফংগদগে হায়বসি মনিপুরগী কন্টেম্পোররী আর্টিষ্টশিংনা পুক্নিং অনি লোংদনা থিবা দরকারনি ।

চহি ১৩ রোম শুরবা মনিপুরগী কন্টেম্পোররী আর্ট হৌজিক ফাওবা ফিভম চাদনা লৈরিবসি করিগীনো ? মসিগী মরম খরদি অহানবদা, মণিপুরদদি পেইন্টিং নত্রগা কলচরবু প্রোফেসন অমা ওইনা পায়খৎনবগী মহুত্তা হোবি অমগুম লৌনৈ । মসিগী মরমদি আর্টিষ্ট ওইরগা ঈমুং-মনুং থাকপা ভমদবা,চাবা কোন্নদবা অসিননি । অনিশুবদা, য়াম্না এট্রেক্তিব ওইবা প্রোফেশন অমা নত্তবনা অঙাং-শিংবু মহৈ তমহনবা হৌগংলকপদা ইঞ্জিন্নিয়ারিং মেডিকেল অমদি অতৈ শেল জোম জোম ফঙবা প্রোফেশন্দা চঙহন্নবা অহল লমন্না হোৎনবা। অঙাং ওইরিবৈদগী পুক্নিং চঙলক্তবনা খরা চাওখৎলকলবা মতমদা আর্টপু করিস্সু লৈতবা থবক অমগুম লৌনরকপা । অতুমশুবদা, সরকার অমসুং প্রজাশিংনা আর্ট চাও-খৎনবা হোৎনবদা পুক্নিং থিংজিন্দবা। চহি খুদিংগী চত্থরিবা আর্ট একজিবিশন্দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা একজিবিট ১/৩ লৈবা নত্তনা সরকারনা অমদি প্রজা অমতনা একজিবিট অমত্তা লৈবগী আশা লৈতে। চহী কয়াগী মতুংদা একজিবিট খরতা লৈরিবা অসি ফাওবদা লুপা লিশিং অমকা য়ৌশিল্লক্লবদি মমস য়ামল্লি য়ামন্দে হায়না মুকুম মুকুম শোন্নহুনা মনল তিক্লবগী ফিভমদা অতুম মরৈরি। মরিশুবদা, মতিক চাবা গেলেরি অমদি একজিবিশন হোল লৈতবা অসিনা আর্টিষ্টশিংগী পোত্থোকশিং তোয়না তোয়না উৎপগী খুদোং চাবা ফংদে। তোয়না তোয়না আর্টিষ্টশিংগী পোত্থোকশিং উৎপনা পুন্না অমদি মথং মনাও ওইনা চাং লেপ্পগী খুদোং চাবা ফংগনি। অতুগা, গেলেরিদা মতম পুম্বগী ওইনা উত্তুনা থম্বনা মীয়ামগী আর্টিস্টীক টেষ্ট য়েকখৎপগী

মচাক অমা ওইগনি। মশাশুবদা, মণিপুরদা একজিবিশনগী কৃতিকেল এপ্রেসিয়েশন তৌবিনবা লৈতবা অসিনা মীয়ামগা আর্টিষ্টশিংগগী মরক্তা থাপতোকহনবগী অচৌবা মচাক অমা ওইরি। মণিপুরদা সেন্সিটিভ ওইবা কৃতিককী দরকার লৈরি। হৌজিক ফাওবদা কনাগুম্বনা লাইরিক্ নত্রগ' জর্নেল রিভিয়ু তৌবদা গেটঅব অমস্তুং আর্টিষ্টিক ডিজাইন তৌবগী এপ্রেসিয়েশন তৌবা লৈখিদ্রি। চহী খরগী মমাংদা মণিপুর ষ্টেট ম্যুজিয়মদা মণিপুরগী সাহিত্য পরিষদনা শীন্দুনা বুক একজিবিশন অমা পাংথোকখিবা অদুদা গেট অপ অমস্তুং ডিজাইন ফজবগী প্রাইজ পীখি। অদুবু মথংদা অমুক হন্না পীখিবদি থেংনখিদ্রি। আর্টিষ্ট অমগী পোত্থোক মহাক্না হৌবদ-গীনা হৌজিক ফাওবা পুল্লপ য়েংলগা চাং লেপ্পগী থৌরাং লৈরি। তরুকশুবদা, ওফিসিয়েলশিং অমদি প্রজাশিংনা আর্টকী থবক থৌরমদা পুক্নিং থিংজিনবগী চাং য়াম্না রাংলি। করিগুম্বা থৌরমদা ভাবক খ্বাইদগী মশিং য়ামদনা তিনবা থিবা তারবদি আর্টকা মরী লৈনবা ফঙ্কশন্নি। চাঁক গেন্থ ওইবিগদৌবা ওফিসিয়েলশিংনা ফঙ্কশন হৌগদবা পুং অমা থেঙলবা ফাওবদা লাকপিদন্থনা খুদক্তা হন্না হন্না কৌনবগী অরাবা কোন্নায় থেংনখরে। অস্নুম্না, মণিপুরদা আর্ট অমস্তুং আর্টিষ্টশিংবু থওইবাঁদবগী খুদম থাহনা লৈথোকপ মতম মাঙনবনি।

মণিপুরদা কণ্টেম্পোররি আর্ট করম হায়না চাওখৎকদগে চংয়বগী মরমদা খরদং খন্নবা তঙায় ফদে। অহানবদা, আর্টকী ডিপ্লোমা অমস্তুং ডিগ্রী পোষ্ট গ্রেজুয়েট ফাওবা তম্বা য়ানবা ইন্সটিট্যুত অমা য়াম্না থুনা সরকারনা লিংখৎপা। মথংগী তাঙ্কতা ইন্সটিট্যুত অসি ইউনিভরসিটিগী মখাদা ফেকলটি অমা ওইনা রিসার্চ ডিগ্রী ফাওবগী তক্ষমশং ওইহনবা। হৌজিক লৈরিবা

চহী ৩০ অমুক হিংলকলবা ইম্ফাল আর্ট কলেজ অসি সরকারনা চাওখৎনবা মিৎয়েং খজিক্কংদং চঙবিবদা প্রজাগী অমদি নোর্থ ইষ্টরন রিজনগী ওইনা য়াম্না কান্নগনি। অনিশুবদা, প্রাইমারী এডুকেসনগী থাক্কুগী হায়ার সেকেন্দরী ফাওবা আর্টকী ফাওন্দেশন কোওর্সকী বিষয় অমা ওইনা হাপ্পা য়াম্না দরকারনি। মসিনা আর্ট গ্রেজুয়েটশিংবু থবক পীবদস্তু মতেং য়াম্না পাওগনি। অহুমশুবদা, আর্ট হিসতরি, আর্ট কৃতিসিজম তম্বগীদমক মরি লৈনবা বিভাগশিংনা স্কোলার্শীপ থম্বা কান্নগনি। মরিশুবদা, মরক মরক্তা সরকারনা অচৌবা আর্ট প্রোজেক্ট পায়খত্তুনা আর্টিষ্টশিংবু থবক অমমম পীবিবা দরকারনি। অসিগুম্বা পাক চাওনা পায়খৎপা প্রোজেক্টশিংগী পোথোকশিং সরকারগী লোয়শঙশিং, ডাক বাঙ্গালাশিং, পব্লিক পার্কশিং অমদি স্কুল কলেজশিংদা লৈতেংগী মচাক ওইহনবনা মীয়ামগী আর্টিস্টীক চেষ্ট য়োকখৎপদা মতেং পাংগনি। মসিনা থায়নগী 'কনেসপ ওফ বিউটি' গা হৌজিক্কীগা খেন্নবস্তু লায়না খঙহনবা ঙমগনি। মঙাশুবদা, আর্টিষ্টশিংদা অথোইবা পোথোক পুথোকপগীদমক চাওর চারবা ফমথোন পীবগী মথক্তা শেলগী মনাস্তু মতিক চানা পীরবদি আর্টিষ্ট অহুনা থবক মখাশুথবদা হেন্না মতেং পাংগনি। শেল ফংদব, ফমথোন অমস্তুং মিচৎনা থবক শুবদা মথোই কাখিজ্জনা তলহনবগী মচাক ওইরকপা য়াই। অরোয়বদা, অচৌ অচৌবা পার্টিদা, ফঙ্কশন্দা, জুবার শান্নবদা থাদরিবা শেলশিং অসি য়ারিবমখৈ ককথজ্জনা আর্টিস্টীকেল্লি প্রোদক্তিব ওইবা মওংদা শীজিন্নরবদি শোয়দনা মণিপুরগী শোখহৌরবা আর্টকী অবস্থা অসি থরগী মখৈদি ফগৎহনবা ঙমগনি।

রাইহৈ খরদং অসি ঐনা মীয়ামদা হঙ্গৎচরগা লোইশিল্লকপদা হায়রজনিংবদি মণিপুরদা আর্টিস্টীক টেলেন্ট রাত্তে, তোপ

তোপ্পা মচাকস্থু লৈরি, য়োকখৎপীবা রাৎপদগী, মপানগী ঈচেলদা শম্লবা থীনবদগী ফিভম অম্মুক শোকথখিবনি। ঐনা খরদং নিং শিংজখ্রিবা অরাৎপশিং অসি সরকার অমদি মরি লৈনবা বিভাগ-শিংনা মেনখৎপীরবদি মণিপুরগীস্থু জাতিগী অমদি অণ্টর-জাতিগী থাক য়ৌরবা আর্টিষ্ট কয়া থোকলকখিগনি। মণিপুরগী আর্ট মতম কুইনা হিংবা ওইসনু□

## মণিপুরদা কন্টেম্পোরেরি আর্ট লৈবা য়াব্রা ?

—গুরুময়ুম ব্রজমনি শর্মা

**আর্টকী শমলপ্পা অমতং :**

আর্ট হায়বসি মীওইবগী পুন্সিদা চঙদবা য়াত্রবা থ্বাইদগী মরু-ওইবা গুণশিংগী মনুংদা অমনি । আর্টতি প্রকৃতি নত্তে । আর্টতি মীনা শেম্বনি । আর্ট অমসুং প্রকৃতিদি মতম লৈবা থিবিক্রা ওন্ন-তৈনবা মাইকৈদা লৈগনি । খুদম ওইনা হায়রবদা হেনবি মাতিসনা (১৮৬৯-১৯৫৪) য়েকপা নুপীগী শক্তম অমা কনাগুম্বা নুপী অমনা চঙলক্লগা মাগী কাদা লৈরিবা অয়েকপা শক্তম অদুবু য়েংলগা অসুম্না হায়খিবা রাক্ষম লৈ, মহুদি—"য়েক্লিবা নুপী অসিগুম্বা ঐহাক্না কৈদৌঙৈদসু উবা ফংখিদ্রি" রাহৈ অদু তাবদা মানা খুমখিরম্মী—"ইবেম্মা মসি অহিংবা নুপী অমা নত্তে । গুকনগী অয়েকপা পোৎনি, নুপীনা নুপী ওইনা উগনি । অদুগা অয়েকপা পোৎনা অয়েকপা ওইনা উগনি । অমরোমদা হায়রগা হৈরে হায়রিবা বৈজ্ঞানিক অমনা ঙসি ফাওবদা অহিংবা লৈ অমতা শাৎবা উখিদ্রি" ।

অমরোমদা আর্টতি মীনা শেম্লগা প্রকৃতিদা অদুক্কী মতিক নকশিন্নবা হোৎনবনা আর্টকী মরু ওইবা উদেশ্যনি । ঐখোয়না

পৃথিবীদা লৈরিবা পোৎশক কয়ামুকপু য়েংলুরগা পুক্নিংদা য়েক্লিংবগী রাখল অমা পোক্তবা ঙমদে। তৌইগুম্বস্তুং শিনফম অহুবু পাং-থোক্লবগী রাফমদি চিত্রকলাগী হিরমদা খঙবা অমস্তুং খঙদবা অসিদা লৈরে।

মরম অসিনা মতাং অসিদা লাইয়েকপা মীওইশিং অসি ফো-টো নম্বা মীগী কেমেরা (হুইমেন কেমেরা) অমা ওইরে। মতৌ অস্তুম তৌনা আর্টিষ্টশিংগী থম্মোয়নুংদা ফাওরক্লিবা তোঙান তো-ঙানবা রাখলশিংস্তু খেন্ন-খেন্ননা মীপুম খুদিংমক্কী থম্মোয়নুংদা অচুম্বা মমি অমা উহন্ননবগী মরু ওইবা থৌদাংনা অয়েকপা লাই খুদিংমক্তা রস য়াওনা য়েক্লবা হোৎনবনি।

মীৎয়েং অমদা, চীনা কোরনা পনশাবা মণিপুর সনা লৈবাক কলা অমস্তুং সংস্কৃতিগী মচাক রাত্তনা লৈবা ইরৈপাকনি। ঐখোয়-না থিক ভুমজিল্লদুবনা ঙসি ফাওবদা ইরৈপাক ইমাগী শুমহৎনিং-ঙাই ওইরবা শক্তম পুথোক্লবা হোৎনবদা লায়রা কাঙলুপ ওইবনা নিংহন্নহুনা লৈবনি। রাখলদি লেপ্পা লৈতরি।

ফুট লিশিং তরেৎ রাংবা লোইবী চীংদোলদা লৈশাৎ তম্লিবী পৃথিবী ফাওনা খঙলবী শীঙেল লৈরাং "শিরোই লিলি" চিত্রকার-শিংগী থম্মোয়না লৈরাং মাবু শকখং মাইখঙনিংবগী ইথৌলাংদবা নত্তে। ফোটোনা অমদি চেদা য়েকপা উবনা আর্টিষ্ট ঐখোয়গী পেন্নফম ওইদে। তশেংনা পোৎশক অহুতবু য়েংলগা মহুদগী পোক-লকপা নোলেজ ওবদি সেলফ অমরোমদা হায়রগা প্রকাশা (সেন্স ওব রাইট) রাখল চেল্লকপগা লোয়ননা বসগী ইহৌ অমা ফাওরকপা ঙাক্তনি।

মতাং অসিদা মহাকবি কালিদাসকী মোৎ মতুং ইন্না "দি লোজ ওব বিউটি ইজ কমিং ফ্রোম নেচর। দি বিউটি ইজ নোট

ডিপেন্দেন্ট ওন এনি ফোরম ওব ওর্নামেন্টেসন" হায়বা রাফম অমা লৈ।

অমরোমদা মণিপুর সনা লৈবাক প্রকৃতিগী পুক্লিং হুরবা মথল মথেলগী দৃশ্য কয়ানা থল্লবা লমদম অসিদা পোকখিরম্বা মীরোল কয়ানা কণ্টেম্পোরেরি আর্টকী কংবা নাইত্রবা ঈচেল অমা ওসি ফাওবদা তত্তনা চেনথহন্দুনা লৈরক্লি। অঙনবদা পোকখিরম্বা চিত্রকার কয়ামুকসু লৈরমখিগনি খল্লে।

আর্টকী মায়কৈদা মপুংফানা জ্ঞান ফংজত্রিবা ঐহাক্না তাজবদদি লৈখিদ্রবা ওঝা ভদ্র সিংহ অমদি ওঝা য়ুমজাওসনা অনিগী মমাংদা পাল্লম্বা হোংনেম লুরাং নিংথৌ পুন্সিবগী মতমদগী হৌনা মণিপুরদা, য়েকপ-খোৎপগী থবক অমদি শাবা হকপগী হিরমদা চহান হাল্লা খুমাং চাওশিল্লা থবক পায়খৎলম্বা মীওইদি লুরাং মনাও শিলহৈবনি হায়নরম্মী। রাফম অসি হিচিং হিরাও কৌবা পুয়াগী রারিদগীনি হায়নৈ। মসিগী মতুংদা শকখঙনরকপা কলাকারশিংনা নিংথৌজম ভদ্র সিংহ অমসুং রাজকুমার য়ুমজাওসনা অনিনা মরুওইবনি। ওঝাশিং অসিনা চিত্রকলাগী মায়কৈদা পাম্বোম তিংনা লমজিং মৈরা পায়দুনা তুংদা লাকদবা মীরোল ফাওবগী ওইনা লময়ানবগী কৈরাক থাদুনা থম্বীরম্মী।

বৃটিশ মতমদগী লৈরম্লবা চৈরাপ অমসুং পঞ্চায় হায়না খঙনবা বিচার লোয়শং অসিগী মসুংদা ফম্লাংশিংদা ভদ্র সিংনা (১৮৬১-১৯২৭) ফম্লাংদা য়েক্লম্বা লাই কয়ামুক উবা ফংজৈ। অসিগুম্লবা মমল য়াম্লবা অয়েকপা লাইশিং অসিগী মরমদা পাওদমজগদোয়রিবা অসি মরু ওইনা ঐবু তম্বীরকপা ওঝা গুরুশিংগী

কৃপাদগী ফংলকপা চিত্রকলা বিজ্ঞাগী নিয়ম মতুংইন্না পাওদমজগ-দৌরিবনি।

অহানবা ওইনা নোংপোক থংবদা লৈরিবা চৈরাপ লোয়শংগী ফক্লাং অকোয়বদা য়েক্লবা লাই ৩২ বু উরুরগা লৈখিব্রবা ওঝা ভদ্রগী গুনবু হন্না হন্না থাগৎতবা ওমজদে। য়েক্লিবা লাইশিংগী মনুংদা নোংবান লাইকন্নবগী অয়েকপা অদুবু য়েংলুরগা অয়েংবা মীপুম খুদিংমক্কী থম্মোয়দা নোংবানগী শিবা অমদি হিংবগী মীপাইবা রাখল অদু পোকহল্লি। যুবরাজনা মনাক্তা চিন্তা তৌদুনা লৈবা, কবুই শলাং মাইবনা নোংবানগী মথবাক্তা নপশিন্দুনা মশামক সোর হোন্দবমখৈ মীহুলগী কাংলোন য়েংদুনা লৈবগী এক্টিং অমহিকস্নুং অপুনবগী ওইবা ভিজুয়েল হার্মোনি অমা পুরক্রবা হোৎ-নবা, ইমোশনেল ফিল্লিং য়াওবা অমা ওইহনবগা লোয়ননা তরসি-য়ারি মচু শিজিন্নবগী হৈশিংবা ওঝাগী অঙকপা গুন্নি।

থোইবীনা ইপু তম্পায়ু হঞ্জবগী য়ানুং য়েৌনবা ক্না লানবগী মতাংদা হুইমেন এনাটোমিগী শরুক থরদং নুংঙাইতবা থেংনৈ। শন্না হায়রবদা থোইবীগী য়েৎথংবা ক্না পায়রিবা খুৎ অদু অদুক্কী মতিক শাংখ্রে। ঐহাক্না অসুম খনথবদদি ওঝা ভদ্রমক থোইবীগী মীচংদা লৈরগা লাম্বা ফংলরোইদবা হঞ্জবগী য়ানুংদা থুনমক য়োৌ-খিনবা য়েকপ্রা হায়না খনথদবা ওমদে। অয়েকপা মাই অদুদা এরিয়েল পর্স্পে্টিবকী নিয়ম উবা ফংদে।

খপ্পা অমসুং নোংবান পুন্না কৈ ক্ষামিন্নবগী মতাংদা এনাটো-মিগী শরুক্তা হায়রগা ফোর্সোর্টনিংগী নিয়ম থন্না শোন্না উবা ফংই। পিকচর কম্পোজিশন য়েংবদা থরা নুঙাইতবা পোকই, দাইমেনশন ফংদে।

কাও ফাবগী অয়েকপদা য়াওরিবা ফিগরশিং শিলহোন্টেৎ ফোরমদা উৎনবা হোৎনৈ। কাও ফাবগী মওং ড্রামাতাইজগী মওংদা ক্কাবা ওইনা উহল্লি। শম্না হায়রবদা একশন য়াওনা ফাবগী মওংদা উবাফংদে। কাওগী মীৎয়েংনা তাকপদি, খম্বু কাওনা য়াম্না নিংথিনা মশক খঙই হায়বগী ভাব ফোংদোকই। স্পেস রিলেশনসিপ উবা ফংদে। লিনিয়ার ক্কালিতি ইন ফোরম হায়বা অসিনা মরু ওইনা লাইয়েকপদা শীজিন্নৈ। লাই অমা য়েকপদা চংদবা গোলদন সেকসন পুথোক্লবা হোৎনদবদি নত্তে। দেশ অবতারগী লাই খুয়েক য়েংবদা য়াম্না নুংঙাইবা পোকই। স্পেস রিলেশনসিপকী মতাংদা খরা ৱাৎনা উবা ফংই। কলর শীজিন্নবদা ফ্লেট তোনেল ইফেকলোমদা পুররুবা হোৎবগা লোয়নননা খোল লাইনগা শীজিন্নহুনা লাইশিং অদু য়াম্না মতম চংহন্দনা লোইশিন্নবা হোৎনবগী উবা ফংই। মরু ওইনা ওজা ভদ্রগী অয়েকপা লাই খুদি মক্তা মোদস ওব লাইন অমসুং ফ্লেট তোনগী মওংদা য়েকপনা অয়াম্বা থেংনৈ। মতাং অসিদা পনবা য়াবা অমনা নোংপোকলোমগী লৈবাকশিং মরুওইনা চিনা, জপাননচিংবা অতোপ্পা লৈবাকশিংদা লৈরিবা আর্টিষ্টশিংনা লাইন শিজিন্নবগী হৈশিংবা কয়া উৎনবা হোৎনবগুম ওজাগীসু হোৎনদবা নত্তে।

অমরোমদা চিনা অমদি জপানগী লাই খুয়েক্তা ভোল্যুম অমসুং পর্স্পেক্টিব পুথোকনবা হোৎনবদা লাইনগী মতংনা পুথোক্লবা হোৎনবগুম ওজাগী অয়েকপা লাইশিংদসু মমি তাবা উবা ফংই। মপান লমগী আর্টিষ্টশিংনা শীজিন্নবা নিয়ম কয়া ওজাগী অয়েকপা লাইশিংদা মরু ওইনা একচুয়েল দিগ্রি ওব লাইটনেস ইন রিলেশন টু দি চিফ লাইট ইন দি পিকচর হায়বগী মরমদা ওজানা য়াম্না চেকশিন্না পুররুবা হোৎনবা ফংই। যমগী

ছুতশিংনা মীওইববু দগ্তি পীবগী আর্ট এক্তিং য়ান্না এক্সপ্রেসিব ওইবা মওংদা য়েক্লবা হোৎনৈ।

সরস্বতি য়েকপগী ষ্টাইল মরু ওইনা ওরিয়েন্টেল ষ্টাইলদা য়েক্লবা হোৎনৈ।

পঞ্চায় ল্যোয়শংগী ফক্লাং অকোয়বদা য়েক্লিবা অপুনবা লাই ২১ য়েংবদা নুঙাইবা পোকই। ফক্লাং অসিগী লাইশিংদি শ্রীকৃষ্ণগী রারিনা অয়াম্বনি। ওজানা মতাং অসিদদি খন্না পৌ-রপ্পা, শম্লপ্পা, থুনা লোয়নবা মওংদা য়েকপগুম তৌই। য়েক্লম্লিবা লাইশিং অদুগী মনুংদা কমপোজিশন চুম্না য়েকপা লাইদি শ্রীকৃষ্ণনা শামু হাৎপগী মওং অদুনি।

শ্রীকৃষ্ণবু গোকুলদা থৈবগী মতাংদা স্পেস থম্বগী নিয়ম খরা রাংনা উই। ফিগর অয়াম্বা ফ্লেট কলর পারপ তৌবা মচুনা শেদিং পিরগা বোল্ড লাইনগী মতেংনা লাইশিং অদু থুনা য়েক-শিন্নবা হোৎনবগী মওং উবা ফংই।

ওজা ভদ্রনা কেন্‌ভাসতা য়েক্লম্বা লাইশিংগী মরমদা লোই কাবা (১৯০৩)। ওজা ভদ্রনা য়েকপিরম্বা লোয়কাবগী লাই খুৎ-য়েক মোগলশিংগী খুৎয়েক্কা য়ান্না নকশিন্নবা উবা ফংই। অয়েকপা লাই অসিগী ফোকেল পোইন্ট শীজিন্নবদা মরু ওইনা ড্রামাগী ষ্টেজদা তোঙানবা লাইট এরেঞ্জমেণ্টগী মতেংনা উহননিংলিবা পোৎশকতুবু শেংনা উহন্নবগী মওংদা হোৎনৈ। পিকচরগী বেক-গ্রাউন্দা লৈরিবা চীংশাং অমদি স্কাই স্তদিগী মতাংদা লৈচিননচিংবা ড্রামাগী স্তেজদা উৎনবা শিনগী ভাব ফোংদোকই। অয়েংবা মীশিংগী মপুক্কিংদা থোক্লিবা থোদোক অদুগা মরি লৈনহনবগী ইমোসনেল ফিলিং অমা পুরক্লবা হোৎনৈ। কলর কন্ট্রাষ্ট অমদি কলর হার্মোনি য়ান্না নিংথিনা থম্লবা হোৎনৈ।

রাধা কৃষ্ণগী (১৯০০) লাই খুৎয়েক্না স্থুয়ার ফ্রেমগী মনুংদা য়েক্লিবা ওবজেক্টশিং অতুগী এরেঞ্জমেন্টনা স্থুয়ারগী ভাব ফাওনহন্নবা হোৎনবনি। অমরোমদা অয়েংবা মীশিংগী মমিত্তা ভর্টিকেলগী ওইবা মীৎয়েংদা চিংশিন্নবা, ওজা ভদ্রগী অঙকপা পিকচর কম্পো-জিশননি। হায়রিবা পিকচর অসিদা শিমিট্রিকেল ফোরমদি লৈহল্লগা অয়েংবা মীশিংগী মমিত্তা মোনোতোনস ফিল্লিংবু লৈহন্দনবা হোৎনবা ওজা ভদ্রাগী খ্বাইদগী রাংবা গুণনি হায়দবা ঙমদে। পিকচর অসিদা ওজাগী য়াম্না হৈশিংবা লাইন চিংবগী ভাব অমদি দিজাইন কয়াগী ফজবা মওং উবা ফংই। লাই খুৎয়েক্না কাংগ্রা পেইন্টিংগী স্তাইল হায়রপ মানবগী থাক্তা হোৎনৈ। পিকচর অসিদা লিনিয়ার পর্স্পেক্তিবকী মমি খরা তাবা উবা ফংই। গৌরলীলাগী (১৮৯৫) লাই খুয়েক মোগলশিংগী খুয়েক্না য়াম্না নক্না লৈবগুম উবা ফংই। কলরনা মোনোক্রোমগী মওংদা শীজিন্নবা উবা ফংই।

শোক ১৯০৩ দা ওজানা কেনভাসতা য়েক্লবা থব্বা নোংবান অনিনা কৈ ফাবদা য়াম্না চেকশিন্না য়েকপা খুৎয়েক্নি। মীওইবগী এনাটোমী চুম্না য়েকপগা লোয়নন‌া ফোর্সটিনিংগী আইদিয়া অমদি কলর মিকসিংসিংগী মতাংদা য়াম্না থওনা শীজিন্নবা উবা ফংই। হোরাইজন্টেল লাইন মফম থওনা উৎপা অমদি কলরগী আই-দেন্টিটি পুন্নরুবা হোৎনবদা থরা রাৎলবস্থ এরিয়েল পর্স্পেটিবকী মমি তাবদি উবা ফংলে। পোৎশকশিংগী ভোল্যুম য়াওনা য়েকপা উবা ফংলে। লাই অসিদা তুরি শীজিন্নবগী হৈশিংবা উবা ফংলে।

কাও ফাবা (১৯০৩)—কাও ফাবগী পিকচরদগী কম্পোজিশন য়াম্না নিংথিনা উবা ফংই। হোরাইজন লাইন মফম থওনা থব্বা, কলর কন্ট্রাষ্ট; স্পেস রিলেশনসিপ, সোর্স ওব ভিজুয়েল ইফেক্ট,

মোদ ওব রিলিফ হায়রিবা লাইয়েকপদা চংগদবা নিয়মশিং অসিগী মখা পোল্লা য়েক্লবা হোৎনরম্মী হায়বসি ওজা ভদ্রগী অয়েকপা পিকচরনা প্রমান ওইরি।

কাওগী ফেসিয়েল এক্সপ্রেসন্না তাকপদি খম্বব্ কাওনা য়াম্না চান্না তৌবগী ভাব ফোংদোকই। মতাং অসিদা মার্ক চাগালগী (রুশিয়ান পেন্টর) "আই এন্দ মাই ভিলেজ" (১৯১১) হায়বা সরিয়েলিজমগী পিকচর অদুদা য়াওবা মরু ওইবা বিষয়না মেন এন্দ কাও অনীগী মরক্তা লৈনবা সিম্পেথিগী এক্সপ্রেসনব্ নিংশিংদবা ওমদে।

১৯ শুবা শতাব্দীগী লোইশিনলমদাইগী মতমদা কন্টেম্পো-রেরি আর্টিষ্ট ওইনা লৈরম্বা রাজকুমার য়ুমজাওসনা, শ্রীযুৎ মহারাজ চুড়াচান্দ সিংহগী সনা হাক্তক্তা লৈরম্বা মমিং লৈরবা চিত্রকারনি। ওজানা য়েকপিরম্বা "জিলা দারকার" (১৯২৯) পনবা য়াই, পিকচর অসিগী কম্পোজিসনদা মরু ওইনা অর্টিকেল অমদি হোরাইজন্টেল ওইবা মওংদা পুরক্লবা হোৎনবগা লোয়নননা পিরামিদ ফোরম ওব কম্পোজিশনগী মওং শীজিন্নরম্বা উবদা ওজাব্ থাগত্তবা ওমদে। ওজাগী অয়েকপা লাইদা তেনসন লৈনা য়েকপা উবা ফংই। রারম এন্দ কুল কলর শীজিন্নবদা নিয়ম চুম্না উৎপা অমদি পর্স্পেক্তিব নিয়মগী মখাদা লাই য়েক্লবা হোৎনবা ওজাগী অঙকপা গুণ থাগৎ-তবা ওমদে। নিংথৌগী ওইথংবা নাকল, চেকপলগীদি মথক্তা ব্লু কলর মচেৎ অমনা কলরগী বেলেন্স অমা থম্লবা হোৎনরম্বা ওজাগী তোপ তোপ্পা গুণ অমা লৈ হায়বসি অয়েকপা লাই অদুদগী য়াম্না লাইনা খঙবা ওম্মী।

ডিবা রাস (১২৭) ওঝানা য়েকপীরম্বা ডিবা রাস য়েংবদা পুক্নিং নুংঙাইহল্লি। লৈরিবা পেপাশিং উবদা য়াম্না নুংশিবা,

শকক্কম, মপুকচেল য়াম্না চম্বা মাইথোং ভাক্তা ওইনা উহল্লি। গোপীশিংগী মাইথোংনা তাকপদি করিস্সু খঙজদবা য়াম্না পঙজবা ঐখোয়গী ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণনা লোইয়ে হায়বগী মতাঙম হরাও হরাওনা জগোয় শাবগী ভাব ফোঙদোকই। ব্রাইট কলরগী ওই বা মচুনা পিকচর অদুগী অপুনবা হারমোনি অমা পুরক্লবা ওজানা হোৎনবিরম্মী। ব্রাইট রেডিএণ্ট ওর লাইট পুরক্লবা ওঝানা হোৎনৈ অদুগা অনকপদা লৈরিবা চীংঙ্গুম য়েকপদা ফ্লেট ব্রসকী ষ্ট্রোক খর পীনবা হোৎনরম্বা উবদা ওঝাগী তোপ তোপ্পা মশাগী ওইবা স্টাইল অমদা পুরক্লবা হোৎনরম্মী। কলর শীজিন্নবা মতমদা ফুল তেনন্সিটি লৈহন্নবা হোৎনবগা লোয়নন্না ইমোসনেল ফিলিং ফাওহন্নবা হোৎনৈ। য়েক্লিবা পিকচর অদুগী থিমগা চান্নবা মচু অমা পুরক্লবা হোংনৈ অমসুং অয়েংবা মীশিংদা মুংঙাইবা ভিজুয়েল ইফেক্ট অমা পীনবা হোৎনৈ।

থুপথ্রবা ওঝা অসিগী মতমদা লৈরম্বা মপান লৈবাকশিংগী কন্টেম্পোররি আর্টকী মরমদা খরদংঃ- নোংপোক লমগী ওইনা ১৯ শুবা শতাব্দীগী অদুরাইদা জপান্দা য়ুরোপীয়ান সিভিলাইজেসনগী মমি তারম্মী। মতমগী মতুং ইন্না জপান ইন্দিয়াগী কলচরনা ইনফ্লুয়েন্স তৌবা হৌরকখিরম্মী। লোয়নন্না জপানগী মশাগী ওইবা ট্রেদিসনেল আর্টতা মরু ওইনা উৎনবা হোৎনরম্মী। মতম অদুরাইদা জপান্দা ডোকুমেণ্টরী স্কুল লৈরক্লে অমসুং পোলিটিকেল অমসুং সোসিয়েলগী মাইগৈদা আর্টকী ওইবা মমি তাবা হৌরম্মী। ফুজিরারা পেরিওদকী মতমদা আর্টকী মায়গৈদা য়াম্না থোগৎপীরম্মী। মতম অদুদা স্ক্রোল পেইন্টিংগী মতেংনা মীওইবগী মপুং ফারবা ফিরেপশিং উৎথোক্লম্মী। জপানিজ করেক্তর উৎনবা হোৎনবগা লোয়নন্না ফিগরেটিব পেইন্টিং চৎথরম্মী। মতম অসিদা

চাইনিজ পেইন্টিংদা লেনস্কেপ য়েকপরোমদা চথরম্মী। জপানিজ-শিংনা মরু ওইনা ফোরম অসি য়াম্না তাংনা উৎনবা হোৎনরম্মী। কলরনা সবস্ত্যদ ওইনা তৌরম্মী। টোনেল ভেরাইটিজনা য়াম্না ব্রাইট ওইবা মওংদা চথরম্মী। লাইটকী করেক্সননচিংবা অহুক্কী মতিক ভিভিদলি উৎনবা হোৎনরম্মী। অদুগা অমরোমদা চাইনিজ-গী আর্টনা মরু ওইবা তোনেল ইফেক্ট উৎনবা হোৎনরম্মী।

২০ শুবা শতাব্দীগী হৌগৎলকপা তংখাই চল্লকপদা পৃথিবীদা ফ্রেন্‌চকী আর্টনা ইনফ্লুয়েনস তৌবা হৌরক্লম্মী। অনিশুবা পৃথিবী-গী লাঙ্গাউগী মতুংদা অঙকপা ফংনা এবষ্ট্রেক্ট আর্ট তা বেজ তৌরগা জপানদা রেষ্টর্ন স্কুল ওফ ওইল পেইন্টিং হায়বা অসিনা মরু ওইনা চথরম্মী। অতোপ্পা অমনা ট্রেডিসনেল জপানিজ আর্টকী নিয়মদা চথরকপা হৌরম্মী। মতৌ অসুম তৌনা ২০ শুবা চহিচাগী ময়াই ওইরকপদা য়ুউরোপীয়ান অমদি জপানগী মরক্তা লৈবা আর্টকী ঈচেল অমা হোৎলম্মী। অদুগুম্বা আর্ট অদুবু এন্টি-আর্ট-মোভমেন্ট হায়না খংনরম্মী। আর্ট অসিনা পুরক্লিবা রেভনা পোপ আর্ট, নিউ এক্সপ্রেসন অমসুং প্লাষ্টিক আর্টস অসিনচিংবনা মরু ওইবা ইন্টর-নেসনেলগী অরাংবা থাক্কী চৎনবী আর্ট ওইরম্মী।

নিংথৌজম ভদ্র সিং অমদি রাজকুমার য়ুমজাওসনা অনীনা হিংলিঙৈ মতমদা পৃথিবীগী ওইনা লৈরম্বা আর্টিষ্টশিংদি - ক্লাউদ মোনেট, ভান গোগ, (১৮৪৩-১৯৯০), স্যুরেট (১৮৫৯-৯১), দুচেম্প মারসেল (১৮৮৭), রেনোইর (১৮৪১-১৯১৯) পাউল সিজেন অসিনচিংবনি।

মোডর্ন আর্ট মোভমেন্টতা চথরম্বা আর্টিষ্টশিংদি কানদিনস্কী ব্রানকেস্থু, মোনড্রিয়ান, ক্লী, মিরো, পিকাশো, পোলোক, দে

কুনিংনা মরু ওইবনি। মোডর্ন আর্ট মোভমেণ্টতা চথরম্বা পেইন্টিংগী মখলনা ইম্প্রেসনিজম, পোস্ত ইম্প্রেসনিজম, নিউ ইম্প্রেসনিজম, ফাউবিজম, ক্যুবিজম একস্প্রেসনিজম, দাদাইজম, সরিয়েলিজম, এবষ্ট্রেক্ট আর্ট, পোপ আর্ট, তাকিজম অমসুং ফিউচেরিজম অসিনা মরুওইবনি। মতম অসিরাইদা মণিপুরদা লৈরিবা আর্টকী ইচেলদি শতাব্দীনা খরা চঙশিল্লকপা মতমদা ওঝা ভত্র অমদি ওঝা যুমজাউসনা সিংহনা সংসারদগী বিদায় লৌখ্রবা মতুংদগীদি মণিপুরদা মথংগী ওইবা কণ্টেম্পোররী আর্টকী চথরম্বা মীওইশিংদি লৈখিদ্রবা ওজা অনিগী সেবক সখা কয়ানা আর্টকী হিরমদা তম্বনা চথরক্লি। মসিগী মথংদা লৈহৌবা সেবকশিং অদুগী ঙমথং সেবক, হঞ্জবম শ্যামে শর্মা, মংসিদম কালাচাঁদ সিংহগী অচনবা সেবক্না ঙসি মণিপুরদা ইংশোক ১৯৪৯ দা লিংথংখিবা আর্ট স্কুল হৌজিক্না ইম্ফাল আর্ট কলেজ হায়না খঙনবা সংস্থান অসিদগী ছাত্র ছাত্রী কয়ানা আর্টকী বিদ্যা অমত্তনা মহৈ চান্নবা য়াওখ্রে। লৈখিদ্রবা ওজা অসিনা মপুন্সি চুপ্প চিত্রকলাগী লমদা মথরাই কাখোকখ্রবনি। অসিগুম্বা পুকচেল চাওরবা মণিপুব ইরৈবাক্কী লেমজনিঙাই ওইরবা ওজানা মমুং মতম চাদনা থুপখিবা, মণিপুরগী ওইবা চিত্রকলাগী মায়কৈদা অমাংবনি হায়না খল্লে।

শোক ১৯৬৮ দা মণিপুরগী অহল্লোন অমদি নহারোল অপুনবগী কণ্টেমপোররি আর্টকী ঈচেল অমা পুরক্লবা হোৎনখিবদি দি কলচরেল ফোরমনা শিল্লাংহুনা আর্ট একজিবিসন কয়া পাংথোকখিবনা মরু ওইবা লমজিংবনি। শোক ১৯৭২ দগী মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা শিন্দুনা মণিপুরদা মণিপুর ষ্টেট আর্ট একজিবিশন কয়ারক পাংথোকখিরম্বা অসিনা মরম ওইদুনা অমদি মপান

লমদগী তফাওবা আর্টিষ্ট কয়া কৌথোকপীদুনা পৃথিবীগী চৎলিবা আর্টকী ঈচেলবু মরিক চুম্না খঙহল্লবগীদমক্তা মণিপুরগী নোনা হোৌগৎলক্লিবা নহারোলশিংগীদমক্তা অকনবা থবক কয়া লেপ্পা লৈতনা চথবিরি। স্কোলারসিপ অমদি ফেলোসিপ পীদুনা মপান লমদা নহারোল আর্ট তম্লিবা কয়াগী মতেঙ পীবিরম্মী। অমুক্কা হেন্না লাইবক ফবনা মণিপুরদা আর্ট এন্দ কলাচরগী বিভাগ অমা লৈরকপা অসিনা আর্টকী মায়কৈদা থুনা খুমাং চাওশিন্নবগীদমক্তা অকনবা থবক পায়খৎপীরক্কনি হায়না আশা থমজরি। অমরোমদা মণিপুরগী স্কুল কয়াদা হোৌরক্লিবা ছাত্র-ছাত্রী কয়াগী আর্ট তম্বী-নবগীদমক্তা ওরিয়েনটেসন কোর্সকী ওইবা ট্রেনিং কয়াসু লৌখৎ পিরক্কনি হায়না আশা তৌজে।

# মণিপুরদা কন্টেম্পোরেরি আর্ট—
# মসিগী ফিভম অমসুং শৌগৎপীবা

—এলঃ শাম্বু সিংহ

ঙসি ঐখোয়না পাঙথোক্লিবা সেমিনার অসিমক হৌজিক হৌজিক্কী য়েক খোংপা অমদি শাবনচিংবগী মরমদদি য়াম্না মরু ওইবা বিষয় অমনি। হিরম অসিগী মাংওইননা আর্টকী মতাংদা মণিপুর অমদি মপান লৈবাক্কী ফিভম, মতুংগী ইহৌ ঐখোয় পুন্নমনা খঙকম থোকপনি। আর্ট অসিমক অখঃ অহৈশিংগী মত মতুংইন্না শরুক অনিথোক্না খায়দোকপা য়াই— (১) পার-ফোর্মিং (২) নন-ফোর্মিং। পারফোর্মিং আর্ট-দান্স, ড্রামা, অমসুং ম্যুজিক অদুগা নন-পার-ফোর্মিং আর্ট-কলচর, পেইন্টিং অমসুং আবকিটেকচরনি।

ঐখোয়গী ভারত লৈবাক্কী আর্টকী ফিভম অসি তংশংবদি এশিয়ান আর্টকী শন্দোরকপা মশা মরেংনি মতুংগী খুদমদি মক্তেন-জোদারো, হারাপ্পনি। মমৈথংদদি ইন্দিয়ান আর্ট লোমদা ওনশিন-খ্রবনি হায়বা য়াই। অমরোমদা কালাগী মগুন লৈরবা শক্তিনা মমাংগী যুগতগী হৌজিকফাওবদা মীওইবা ঐখোয়গী চৎনলোনবু উৎলি। খুংগী মমাং চহি ৩০০ অতুরাইদা মৌরয়ান কোর্টকী

লাইগী শক্তমশিং খুঃ মমাং চহি ১৫০ দগীনা মতুং চহি ৫০ ফাওবগী মমাংদা শারম্বা বুধদেবগী মুর্ত্তিনচিংবা লাইশিং অতুগা খুঃ শিরবা চহি ৫০ দগী ১৫০, লোয়নন্না চহি ৩৫০ দগী ৬০০ ফাওবদা লৈ-রম্বা মথুরা, আম্রাবতি বিত্থাগিরি অমহিকস্নুং জগৎনা ওক্লরবা অজন্তাগী লাইশিং কলাগী অওকপা শক্তমশিংনি। ১৮ শুবা সেন-চিউ-রি হৌরকপদগীনা তংখাই চল্লকপা ফাওবগী মনুংদা রবি-বর্ম্মানা য়েকলকপা লাইশিং অতু উরুরবদি য়েকপা খোংপগী অনৌবা খোংথাং অমা থাংজিল্লক্লি খংবিগনি। অনৌবা খোংথাং অসি হৌরকপদা লৈরম্বা আর্টিষ্টশিং অতুগী মনুংদা পনবা য়াবদি জামিনি রোয়, অমৃত সেগিলনি। লোয়নন্না শম্লপ্পা মওংদা উ-মুংন-চিংবদা য়েকপা অমদি হকপনচিংবগী মইতৈগী সম্বেলদস্তু খুংগী মতুং চহি ৪৯৫ দগী ৬০০ ফাওবদা গুপ্তা ট্রেডিশনগী অৱাংবা থাক্কী অশাবা লাইশিংনা অওকপা অচৌবা মাইপাকপা অমা ওইখি। ক্লাসিকেলগী থাক্তা চংলক্লবা মতম অতুদগী স্কলপচারশিংনা, স্তোন কারভিং, মেটল কাস্টীং অমদি ক্লে-মোদেল্লিংনচি বদা মপুং ফা-হনখি। মতম অতুগী অশাবা মুর্ত্তি প্রুমক অওকপা ফংনা চেকশিম্না ফজনা শাই মতুদি কনাগুম্বা অহৈবা অমনা অমুক শেম্নদোকপা য়াররোইদবা মওংনি। গুপ্তগী মতমদা য়াম্না চাওখৎখিবা মফমশিংদি মথুরা অমদি সরনাথনি।

ইন্দিয়ান আর্টকী মতাংদস্তু ইকাই খুম্নবগী মশক ওইরবা মিস জয়া অপ্পাসামিগী মত মতুংইন্না শরুক অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াই— (১) রাস পেইন্টিং, (২) মিনিএচরস অমদি মোডন আর্ট অসিনি।

(১) রাস পেইন্টিংস— শুরুংগী ফক্লাং, লাইশং, অমদি কোমুংনচিংবদা লৈতেংন্থনা য়েকপগী থবক ওাক্তনি, মসিনা ফজ-হনবতা নত্তনা মীওইবগী থমোয়দা মঙাল পী।

## ২) মিনিয়েচর আর্ট—

লাইশিং অসি য়াম্না পীকই,লাইরিক্কী অপীকপা লামাইদা য়াম্না কুপ্না য়েকই। শতাব্দী ১২ দগী ১৬ ফাওবগী মনুংদা রেষ্টর্ন ইন্দিয়াদা কোনা পান্থীগী মনাদা শ্লেট কলরদা য়েকপা উবা ফংই। মথং মথং লাকপনা রাজাস্থানীগী লাইশিং শিংথাবা য়াবা ডাক্তনি।

মোডর্ন পেন্টিং - ১৯শুবা শতাব্দীগী ময়াই চল্লকপদা আর্ট স্কুল কয়া লিংখত্নুনা রেষ্টর্ন আর্ট তম্বা হৌখি। শতাব্দীগী হৌরকপমক্তদ: রবিন্দ্রনাথ তেগর মশামক্না মোডর্ন আর্টকী অনৌবা ট্রেন্দদা খোংদাবা হৌত্নুনা মখল মখল কালাগী চাংয়েংখি অত্নুগা মায়ক্ত পাকখি। মহাক্কী মতমগী কালাকার লেঙ্গাশিং বেঙ্গল স্কুলদা কন্না হোৎনখি। মতম অত্নুগী কণ্টেম্পোররী আর্টিষ্টশিংনা লাইট অমসুং কলরনা হেন্না মরুওইবা উৎথোক্তুনা মোডর্ন পেইন্টিংগী শক্তম তাকপা হৌরকখি। মতাং অসিদা নেচরবু কোপী তৌবগী মহুত্তা ইত্তোপ তোপ্না লাইয়েক্তা কলর, টেকচর অমসুং লৈইগী ফজববু কম্পোজিশন, অমদি ফোর্মনা পেইন্টিংগী মপুং ফাহনখিবা অত্নুনা মোডর্ন পেইন্টিংগী চৎন পথাপনি। লোইননা পিকাশোগী জগৎ থুমহৎখ্রবা পেইন্টিংশিং ময়ান্না উবিখ্রে অমদি তাবিখ্রে। ইন্দিয়াদসু আর্টকী অনৌবা মওংদা খোংদাবা অসি মপানগী লৈবাক্কা চহি ২০/৩০ গী মনুংদতা খেন্নবনি। ইন্দিয়ান কণ্টেম্পোররী আর্টিষ্টশিংগী মনুংদা গগেন্দ্রনাথ তেগর, রবিন্দ্রনাথ তেগর; অমৃত সেগিল, জামিনিরোয় শিংথাবা য়াবা ভারতকী কালাকার ডাক্তনি।

মণিপুরদসু মমাংঙৈদগী হৌনা য়েকপা-খোংপগী লমদা অরাং-অপা লৈতনা লৈরক্লবনি হায়বা য়াই, মসিগী খুদম ময়েক সানা লৈরি। ঐখোয়গী আর্টকী মতাংদা মচাক থিজিনবদা থোইদোক্লা অরাংপা লৈত্রবা ইরৈপাক্কি। পুয়মকসিগী মথক্তা

গ্রাম। হৈরবা খোংজোম পর্ব্ব থুলং ঈশৈনচিংবদা মমিং চংলবা। অইংলোন অমদি নহারোলগী কাংলুপ মণিপুরদা লৈরি হাইবসি খ্বাইনা অহুম খঙবিরিনি। নৈনবা তারবদি য়াম্না পাকচাওখ্রবা লোইবা নাইদ্রবা মণিপুরগী তশেংবা আর্টনি। নন-পর-ফোশীংগী মতাংদস্মু চৈরাপক্কি ফর্কলাংদা য়েক্রুম্বা লাইগী শক্তুমচিংবা উরুরগা নিংশিংবা য়াবদি নিংথৌজম ভদ্র সিংহ অথোইবা লাইয়েকপশিংগী মনুংদা অমনি। মহাক শতাব্দী ১৮৬১ দা থিয়াম কোনজিন হাইবা লমদা পোক্লগা মশাগী চহি ৬৬ শুরকপদা সোইবম লৈকাইদা লৈখিদে হায়নৈ। মহাক্না থবক নোমিন্নবা কণ্টেম্পোররী আর্টিষ্ট খর-গী মমিংদি চুমখাব চন্দ্র সিংহ, হুইরেম অতোনসিংহ, কোংগ্রাইলাৎ-পম ইবোমচা শর্ম্মা, মংসিদম কন্নাচান্দ সিংহ, আর, কে, য়ুমজাওস্না অসিনচিংবনি। মখোই পুম্নমক ১৯ শুবা শতাব্দীগী মনুংচনখ্রবা খং-হৈরবা শিংথাবা য়ারবা আর্টিষ্ট ওাক্তনি। মখোইনা শারম্বা য়েক্র-ম্বা পুম্নমক ঙসিস্মু ময়েক লানা উবা ফংলি। মনিপুর সমাজনা থিজিন-হুমজিনবিরুদ্রবা আট্রিষ্টশিং অসিবু ব্যবহার তৌবা অমদি মখোইনা করি করম্বা থবক তৌরমবা খন্নবনা অচৌবা থৌদাং অমা ওইরবনি। ভারবকী কণ্টেম্পোররি আর্টিষ্টশিংগা মণিপুরগী আর্টিষ্টশিংগগী খেন্নবা করি লৈরিবা করম্বা খোংজেনদা মণিপুর-না চেল্লিবা য়াম্না মরু ওইরবা রাফম্নি। ঐখোয়না চমন্নবা অমদি কণ্টেম্পোররি আর্ট হায়বসিবু টাইম ফেক্টরদা খেংগদ্রে? নত্রগা ষ্টেন্দারদদা থিজিনগদ্রে? অসিনি। অহুবু হিরম অনিমক খাদোক্লবা য়াদ্রবনি, মরু ওইবদি টাইম ফেক্টরদুনি হাইজনিংই। ভদ্রগী কণ্টেম্পোররিশিংবু ষ্টেন্দরদ অমতগী লাইয়েকপা নত্তে, মতৌন্দগীস্মু তমবা য়াবা কয়া য়াওরিবনি। "ভদ্র এণ্ড হিজ কণ্টে-ম্পোররিজ" হাইবা একজিবিশন অমা ষ্টেট কলা একাদমীনা শিল্লাং-হুনা ১৯৭৮ জনুৱারি তাং ৫ দগী ১১ ফাওবা উৎখিবা অহুনা মীয়াম

প্রজা পুম্নমক্কী থম্মোঙ্গদা ভারতকী কণ্টেম্পোররি আর্টিষ্টকী মনুংদা মণিপূরদম্মু লৈরি হায়বসি ময়েক লানা উবা ফংখি। আর্টপু মুংশিজবা মীওই কয়াগী পুক্কিং লমজিং ওইখি। অসিগুম্বা থৌরম অসিদা নহা ওইরিবা মুতুরা বাহাদুরনা লাই অমদি হকতুনা শাবা মুর্ত্তিনচিংবা থিজিন হুমজিনবগী মাইগৈদ থরাই য়াওনা হোৎনবগী থুদমম্মু ফংই। অশাবা, হকতুনা শাবা মচুনা য়েকতুনা উৎপা কলা কয়াগী মথল মথেলগী কলাশিং অহু মতম অহুগী আর্টিষ্টশিংগী থম্মোঙ্গদগীনি খল্লুবদা অতোপ্পা লৈবাকনা চাংদম্নবদা নোপত্রবনি হায়না মীয়াম্না খংনরবনি। ঐখোয়না ঙসি নীংশিংগদবনা মীগী লমগীনা লাক্ককী মনুংদা অমতনি অহুগ ঐখাইগীনা ১০ দা অমনি হায়বশিনি। ওইক্কমম্মু থোকপনি মরমদি মণিপুর কৌবা ইরৈবাকসি কলাগী মচামক্তনি হায়বা য়াই, তৌবতবু কলাবু শৌগৎপগী পাঙ্গল লৈবা তাবনি। মমাংঙৈদা য়েকলম্বা লাইশিংগী মনুংদ কনুই শলাং মাইবনা নোংবানবু কৈনা শোকপদগী লাইকম্নবা, খম্বনা কৈ ফাবা, কাও ফাবা, রাধা-কৃষ্ণগী লিলানচিংবদ য়েক্লিবা মওংশিং অহুবু মুম্ন য়েংশিল্লুববদি ইন্দিয়ান আর্টিষ্টশিংগী রিএলিস্টীক, ইম্প্রেসন্নিষ্টনচিংবদা মিংক্কম হৌংব য়াদবগুমনা থেন্নবা লৈতে পুম্নমক অসিগী হায়বদি চৎনরিবা কলাগী মমি পুম্নমক অহুম্মক তারিবনি, মরম অহুনা পৃথিবীগী খোংজেলদা হান্নদগীনা ঙসি ফাওবদা অহুমমক য়াওরক্লিবমক ওইরোইদ্রা? ২০শুবা শতাব্দী লোইরমদাই অসিদদি মণিপুরদা লাইয়েকপা শাবনচিংবগী লমদা অঙকপা ফংনা চাওখৎলক্লে হাইবা য়াই। অহুবু লাইবক থিবদি আর্ট কৃটিক লৈতবনা হায়গদ্রা ফনা কন্না হোৎনজরবা কলাগী লমদা খোংদাবক্লিবা মীওইবু শক খঙবিবা থরা মরাৎলি॥ ময়ামনা রারী লিনবা অমদি খঙনবদা জগোই-ঈশৈগী লমদা চাওখৎলে হায়নৈ অহুবু য়েকপ-খোৎপগী লমদদি কনানম্মু শিংথাবা উখিদে তাখিদে।

সুমিৎ কয়ানিমুক আর্ট স্তোল অমা পাওনা বাজারদা হাংহুনা থম-খিবা অহুদা কনাগুম্বা মণিপুর প্রজা অমতনা লৈবিখিবা লৈতে অহুনা খবরদম্মু করিগুম্বা অমতা হাপ্লিরক্তে। মরম অসিদগী মীয়াম্না পুক্নিং চংবিরবা আর্ট স্তোল অহু কুইনা পুনশিনখিদবনি। লাই য়েকপগী মরমদা অহল্লোন লেঙ্গাগী মনুংদা লৈখিরবা হুঞ্জবম শ্যামো শর্ম্মা, এমঃ কেঃ প্রিয়োব্রতা সিংহ, ঐচঃ শ্যামসুন্দর সিংহ, মেজর দয়ামোয়, গৌরো সিংহ নচিংবা অহুগা হেক থংনবা লেঙ্গাদনা টিঐচঃ তোম্বী, ব্রজমণি শর্ম্ম, মোধুচন্দ্র, ফোনিন্দ্র নচিংবনি। কালা-কারশিং অসিনা য়েকলিবা লাইশিংবু ঐনা থাগৎচরবস্মু চহি খুদিংগী আর্টকী মেলা তৌবা খুদিংদা উবা ফংবিরবনি। লাইশিং অহুগী মনুংদা ভারতকীতা নত্তনা পৃথিবীগী ওইবা লাইয়েক্তা য়েক্লবা মগুণ লৈরবা কয়াস্মু য়াওরমলগনি হায়বসি ঐখোয়গী থাজনিঙাইনি। হৌজিক্কী মতমগী কণ্টেম্পোররি আর্টিষ্ট কনা কনানা থিজিল্লুরবদি আর্ট কৃতিকশিংদা শিল্পবগী মতম য়ৌরে।

মণিপুরদা হৌজিক্কী মতমগী লাই য়েকপা কাংবুগী মনুংদা শক্তম অনি থোক্লা থবক নোম্বা উরি, মহুদি—(১) ট্রেডিশনেল রিএলিষ্টিক, (২) মোডর্ন অসিনি। আর্ট খুদিংমক ঙমখৈ লৈ-তনা চাওথৎহনবা য়াই, তানশিনবগী লোইবা নাইত্রবা কলাগী গুণনি অহুম্মদি ওইরগা থবক নোম্লিবা ঐখোয়গী ঈরক্তা অমগা অমগা নুংশিনবা মরু ওইনা চংদবা য়াদ্রবা কলাগী মচাক ওইগনি। মোডর্ন আর্টকী মতাংদা রিল্লিয়ম গাউল্তনা পীরম্বা মত মতুংইন্না "পেইন্টিং ওর স্কল্পচর হিয়ার দজ নোট এতেমপ্ত এ কমপ্লিট ইমিটেসন ওফ ওফজেক্টস ওর ইফেক্টস ইন নেচর বত ইডস ফোরমস এণ্ড কলরস সেলেকটিভলি এন্দ ফোর দিয়ার আওন সেক" হায়না মত পীরি। ভানগোগ, গোগেন অমদি মোনেট, পিশারো খোইগী লাইয়েক

উরগসু খংবিরমগনি। মোডর্নগী লাইয়েক্তা পাম্নরক্লবা নহারোল, অহন্নোন খুদিংমক অরেপ্পা লৈতনা অথাং কনবগা লোয়ননা হোৎ-নরক্লি। মহুগী খুদম্না মণিপুর ষ্টেট কলানা শিল্লাংহুনা উৎলিবা মেলাশিংদা উবিরক্লি অহুগা তুংদসু উবিখিগনি। লাইশিং অদুদা মশা মশাগী মত মতুংইন্না অনৌবা খোংথাংদা য়েক্লকপগী খুদম লাইনা উবা ফংলি। অহুনদি মতমগী খোংলৈ মতুং ইন্না ফিজোল হোংলকপা, চাওখৎলকপা পুন্নমক অসিনা মরম ওইদুনা থবক খুদিংমক অথুবা পাম্নকই। লাই য়েকপা-শাবনচিংবদসু অদুমতাং দাইমেন্‌সন, পারস্পেক্তিবনচিংবদা থাদহুনা য়েকপ-শাবগী মহুত্তা অথুবা মতমদা য়েকপা ওম্বা মীয়াম্বু থুনা কম্যুনিকেট তৌহনবা। চম্বা মোডর্ন আটপু পাম্নবক্লি। নৌনা হৌগৎলক্লিবা লাই য়েকপশিংগীদি বেসিক নোলেজ অমদি লৈতবা য়াদে হায়বশি থাদোকপা য়াদ্রব পোৎচং অমা ওইগনি। হৌজিক্কী লাই য়েকপগী চংদবা য়াদবা মচাক্তি শৌগৎপিকম থোকপা কাংবুগী রাখল চিংশিনবনি। মচাক শুনা ফংদ্রবা মণিপুরগুম্বা লাইরবা লৈবাক্তদি কলাকারশিংগী খুৎশা তকপগুমই। কৈথেলদা ফংদবনা মরম ওইহুনা অমদি পৈশা লৈতবদগী লাই য়েক্লদবা ডাক্লি। মরম অহুনা পুন্নমকসিগী খ্বাইদগী মক ওইবদি "মসিগী ফিভম অমদি শৌগৎপিবা" হায়বসিনি।

"মসিগী ফিভম অমসুং শৌগৎপিবা"— রাফম অসি য়াম্না মক ওইগ্রবা পোৎচং অমনি। লৈ চার অমা থারবদি মালি অমা থম্বা তঙাইফদ্রবনি। অমরোমদা মণিপুরদা আটকী লমদা অসি য়ৌ-রক্লিবা অসি মণিপুর ষ্টেট কলানা শৌগৎপিবদগীনি হায়বা য়াই নত্রবদি মমল য়াম্রবা ঐখোয়গী আর্টিষ্ট কয়া খঙবিদনা অহুমক মাঙ-লমগদবনি। মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী, অমদি ডি কলচরেল ফোরম মণিপুরবু মতাং অসিদা হন্না পঞ্জনিংই, মরমদি অহানবদা ফোরমনা ঈ চেলহল্লম্নবা কলাকারশিং অদুগী মপাঙ্গল পীবা অসি

মরুওইবা মণিপুর ষ্টেট কলাননি। ময়ানমা থনহুনা য়েংবিগ্ন (১) এনুয়েল আর্ট একজিবিসন, (২) মোবাইল আর্ট একজিবিসন, (৩) আর্টিষ্ট ৱাকসোপ, (৪) গ্রুপ একজিবিসন নচিংবা পায়থৎলক্লি- বা থৌরম পয়েং অসিদা ঐখোয় পুন্নমক্কী কয়াদা লাইবক ফগ্রবা। নৈনহুনা য়েংশি (১) এনুয়েল আর্ট এক্সিবিসন (২) চহি খুদিংগী মেলা অমদি শোইদনা ভৌরগদবনি; মরম অহুনা কলাকার খুদিং- মক্কী পোখোক য়াওদবা য়াদ্রবনিনা, ঐখোয় খুদিংমক্না য়েক্লবা হোৎনবা শোইদ্রবনি, মসি চহিগী পরিক্ষা তৌবগুম্বনি, লেপ্পমক আর্টিষ্টশিংগী হৈশিংবা হেনগৎহনবতা নত্তনা পোখোকম্নু অহুম হেনগৎলকপা মশানা তারবা ৱানি।

(১) মোবাইবল আর্ট এক্সিবিসন - মণিপুরগী অরাপ অরাপ্পা মফমশিংদা চৎতুনা মখল মখেলগী কলা খুদোল কয়া উৎলুবা অমদি শন্দোকলুবনা ভাব তারুদ্রবা মীশিংবু কলাগী মমি তাহনবা মশানা তারবা ৱানি।

(৩) আর্টিষ্ট ৱার্কসোপ - হিরম অসিমক্না চমন্নবা আর্টিষ্ট কয়াগী থম্মোইবু মকা লান্না ভাব তাহনবদা নত্তনা মপালগী আর্ট- কা খুৎশম্নহুন, চৎমিন্নবগী শক্তিনি।

(৪) গ্রুপ এক্সিবিসন - মপানগী মেলা অসিনা মরম ওইহুনা মণিপুরগী কলাকারশিংবু শক খংবিরকই, লোয়ননা ঐখোয় সমাজগী ৱাখল অমদি চৎনবি পথাপ মপালগী মীওইশিংনা খঙবা ওমহনলি।

আর্ট কৃতিক্ - মথক্তগী পঙ্গুম্রে, আর্ট কৃতিক্ অসিমক কলাবু হিংহনবগী লম্বীদদি য়াম্না মরু ওইবা অমনি। মিচং মিথাই নাইদ্রবা কৃতিকশিংনা আর্টকী মরমদা অহুক্কী মতিক নৈনবা দয়কাৱনি, মহুনা

আর্টিষ্টশিংগী পুক্লিং লৌশিং ওইহল্লি অমসুং ময়াম্না শকখং-মায়খংনবা হাঈবত্থু ওইরকই। খুদম ওইনা হায়রবদা ভি, আর, আমবারকরনা "এন আর্টিষ্টস কেষ্ট" হায়বা অহুদা কে, কে; হেবরগী মরমদা কয়াদা মরিক চুম্না ইপ্রবনো। মানা য়েক্লিবা লাইগী কলচরবু মশক তাকপ-দা নত্তনা মহাক করম্বা মীওইনো হায়বা খংহল্লি। অহুদদি হেবরগী কলাগী খুদোলবু জগৎনা মশক খংবা তাবনি। আর্টিষ্টবু য়োক-খৎপগী মথক্তা আর্ট কৃতিক্‌শিংবুসু য়োকখৎপীবা দরকারনি মহুতদা মনিপুরদা আর্ট কৃতিক্ মশিং য়াম্লকনি। চিংনবা লৈতনা হায়বা য়াই মহুদি মনিপুরদা ভসি আর্ট কৃতিক্ মশিং য়াম্না ৱাৎলি।

অংতাখ্না অমনা "ওর্গেনাইজেসন এণ্ড ইনস্টীটিউসন এট ডি গোভর্নমেন্ট এণ্ড ভলণ্টরী লেভেল টু প্রোমোত লোকেল আর্টিষ্ট" হায়বা অসিনি। মণিপুরগুম্বা মী য়ামদবা অমদি চাওখৎপগী থাক য়োম্রিবা লমদদি অসিগুম্বা য়োকখৎপগী সংস্থান লৈতবা য়াদবনি; অমহিকসুং মতেং পীবা য়াবশিংগী মথক্তা সব্‌সিদি তু আর্ট প্রোদক্ত, রিবেট তু আর্ট কষ্টমরস, শোইদনা চঙদবা য়াম্রবা মচাক ওইগনি। য়াম্না লুবা ৱাফম অমনা ভসি মণিপুরদা মতিক চাবা আর্ট কলেজ অমা ফাওবা লৈতে হায়বা য়াই। মতম কুইনগী মমাংদগী অৱাবা কোঙ্গাই খঙলক্লবা ইম্ফাল আর্ট কলেজ গোভর্ন-মেন্টনা লৌশিনবীদে। মসিমক মণিপুর সমাজগী লাইবক থিবনি অমদি আর্টপু চাওখৎপগী লম্বীদা য়াম্না অপনবা পীবনি খঞ্জে। লোইননা কলেজ অসিদগী থোক্লকপা ছাত্রশিংগী মতিকচাবা থবক হাইস্কুলনচিংবদা ড্রোইং টিচর হাপচিনবীরবদি নৌরিবা অঙাং শিংদা আর্টকী মশক খংহনবা ওমগনি হায়বসি তশেংবা ৱাফমনি। মনিপুরদা আর্ট গেলেরি লৈতে, য়েকলিবা লাইশিং থেৎকম লৈতে, মরম অসিদগী মমল য়ামলবা লাই কয়া কাচিন্দা মিরাং মরক্তা তাত্থুনা লৈবা উই। সেমিনার, ৱার্কসোপ, ভিসিট তু আর্ট গেল্লরিজ

আউতসাইদ মণিপুর, ফাইনেনসিয়েল এসিসটেন্স পুন্নমক ওসি মণিপুরদা দরকার ওইরবনি। "কন্টেম্পোররি আর্ট এক্সিবিসন" উৎলিবা অসিমক "আর্ট সোসাইটি, মণিপুর" গী চাওরবা থৌদাং অমনি। অরোয়বদা ঐনা হায়জগদৌবদি ঐখোয় পুমনমক নুংশিন্না থবক নোমিন্নরসি, লাই থেৎতুনা পাকলবা হাংলবা অচৌবা ফক্লাং-শিংদা ঐখোয়গী আর্টকী শক্তম থমনবা হোৎনশি□

# আর্ট এডুকেসন ইন মণিপুর

—এল, ফোনিন্দ্র সিংহ

ঐথোয় মীওইবনা মালেম অসিদা লৈরকপদগী হৌনা য়েকপা-শাবগী লমদা কলা অসি লৈরক্লবনি হায়বা অসি অয়াম্বনা থাজনরবনি। মণিপুর পিক্লবসু পিক্লা মখল মখা অয়াম্বা কলাগী থবক কয়া মহৌশাদগী মরল্লাই ওইবা খরদি অতুম্মক লৈজরম্মী। ময়াম অসিগী মনুংদা ফুগোই, ঈশৈ, থাং-তা নচিংবগী মখল অসিনা হেন্না মাওজিন থানা লাকপগী খুদম ফংই। মতুগী মরমদগী হৌজিক্ হৌজিকমকসু কলা মখল অসিনা মণিপুর হায়বা লম অসিগী কলাগী মশক তাকপদা অচৌবা থৌদাং লৌরি। মথংদা সাহিত্যগী হিরমদা কবিশিংনা লমদম অসিগী মশাগী ওইবা শক্তম কয় তাকপা, লমদম অসিগী মহৌশাগী ফজবা কয়া থাহুনা কবিতা কয়া, রারী কয়া ইরম্বা য়াম্না লিরবা মতমদগী লৈরক্লি। অদুবু লাইবক থিবদি লাই-য়েকপ-শাবগী থবক অসি লমদম অসিদা মথং মথং চংথবকপগী মওং থোইনা লৈবমদবা মরম্ম য়াম্না থেংনা ১৮৯১ অদুরাইদগী সাহেবশিংনা মণিপুরদা লাক্লবা মতমদা অনৌবা য়াওল অমা নৌনা পুরকপগি মওংদা লাকই। হৌজিকসু হিরম অসিদদি ময়ায় ওইবা থাক ফাওবা য়ৌবগী ফিভম লৈত্রি। মরম অসিনা য়াম্না মীপাইনিংঙাই ওইরি। য়েকপা-শাবগী হিরম অসিনা শোখনা লৈহৌবগী মরম খরদি লৈকম থোকই।

মতাং অসিদা ঐখোয়না নৈনগদৌরিবা হিরমদি "আর্ট এড্যুকেসন ইন মণিপুর" হায়বা অসিনি। হিরম অসিগী মরু ওইবা মচাক খরদং নৈনরবদি ঐখোয়না য়েকপা-শাবগী থবক অসিনা মতম শাংনা অহাণ্ডবা অমা লৈখিবগী মরম থিগৎপা অমদি করি করম্বা মওংদা শেম শারগা তুংদা থুনা চাওখৎকদগে হায়বা অসিগী মরমদা কান্নগনরা খল্লে।

অহানবগী মরম অসিদা হায়জনিংবা খরদি- মীওইবনা লৈরকপদগী হৌনা য়েকপা-শাবগী হিরম অসি লৈরকলে। অতৈ লৈবাক কয়াদদি য়াম্না লিরবা মতমদা য়েক্নরম্বা-শারম্বা কয়া মতম অতুগী মীওইবনা পাম্নরম্বা মতুংইন্না শারম্বা য়েক্লম্ব য়াম্না থেংনৈ। অদুবু ঐখোয়গী লৈবাক্তদি য়াম্না লিরবা মতমদা তৌরম্বা য়েকপা-শাবগী খুদম অকক্নবা থোইনা উজবা ফংদ্রি। মৈতৈ পুম্না খরদা য়াম্না পিক্না লিনগী, শা-উচেক মীওইবগী মরমদা খেন-চাং য়েংনবা য়েকপা খর অসি নত্তনা তশেংনা খুদম ওইনা উৎপা য়াবা উবা ফংদে। লম লম অতুগী অরিবা মতম পীরম্ব, থবকশিং অতুনা য়ুম্ফম ওইরগা তুংদা হৌরকপশিংদা শিক্ষাগী য়ুম্ফম ওইহৌই। মরম অসিদগী লম লমশিংদা, লৈবাক লৈবাকশিংদা মশা মশাগী লমদম অতুগী পাম্নরকপা কলাগী মখল অতুগী মশক তাক্নরকই। মতাং অসিদা ঐখোয়না মুন্না খন্নবা তারবদি ঐখোয়গী অহল-লম্মনশিং ইপা ইপুশিংনা য়েকপা শাবগী থবক অসি অমগা অমগা শম্নদবা মরমদগী মপুং ফানা শাগৎলকপা ওমখিদবনি। মতম মতমদা লৈরম্বা লাইয়েকপশিংগী মচামশু সেবকশিং লৈহৌদবদগী মথা তাথদনা অতুম্মক মাওখিত্রা হায়না খাজনৈ। অনিশুবা মরমনা য়াম্না কুইনা মীরোল কয়া চৎপা য়াবা য়ুম-কৈ, ফুংনা য়োৎনা শাবা ফুরা দলান য়াম্না লৈরমদবা অসিননি। মরম অসিদগী মৈতৈ লৈবাক্তা অরিবা লাইশিং থোইনা উবা ফংদে। (আজন্ত, ইলোরানচিংবা য়াম্না লিরবা মতমদা তৌরম্বা অসিনা

লেঙদনা লৈরম্বগী মরমস্তু অকনবা মুওদা শারম্বা-য়েক্রম্বা ওইবদগী লেঙদনা লৈরম্বনি। অহুমশুবা মরমনা লম্বী থোং য়ান্নবা ফম্ববা, মফম অমগা অমগা ফাওনদবা ওসিন্দু অচৌবা মরম অমনি। হৌজিক্ হৌজিকস্তু মৈতৈগী খুঙ্গংশিংদা অরিবা মতমদা য়েক্লম্বা লাই থর থর লৈংবস্তু ঐখোয় মহু থিজিনবা ঙমদ্রি। কনাগুম্বা য়ুম শাবা অহল লম্মনশিংনা কনাগুম্বগী য়ুম অহু শাবিবা লোইরগা য়ুম্বু অহুনা পাম্বা মতুংইন্না মাঙ্গোলদা থেংনবা লাইস্তু য়েকপিরম্মী। মতম অহুদদি উগী য়ুম অমা শাবা অসি থা কয়ামক্রম চংনা শাবা তারম্মী। মরম-শিং অসিদগী লমদম অতুদা লৈরম্বা উপা-উপুশিংনা থবক য়াম্না তৌরম্বা খর অহুস্তু মথং তাথনা লৈক্লৌদবা, মতৎ মতৎ ওইখিবনা মণিপুরদা য়েকপা-শাবগী শিন্দমশং লৈবা ঙমখিদে। শিন্দমশং লৈরক্তবা মরমনা মপুং ফাবা মওংদা লমদম অসিগী চংনবী লৈবা কলাগী য়ুক্ষম অমা লৈবা ঙমখিদবনি হায়জনিংঙ। অহুবু অসিদা পোকচবা ফংবা মীপুম খুদিংদা কলা মখল পুন্নমক্কী পামজবা মতৌশাদগী লৈরকই। হৌজিকস্তু কলা মখল অসিবু পামজবা নহারোল কয়াস্তু হৌগংলক্লি। মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রসিংহগী সনা হাকুংগী হৌনা মমিং পনবা য়াবা কলাকারশিংনা তৌরম্বা থবক খরদি লেঙদনা লৈরি। শ্রীগোবিন্দ, আরাম নিত্যাইনন্দ, গোপী-নাথনচি বা লাইগী মুর্তি কয় শারমলিবা অাৰ্টিষ্ট লাপম লক্ষন সিংহ্ অসিবু য়াম্না চাওথ্রবা কলাকার অমনি হায়জনিংই। লোয়নননা খুঙ্গংশিংদা লৈরম্বা লাইয়েকপা অমস্তুং শাবা কাংবু অমনা তৌরম্বা কয়া লাইশংশিংদা, লাই হরাওফম কয়াদ লৈবা থেংনরি। অসিগুম্বা মখলগী লাই-য়েকপা-শাবগী থবক তৌরম্বশিংবু ঐখোয়না থোইনা শিংথাবা ঙমদবা অসি য়াম্না লাইবক থিবনি। পৃথিবীদা লৈরিবা লম লমগী লৈবাক লৈবাক্কী ইতিহাস অসিদি অয়াম্বন ধর্মগী লাই-শংশিংদগী থঙবনি হায়বদা থোইনা কায়দবরা নিংজৈ। ঐখোয়না

অরিবা মতমদা তৌরম্বা থবকশিং অসি য়াম্না নিংথিনা মক্ষম চানা থম্বীদুনা হৌজিক লৈরিবা নহারোলশিংদা লম অসিদা হৌহনবা য়াবা মথলগী কলাগী শক্তম অমা পুরকপা য়ানবা হোৎনবনা য়াম্না হেন্না কান্নগনব্রা নিংজে। মহুনা মতম শাংনা তুং-কোইনা লৈহৌবা য়াবা মওং অমা পুরকপা ঙমগনি। অতোপ্পা মক্ষম অমদগী ৱাইরুবা কলাগী মথলনা ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈরিবা মহৌশাগী শক্তম অমদি হৌথিবা মতমদা লৈরম্বা য়াবা মওংগী ৱাখলনা পুথোক্লুনা কলাগী লনগৈ অসি হান্না মপুং ফাহনবা তাবনি। আর্ট স্কুল নত্রগা কলেজ কয়া লিংহুনা কলাগী মচোই মচোই তারবা শক্তম অসি পুনশিন্দুনা নৌনা হৌগৎলক্লিবা কলা পামজবশিংদা অনৌবা শাফু অমা পিনব। হোৎনবদা ঐখোয়না অহানবদা ঐখোয়গী লৈরম্বা আর্টিষ্টশিংনা য়েকপীরম্বা অমদি শাবিরম্বশিং মপুং ফানা য়েংবা তাব-নি। মতাং অসিদা ঐখোয়না পনবা য়াবা আর্টিষ্টশিংগী মনুংদা সাপম লক্ষন সিংহ অমদি মহাক্না তৌরম্বা থবকশিং শ্রীশ্রীগোবিন্দনচিংবা লাইগী মুর্তিশিং অতৈ থুঙ্গংগী ওজাশিংনা তৌরম্বা থবকশিং য়েংবা তাবনি। লাই শাবশিংগী হিরমদদি ওজাশিং অসিনা মনিপুরদা অচৌবা ঈহৌ অমা পুরকখি। মথংদা নিংথৌজম ভদ্র সিংহনি। ওজা ভদ্রসিংহগী মতমদগী হৌনা মনিপুরদা মপানগী লৈবাকশিং অমদি বেঙ্গলনচিংবদা মতম অহুদা চৎনরিবা মথলগী য়েকপা-শাবগী হিরমদা য়াম্না নকশিন্নবা হৌনগৎখি। মতম অহুদা লৈরম্বা সাহেব-শিংগী মরক্তা আর্টিষ্ট কয়া য়াওরমগনি হায়বগী খুদম কয়া অয়েকপা লাইশিং অমদি স্কেটচনচিংবগী খুদম কয়া লৈরি। ওজা অসিনা মথং মথং ওইনা ওজাগী মচা-সেবক কয়া থম্বীরম্মী। মমিং পনবা য়াবদা হুইরেম অতোন সিংহ, মংসিদম কলাচান্দ সিংহ, য়াইমা, শামু সিংহ অমসুং এ, ইবোমচা শর্ম্মা অসিনচিংবনি। ওজা কলাচান্দ সিংহগী সেবকশিংগী মনুংদা ওজা হঞ্জবম শ্যামো শর্ম্মনা মপুং ওইবনি। অতৈ ওজা অসিদা তম্নম্বশিংগী মনুংদা ওজা এ, ইবোতোম্বী শর্ম্মা,

শাইখোম পীশকনচিংবশু য়াম্না মায় পাক্না মণিপুরগী খুঙ্গংশিংদা কলাগী শক্তম শাগৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌরম্মী। মথক্তা পনখ্রি-বা ওজাশিং অসিগী মথং মথং চৎথরকপনা হুণ্ডবম শ্যামো শর্ম্মনা মণিপুরদা তভাই ফদনা ফোর্মেল আর্ট স্কুল তমা লিংখৎপিরম্মী। ছায়রিবা আর্ট স্কুল অসি লিংনবা হোৎনবদা শ্যামো শর্ম্মানা থেং-নখিবা অরাবা ময়াম অদুদি ফোংদোকপগী লোইবা নাইরোই নিংজৈ। ওজা অসিনা থেংনখিবা অরাবশিংগী মনুংদা অহানবা, মরমদি ছিরম অসি য়োকখৎনবা হোৎনবদা মীয়ামগী মতেং ফংদবা, অনিশুবদা, আর্ট স্কুল ওইনা য়ুম্ফম ফংদবা, অহুমশুবদা, মতিক চাবা ওজা ওইবিনবা মী ফংদবা অসিনি। অদুবু ওজা অসিনা হোৎনবদা কংথোকপগী মহৈ ওইনা মণিপুরদা ইহান হানবা ওইনা ইম্ফাল আর্ট কলেজ অসি লাকখি।

মথক্তা সনখ্যা য়ুমজাওসনাগী ট্রেডিসন অসিনি। সনখ্যা লাইয়েকপা অমস্নং শাবগী ছিরম অনিমক্তা হৈশিংবগী খুদম কয়া থম্বীরম্মী। কাংদা লাইয়েকপগী থবক অসি সনখ্যা অসিনা ইহান হান্না পুথোকখিবনি হায়নৈ। পিথ্রাইনা মুর্তি হৈবনচিংবা ফাওবা তৌরম্বগী লেঙদবা খুদম কয়া লৈরি। মাগী সেবকশিংগী মনুংদা মাইস্নাম বেসিং, অয়েকপম চাওবা, তোলচৌ, কামদেব, থৌদাম কুমুদ, এ. ইবোতোন হায়রিবা ওজাশিং অসিনা অথোয়বনি। সনখ্যাগী খ্বাইদগী মরু ওইবা ট্রেডিসন মপুং ফাহন্নবা হোৎনবনি সনখ্যা রাজকুমার চন্দ্রজিৎ সিংহনি। মণিপুরদা অমদি মপানগী লমশিংদা সনখ্যা চন্দ্রজিৎকী অয়েকপা লাইশিংনা নৌনা হৌগৎল-ক্লিবা নহারোল কয়াদা ছিরম অসিদা পামজনবা অনৌবা য়াওল অমা পুরকখি। মথং মথং ওইনা সনখ্যাগী মচাশিং অমস্নং সেবক কয়া অমস্নু মণিপুর অমদি অতৈ লৈবাকশিংদা শন্দোকখি। চাওরাক্না

মমিং পনবা য়াবা পেইন্টিং লিশিং তরাতরুক কুম্বগী মথক্তা সনথ্যাগী পেইন্টিং শন্দোকখ্রে হায়নৈ।

হাওবম লিক্লাই অরিবা মতমদা লৈরম্বা আর্টিষ্টশিংগী মনুংদা শিংথাখা য়াবনি। হাওবম ওজা শ্যামসুন্দর সিংহনা মণিপুরদা চিত্রকলা অমদি মসিগা মরি লৈনবা শিনফম কয়াদা মরি পুশিন্নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং পুরকই।

হুইরেমগী ওজা অতোনগী ট্রেড্রিশন্দা হৌজিক হৌজিক লৈ-রিবা এচ, গৌরো সিংহনি। মতাং অসিদা এখোয়না স্পিসিয়েল ওইবা য়াবা ইউরোপিয়ানগী স্কুল থবগী শক্তমবু নৈনবা কান্নগত্রা খনৈজে।

রিয়েলিজমদা কোর্বেটনা অপিকপা ভিলেজগী শক্তম অমদি অচম্বা কয়া য়েক্তুনা পুথোকপগী ঈথিল পুরকখি। ঈমপ্রেসনিজমদা মানেট, মোনেট, পিসারো অমসুং সিসলিনা মচু মথলশিংনা পুথোক-পা য়াবা মীকুপশিংদা উহৌবা, থনবা রাখলগী শক্তম পুরক্কবা হোৎনখি। পোস্ট ইম্প্রেসনিজমদনা মরু ওইনা ভান গোগ, গো-গেন, স্যিউরাট অমসুং সিজান্না য়াম্না ফোরসফুল্লি কম্পোজ তৌবা, ইনটেন্স কলরস শিজিন্নহুনা ঈহৌ অমা পুরকখি। এক্স-প্রেসনিজমদনা ২০ শুবা শতাব্দীগী অহুরাইদা জর্মনীগী লাইরেকপা কাংবু অমনা হৌরকখি। কার্চনরনচিংবা কয়ানা অয়াকপা মচু শিজিন্নহুনা মহৌশাগী ওইবা শক্তমবু থুগায়হুনা মশা মশাগী ওইবা শক্তম পুরক্কবা হোৎনখি। ফাওবিজম হায়বা মথলগী থবকশিং অসি মাটিজ, ভল্যামিংক, রোরউল্ট, দফিনচিংবনা সাহিত্যিক ওইরা মথলগী হায়বদি শা-ঙা, চৌংলক, জঙ্গলদা লৈবশিংগুম্না কলরবু নিংথা তম্না মরম্নাই ওইরা রাখলদা শিজিন্নহুনা য়েকপা মথলগী

স্থাইল হৌদোকখি। ক্যুবিজম হায়বা অসি পিকাশো অমস্তুং ব্রাক্বা ফাওবিজমগী মায়োক্তা মশাগী ওইবা শক্তম অদুবু ক্যুব, কোন, সারকল, সিলিন্দর অমস্তুং প্লেনদা জোমিট্রিকেল ফোর্মদা ওন্থোক্নুনা য়েকপগী হৈ্যো অমা লাকখি। ফ্যুচরিজম অসি হৌজিক মতমগী শক্তম লাকশিনবা ঙমদনা চেল্লিবা অসিবু য়েকপা আর্টিষ্টশিংগী মনুংদা ইটালিগী বোসিসিওনি অমস্তুং জেভারিনিনা হৌদোকখি। আর্ট নোভিও হায়বা মখলসিং অসি মরু ওইনা কমর্সিয়েল আর্ট অমদি ডেকোরেটিভ ওইবা মওংদা প্রিন্টিং অমস্তুং ফাইনপ্রিন্টশিংদা পুথোক্কনা য়েকপা খুৎয়েক অসিনি। হায়রিবা খুৎয়েক অসিগী পনবা য়াবা আর্টিষ্টশিংদি ক্লিমদ, ক্রেন, বার্ডসলি অসিনচিংবা।

লণ্ডনগী রোয়েল একাদেমী অফ আর্টস অমস্তুং পেরিসকী ডি ইকোল দেসে বিউ কম-আর্টনা অয়াম্বা ইউরোপকী লমদম-শিংদা ফোর্মেল আর্ট এডুকেসন পিনবা শক্তম অমা হৌদোকখি। মতুগী মপান্না পৃথিবীগী মফম কয়াদা আর্টকী ফোরমেল এডুকেসন পীবা হৌরকখি। আর্টকী স্কুলনচিংবা লিংহুনা তম্বীবা অসিনা অরি-অনৌ মরি তৎনদবা, অমদি পাক শন্না শন্দোরকপা হেল্লি। অস্তুম তৌনা ঐখোয়গী লৈবাক অসিদস্ত ইউরোপলোমগী স্থাইল স্কুলগী ইনফ্লুয়েন্স য়োরকখি। ঐচ: মাজুমদার, রাজা রবী বরমা, আটুল বোসনচিংবা কয়ানা রোয়েল স্কুল স্থাইলগী লাই খুৎয়েক্কী ইনফ্লুয়েন্স ভারত্তা শন্দোরকপদা মতেং পাংখি। মরম অদুদগী ভারত্তা হান্না লৈজবম্বা ট্রেডিশন অদু মতম খরদি পুস্মাং মাংখিবগুম লৈখিরম্মী। অদুবু রবিন্দ্রনাথ ঠাকুর, অবনিন্দ্রনাথ ঠাকুর, যাম্মিনী রায়নচিংবনা অমুক হন্না হান্না লৈজরম্বা মতম অদুগী পাম্নবা মখলগী অনি য়ানশিন্নহুনা ইন্দিয়ান স্থাইল হায়দুনা অমুক হন্না খোংথাং অমা পুরক্কবা হোৎনরম্মী।

ভারতদা য়াম্না লিরবা আর্ট স্কুলশিংগী মনুংদা সার, জে, জে, স্কুল ওফ আর্ট, বোম্বে, গভর্নমেণ্ট কলেজ ওফ আর্ট এণ্ড ক্রাফট, কলিকতা, গভর্নমেণ্ট কলেজ ওফ আর্ট এণ্ড ক্রাফট, মাদ্রাজ অসিনচিংবা আর্ট স্কুলশিং অসি ১৮৫০ দগী ১৮৬০ ইং অদুরাইদা লিংখৎখি। মতুংদদি লম লমশিংদা আর্ট কলেজ, স্কুল কয়া লিংখৎনরকখি। মতৌ অসুম তৌনা লৈবাক কয়াদা ফোরমেল আর্ট এডুকেসন পীবা শক্তম শাগৎলকখি।

মণিপুরদা হৌজিক লৈরিবা ফিভম অসিদগী আর্ট এডুকেসন অসি মওং চুন্না, চান্নবা মওংদা পুরকপদা মখাদা পঙ্গরিবা হিরমশিং অসি ঐখোয়না নৈনবা কান্নগদ্রা খনজে।

খুৎনা ইবা ঙম্বা খুদিংমক লাই-য়েকপা তম্বা য়াই। অদুবু মরু ওইনা আর্ট ওফ ড্রোইং হায়বা অসি 'ট্রেনিং ডি আই টু সি করেক্টলি' হায়বনি। মতাং অসিদ কনাগুম্বনা খনবা য়াই, মহৌশাগী ওইনা ঐখোয়না মিৎনা উরিবা অসিদগী করি অমুক য়েংনিংঙাই লৈরিবগে। অদুম ওইনমক চুন্না, খঙনা য়েংবা হায়বা অসি স্পিসিয়েল ট্রেনিং অমা পীদ্রবদি ওইবা য়াদে। ইচম চম্বা পোত্তা থিজিন্দবদগী অচুম্বা অদু খঙবা ঙমদে। শেমদোকরবা উপাইশিং থিদনা খল্লিবা অদুনা অচুম্বনি খন্দুনা লৈগল্লি। খুদম গাড়ীগী চাকা অসি কোইরপ কোই, অদুবু গাড়ী অদুনা মক্কম হোংথিদুনা চাকা অদুনা ইলিপটিকেল ওইরবা ফাওবদা চাকা অদু কোইরপ কোই খন্দুনা মতম চুপ্পদা খনথিবা অদু হোংদোকপা ঙমগদে। কনাগুম্বা হিরম অসিদা তমলুদ্রিবশিংদা ঐখোয়না মীওইবগী শক্তম অমা য়েকউ হায়বদা মংকোক চাওনা য়েকপা, মিৎ অনিগী মক্কম চানা পানবা ঙমদবা অসিনচিংবা অয়াম্বনা তৌগল্লি।

মরম অসিনা ফোরমেল ওইনা তম্নবা মতমদা অচুম্বা অদু থুনা খঙবা হেল্লি।

## ১। প্লেস অফ ড্রোইং ইন এডুকেসন ঃ

লাই য়েকপা অমসুং শাবা হায়বা অসি চুম্নগী য়েংবদা ফজনবা অমসুং পোৎ অদু থবক ওইনা উৎপিবগী কাম্নবা অদুতা নত্তনা মীওইবগী পুক্নিংদা অনৌবা রাখল, লৌশিং শেমগৎপগী থৌদাংসু য়াম্না চাওনা পুই। মরম অসিনা অতৈ সবজেক্টকী তম্লিবা হিরমশিংদসু য়াম্না কান্নহল্লি। মপুং ফাবা এডুকেসনগী শক্তম পুরক্নবা হোৎনবদা ঐখোয়না মিৎনা উবা, শোকপা, ভাবনা শাবা পুম্নমক্কা ড্রোইংগী মতেং পীদুনা হোৎনবা ঙম্লবদি য়াম্না কান্নগনি নিংজৈ। য়েকপা শাবা হায়বা অসি মহৌশাগী ওইবদগী শেম্বা এডুকেসননি। মহৌশাগী ওইবা শক্তমশিং ঐখোয়গী পোকপদগী লোয়নরক্নবা স্তাম্না শিজিন্নদুনা ফংলকপা মহৈ মথল অদুনা তুংগী লেঙদবা লন ওইহৌই।

ঐখোয়না রাহৈ ময়াম অমন' ফোঙদোকপদ' রাবা কয়া লৈই খরনা য়াম্না লাঙ্গনা ফোঙদোকপা ঙমই। মরম অসিদগী "ডি সোরট-হেন্দ অফ এক্সপ্রেসন" হায়দুনা খঙনৈ। ঐখোয়না স্কুলশিংদা আর্ট এডুকেসন পিনবা থৌরাং অমদি নিংথিনা থক্ষম থোকই। অহানবদা— হিরম অসিবু মতৌ করম্না মথং মনাও নাইনা তম্বীদুনা মহৌশাগী ওইবা মওংসু কায়হন্দনা খরা থুনা চাওখৎপা মওংদা শেমগৎকদগে হায়বা অসিনি। অনিশুবদা— আর্টকী ওইবা অমগী পান্দম অমদি রাখলদা লৈফম থোকপশিংদুগী মরমদা নৈনবা। অহুমশুবদা— মতম মতমগী চানবা মথল মথেলগী শিল্লম পীনবা থৌরাং তৌবা। মরিশুবদা— অতৈ জেনেরেল সবজেকশিং তম্বদা

ড্রোইংগী কান্নবা য়াওনা থৌরাং তৌবা। মঙাশুবদা— পুক্লিংগী টইহুল অমদি ৱাখলদগী থোকপা ড্রোইংবু এডুকেসনেল সাই-কোলোজিগী বিজ্ঞানগী পাম্বৈ শিজিন্নহুনা এডুকেসন পিবা। তরুকশুবদা— য়েক্লিবা পোৎকী মগুন অমদি মহুগী এসথেটিক সেন্সকী মরমদা নৈনহুনা হোৎনবা। তরেৎশুবদা— ছাত্রশিংগা অতৈ সমাজগী মীওইশিংগা লৈনফম থোকপা মরিগী মরমদা নৈনবা। নিপালশুবদ— মতৌ করম্না অফ-ফত্ত শেমদোক শেম-জিনগী হিরমদা খণ্ডনবা নৈনবা অসিনি। লাই য়েকপা-শাবা হায়বা হিরম অসিদি য়াম্না শাংনা থবক অসিগী মরমদা অফ-ফত্ত য়াম্না থেং-নরক্লবা আর্টিষ্টশিং নত্তনা হায়রিবা মখলগী এক্সপিরিয়েন্স অসি ফিলোসোফিকেল থিংকিং, সাইন্টিফিক এক্সপিরিমেণ্ট, অমদি ওবজারবেসন ওফ দি একটিভিটিনা নিংথিনা খণ্ডবা ওইথোক্কে। 'দি ফিলোসোফি ওফ আর্ট স্কুল ইজ ডিয়ারফোর দি ফিলোসোফি ওফ টেক্নিক' হায়বা য়াই। মরম অসিনা ফোরমেল আর্ট এডুকেসন হায়বা অসি য়াম্না মরু ওইবা অমনি।

য়াম্না মপুং ফাবা গভর্নমেণ্টকী আর্ট কলেজ অমা লৈবাক অসিদা লৈহন্নবা হোৎনবা তঙাই ফদে। মপুং ফাবা আর্ট কলেজ অমা হায়বসিগী মরু ওইবা শক্তমদি অহানবদা মতিক চাবা ওজা মশিং শুনা থম্বীবা, অনিশুবদা ডিপার্টমেণ্ট অয়াম্বা হাংনবা হোৎ-নবা। মতম মতমদা শিজিন্ননবা মেটরিয়েল অমদি অতৈ ইকুইপ-মেণ্টনচিংবা মরাং কায়না থম্বা অসিনি। কলেজ অসিগী মরু ওইনা বিল্ডিং মওং চুম্না মাস্টর প্লান অমগী মনুংবা থম্বা অসিনি। রিক্রুইটমেণ্ট রুলনচিংবা নিংথিনা শেম-শাহুনা আর্ট এডুকেসনীষ্ট-শিংবু মতিক চানা সেলেরি ফংননবা শিনবিবা ওম্নবা হোৎনবা নত্তনা হিরম অসি চাওখৎহনবা ওইথোক্কে।

অতোপ্পা মরু ওইবা মখম অমনা অরাপ্পা লমদগী লাকপা ছাত্রশিংনা তমজবা ফংনবা হোস্টেলনচিংবা থম্বীবা ঙম্নগদি মপুং-ফানা ছাত্র মশিংসু ফংগনি। প্রোস্পেক্ট হায়বদি তুংগী পুন্সিদা হিংবগা মরি লৈনবা মওংদা পুরক্নবা স্কুল, কলেজশিংদা অমদি সর-কারগী লোয়শঙশিংদা চহি চহিগী ওইনা আর্টিষ্টশিংগী চানবা পোস্ট থম্বীবগী তঙাইফদবা লৈ। অতুগা আর্ট স্কুলশিং মণিপুরগী মক্ষম কয়াদা, দিষ্ট্রিক্ট কয়াদা থম্বীতুনা অঙাংশিংদা শিক্ষা অসিগী মমি ওাহনবা ঙম্নবা হোৎনবীগদবনি। আর্ট এণ্ড কলচর দিপার্ট-মেন্টনা মরিক চুম্বা সিলেবস শেমতুনা স্কুলশিংদা অঙাংশিংনা তম্বদা খুৎলোইগদবা মওংদা শেম্বীফম থোকই। ইন্সপেক্টরনচিংবা চ.য়ার অফিসিয়েলশিংসু আর্টিষ্টশিংগী মায়কৈদগী হাপতুনা য়েংশিন-বিবনা থরা থুনা চাওখৎপা ঙমগনি। মথংদা বোর্ড ওফ একজামি-নেসননচিংবদগী কন্ট্রোলরনচিংবা হাপতুনা মণিপুরদা মপুং ফানা একজামিনেসন কনদক্ট তৌহনবা তঙাই ফদে। ঙিরমশিং অসিদা য়াম্না সিস্টেমেটিক ওইনা শিনবা নত্তনদি মণিপুরদা কলা বিদ্যাগী চৈনবা অসি মপুং ফানা কোকহনবা ঙমলোই। অসুম্না অকক্নবা থোরাং কয়াগী পান্দম লৈহনবা ঙম্নবদি অতৈ মীচম প্রজাশিংদা, সরকারগী লোইশঙশিংদা থাজহনবা অমা পুবকপা ঙমগনি। আর্ট এড্যুকেসনগী মতমদা সেমিনার মরক মরক্তা মমুৎ তানা নৈনতুনা শোম্বহৌরবা হিরম অসি ফুক্কৎপা ঙম্নবা হোৎনবগী তঙাই ফদবা য়াম্না লৈ। ফিলোসোফি অফ আর্ট হায়বা অসি য়াম্না পাক চাওবা রাহৈনা নৈনবদা অরুবা য়াম্না লৈ। সেমিনার কম রার্কস-সোপ ওইনা স্পেসিমেন উৎতুনা টোপিক অমমমগী মরমদা নৈনবা ঙম্নবদি য়াম্না কান্নগত্রা খঞ্জে।

মৈতৈ লৈবাক হায়বা কলাগী লৈহাও চেল্লবা লমদম অসিদা মপুং ফানা লাই-য়েকপা শাবগী শিন্দম-শিনশং কয়াবু শেমগৎলম্বা

হায়বসি মতম পূন্নমক্কী ওইনা তুংদা হৌরক্কদবা মীরোলশিংগী য়াওরবা লেঙজ্রবা অচৌবা কলাগী লনগৈ অমা ওই:হৌরগদবনি□

# CONTEMPORAY ART IN MANIPUR IN RELATION TO THE INDIAN AND INTERNATIONAL MODERN ART.

*S. Anilkumar Singh*

Respected President, Honoured chief Guest, Ladies and Gentlemen In context with today's seminar on contemporary art I feel privileged to have a brief discourse on contemporary art in Manipur in relation to the Indian and International Modern Art. I think a general survey of the contemporary art situation in the national and international scene will present a vivid field for sizing up our present art situation in this state and also present a better understanding to the context.

Modern art in the west evolved out of the search for creating art purely for pictorial values when the entire conventional concept of art was rudely shaken by the invention of the camera. The task of producing the exact likeness of a person or an object was taken over by the camera which made a better job of it. In so far as modernism constitutes a revolution against the camera eye, against realism and transcriptive painting Impressionism

added little substantially new. Cezanne was the point of transition. His determination to see the world objectively produced what we call the modern movement. He excluded the ambiguous surface of things and penetrate to the reality that did not change. His influence has been so great and far-reaching that there has been no considerable artist of the 20th century who has not been influenced by some aspect of his work. The course of modern art is, therefore, inconceivable without the achievement and example of Cezanne. The Cubists and Post-cubists all experienced with seeking the 'pure values'. The importance of Picasso, founder of the cubist style, and his impact on modern art cannot be over estimated. During his life time he himself encompassed almost the entire range of modern art in this century and has since become a legendary figure. Other modern movements that followed were Dadaism, Surrealism, Expressionism, Fauvism, the Blue Rider, Geometric Abstraction and various others which all contributed to the modern movement. After the Second World War the focus of art activities shifted to America where many of the European masters migrated. There the art scene was dominated by the OP artists, the POP artists, the Action painters, the Combines, the Happening, the art of the Funk and the Minimalists or the Conceptualists. Artists worked on objective illusion with alphabets. Action painters like POLLOCK and KOONING worked with impulse on subjective elements. In Kooning's works or rather paintings not only the difference between figures and setting, past and present, background and foreground, all thorougbly blurred but nearly every major detail in this all over and yet focussed field suggest a different angle of vision. Pollock's best paintings similary flash different levels of illusionistic space. His work has a complete meshing of image and field, content and canvas, even statis and movement creating a completely integrated work suggesting a whole new and

fertile vision for painting space. The conceptualists or Minimalists worked in the rudiments of sensory experience. The most revolutionary style of the post war era the one attracting the most outraged responses was the POP Art. Its exponents used not only the imagery of popular culture, such as comic strip figures but also representational techniques and materials drawn from advertising and other mass media. American art of the post World War period is regarded remarkable more for its diversity than for the emergence of any dominant trend. Between the two masters-Pollock and Kooning there stands now several pioneer painters who in the middle and late fifties initiated the directions that others developed—to name a few, Morris Louis, Reinhardt, Jasper Johns and Robert Rauschenberg. These and other painters of the past two decades have moved beyond earlier American masters suggesting that innovative traditions in art still thrive in the Uuited States. The art scene in the West at the present is very confusing and chaotic to be summed up briefly. The arena of art activities has spread in a bewildering manner and also contradicts from one individual to another who are incessantly making experiments and still further exploring fields hitherto unexperienced. But it would be relevant to note that there has not been any absolute break from the point of transition—the transition from the conventional to modernism—which Cezanne brought through his art.

In India, modern artists have been facing certain problems. Before we come to that the changes in the socio-cultural context is relevant for the evolvement of the modern art movement in India. As history shows, with the coming of British they introduced several new systems bringing about a change in the social, religious and educanal fields. These changes affected the fabric of our culture and art to a great extent. Some of the intellectuals,

contemporary in particular, tried to revive the traditional environment and to affirm our faith in traditional concept. Some of the Englishmen who helped preserve the aesthetic values of Indian art from oblivion were Havell, Percy Brown, Fergusson, Cunningham and Cousins. The new nationalist schools under the banner of Abanindranath Tagor worked to gain insight in the country's art tradition. However, he along with Rabindranath Tagore, Nandalal Bose and a few others helped realise the validity of pure pictorial values. With conventional practice of exposing a picture to contemporary art happenings in the rest of the world and with dynamic pioneer personalities like Nandalal Bose, Benode Behari Mukherjee and Ramkiuker Baiz the standard of Indian art has been pushed up to a high level and caused the evolvement of the 'modern style'. Although these master artists worked differently they were basically united in the search of a new art. They were greatly concerned not with the sensual or the imaginative but the spirit underlying the subject. They are of great significance because of their modern outlook in a period when their contemporaneous artists were working under the restriction of the academic and traditional environment.

The succeeding periods show some artists who tried to reconcile the characteristics of Eastern and Western art—in painting we have Jamini Roy, Amrita Sher gil, Hebbar, Bendre, Chavda, Paniker, M.F. Husain and in sculpture we have Pradosh Das Gupta and Sankho Chaudhuri. These artists brought in better standards and a considerable output in work of art than those of the preceding artists. They also effected more serious thoughts and a closer link with art as practised in other parts of world.

In the sixties we have a hoard of painters, sculptors and printmakers. However, as their works show they seem to be in a fix as to what sort of norm they

should follow-whether to follow the actual environment of the present or to follow the trend of the international scene This much is clear that stale traditionalism has given way to progressivism and we can consider without any doubt that modern Indian art is a break from the past though it is still largely an experience. There is some substantial difference between Indian modern art and International Modern art. The mind of the West has been to a large extent affected by the two World Wars, affected by the political tantrums, affected by industrialisation and technological developments, the life of jet age and space flight and the freedom to experiment has helped modern Indian artists to come out of conventionalised ideas and accept the universality of modern art.

Again, in the West, the artitst is more or less a technician with a creative vision. Modern and scientific materials are easily within his reach helping greatly in his venture into new fields of expression. This is lacking in the Indian context. Even if new materials are utilised they seem forced as the acquaintance and understanding of such sophisticated materials are almost nil to the greater portion of the Indian artists. However, there is the question of sensibility and sincerity which mark the work.

The emerging situation in modern Indian art is now more or less static. As mentioned some where above the present artitsts are either experimenting in the realm of Internationalism or are trying to discover its own authentic, identifiable styles. The movement has, however, helped in making graphic art a growing and powerful means of artistic expression. It has also helped in exploring the possiblities of application of ceramics in creative art. To the credit of the Indian artists goes the fact that he has been able to avoid the mono-maniac tendency that prevails

in the western world and also to be free from the various frustrations that is typical of the western artists, though Indian artist is seen to borrow elements from the western vocabulary.

Coming to the contemporary art situation in Manipur we find it in a very minor state in comparision to the art happenings in the Indian sub-continent and in the rest of the world as we realise from the general account discussed above. The reasons are manifold-it is partly because of the lack of exposure to advanced art in method and materal ( the same being in the rest of the country too but it is more severely affected in this part), to a certain degree the lack of direct communication with other working artists of the country and to a greater degree the lack of patronage. The last being important as further progress depends on how much intelligent interest the learned section of the public will indicate and form part of the scene: It is in this part that the artist has to struggle for his own place in the society particularly where he is not whole-heartedly supported. This makes the artists aware of the criticism of the few enthusiastic lot. In this context I would like to point out that since taste varies from person to person, place to place and from time to time the stylistic element may be suitable to some while others may reject. Hence, it is unjust to put the artist under sub ordination of thought or taste and expect the artist to work according to the likings of some people. What appeals to the emotion of the artist and his faith is what is important not the desire to please a few lot. Inspite all sort of controversies the artist has to carry on with his work in his own convincing way defying all adverse conditions and consider the world at large to his working arena.

Though up to date there has not been very remarkable achievemeni in contemporary art in the state the

enthusiasm and art consciousness that is gathering momentum should not be considered insignificant as all great art originates from the sincere and the humble. As we have seen even modern art in India had to face innumerable difficulties—lack of patronage and advanced technical knowlepge a fact which still prevails today. But it is equally true that the contemporary art of this state is still at its early stage and to a certain extent the productions are very meagre.

For the information, there has been nine state exhibitions starting from 1972 till the current year (1982). In these exhibitions we see a gradual improvement in execution, taste and more serious work as well as greater involvement in art work. In connection with these exhibition, art work shops are held under the able guidance of eminent artists like K.K. Hebbar, K. G Subramanyan, Raithin Maitra Hemanta Mishra, Paritosh Sen, R. S. Bisht and P.T, Reddy, This is an encouraging aspect and a fine opportunity for the local artists to get in touch with some of the well known working artists of this country and to assimilate whatever new idea the local artists can obtain out of the other artists. What-so-ever, we are still left to enlarge our frontiers and make our presence known in the national and international field. In the national scene there has been exhibitions of the local artists at varius states. By such exhibitions we bring our art-works for wider exposure, criticism and appreciation. At this point I would also like to add that creative critlsm is very essential to kindle the small spark and strive to fulfil the responsibilities toward the artists and the patrons. I, as a working artist of this region share the belief and firm faith of other contemporary artists that we are not lagging behind and are within the peripheral of contemporary modern art□



THE END